



HINGNABAGEE LANPHAMDA LAINENG LAMBEE
(a collection of short stories in Manipuri)
by K. Sumatibala Devi
Imphal - 795 001

অহানবা ফোঙবা : January, 2004

অফোঙবা : এলাংবম রনজিৎ সিংহ, কৈশামথোং এলাংবম লৈকাই, ইম্ফাল, ৭৯৫ ০০১ না রাইটর্স ফোরম ইম্ফাল, রূপমহল টেঙ্ক, বি.টি. রোড, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০ ১ গীদমক ফোঙবা।

নম্বা : R.M. Offset Printing Works
Paona Bazar, Imphal - 795 001

কপী মশীং : 1,000





মখুম : সি.ঐচ. যাদুমনি সিংহ, লমশাং

মমল : ৬৫/-

# অইবীগী ৱাহৈ খরদং

ঐগী লাইরিক অসি অহানবা ওইনা ইং ২০০৩ দা রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালনা ফোঙদোকপীরে। মসিগীদমক থম্মোয়দা নুংঙাইজবগা লোয়ননা রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগী চাউরবা লমন অমা তোনশিঞ্জরে।

চেদা য়েকপা ফজবা, অচুম্বা, ইফোং-ফোংনা মীত্রং তৌবা, খঙলবসু খঙদ্রবসু চপ মান্নরবা হৌজিক্কী মতম অসিনা চৈনা অমদি তত্তনা ফাওহল্লকখি। উপাইদি লৈখিদে। ঐনবু করি তৌরুনি? চেজেং খরদা কলমনা পঙখোং খোংচিনবনা পেহোক্লুনা লাকখি। অদুবু ঙসিদি চৈনাখোল খরমখৈদি মীয়াম মফমদা ফোঙদোকচনবগী তাঞ্জা অমা পীবীরে। তাঞ্জা অসিবু ফংনবা পঙলবী ঐবু ফোরম অসি তান্না লমজিং-লমতাকপীরকপা ঐগী নুংশিজরবা ওঝা অরিবম কুমার শর্ম্মবু পুন্সিসিদা কাউজরোই। বনান অমদি গেত-অপকী মতাংদা অশোয়বা কয়া চুমথোকপিরকখিবা রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগী মেম্বরশিংবু অমুক্কসু হন্না তৌবীমল খঙবা উৎচরি। অচিনবা কয়া কাইথোকপীদুনা লাইরিক মখুম য়েকপিরকখিবা ইনাউ সি.ঐচ ষাদুমনি সিংহগী মফমদসু লমন অমা তোনশিঞ্জরে। লোয়ননা আর.এম. প্রেসপুসু হন্না হন্না থাগৎপা ফোঙদোকচরি।

কে. সুমতিবলা দেবী
এলাংবম লৈকাই, ইম্ফাল।

ইম্ফাল
৭ আগষ্ট, ২০০৩

# সেক্রেটরীগী ৱারোল

রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল ঙসি চহী তরামঙা শুরক্লে। লোয়ননা অচৌবা পান্দম অমা ওইনা থমখিবা থবক হায়বদি অইবশিংদা লাইরিক ফোঙবদা মতেং পীজদুনা মণিপুরী সাহিত্য, কলা অমসুং সংস্কৃতিবু চাওখৎহন্নবা হোৎনবা অসিমসু মায় পাক্লা চখজরী। ঙসিগী ওইরিবা ফীবম অসিগা, চাউরাক্লা চহী কুনমুক্কী মমাঙদা ওইরম্বা ফীবম অদুগা খেন্নবা খরগী মখৈদি লৈফম থোকই। মদুনা মরম ওইদুনা হান্না লাইরিক নম্বা, ফোঙবদা থেংনখিবা অৱাবা অদু ঙদিদি লৈত্রবরা? হংবা য়াই। তশেংবদি শেহ্নুমগী ফীবম অসি চাংদম্নদুনা য়েংবদা '৮০গী মতমদগী হৌজিক্লা খিত্তং শাফরে হায়না লৌরবসু লাইরিক ফোঙবগী মতাংদদি অৱাবা অদুম্মক থেংনদবা নত্তে। মসি ইবিরিবা, ইশা-ইশানা পামজবদগী নমজরিবা মীওইশিংনা হেন্না খঙবিরবা ৱাফমনি। অদুনা ঙসিসু রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগী মখাদা লাইরিক ফোঙবিনীংবা মেম্বরশিংগী মশী হঙ্বা লৈত্রি। অমরোমদা হেনগৎলক্লি।

লাইরিক ফোঙবা অসিতনা সংস্থান অসিগী পান্দম লোইরে হায়বা য়াদ্রি। মসি নত্তবা থৌরম কয়া পায়খৎচরি। মদুগী মনুংদা সাহিত্য, কলা, সংস্কৃতি খক্তা নত্তনা কাঙলুপ মশেল পাউ ফাওনবগী, নুংশি চান্নবা হিংমিন্নবা য়ানবগী পান্দম মাঙদা থমদুনা ৱার্কশোপ, অইবশিংগী অপুনবা মীফম, লাইরিক নৈনবা, টর্মিনোলোজীগী লাইরিক পুথোক্লবা হোৎনবা অসিনচিংবা থবক কয়ামুক পায়খৎচখ্রে। তুংদসু পায়খৎচরকখিনি। মসিগীসু মথক্তা 'সাহিত্যগী পাউ' কৌবা থা ৩/৩গী চেফোঙ অসি লেপ্তুনা ঙসিসু মীয়াম্না নুংশিবিবদগী পুথোকচরক্লি। হেন্না নুংশিবিদুনা চেফোঙ অসিবু য়োকখৎপিনবা থম্মোয় শেংনা হায়জরী। ঐখোয়গী অতোপ্পা পান্দম অমনা 'অইবশিংগী মশাইগোন' অমা শাগৎনবা হোৎনবা অসিনি। নোংমদি শোয়দনা মঙলান অসি তাইবঙ ওহ্নোরকখিগনি হায়বগী আশা থমজরি।

হন্দক পুথোকচরীবা কে. সুমতিবলাগী ৱারীমচাগী লাইরিক *হিংননবগী লানফমদা লাইনীং লম্বী* অসি রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগী মায়কৈদগী পুথোকচবা ৭৪ শুবা লাইরিকনি। অইবী অসি ৱারীগী মমাঙদা চঙশিনবা অমদি থাজদনা অহোংবা পুথোকপা ঙম্বগী মতীক লৈবীনি। লাইরিক অসিবু সাহিত্যবু নুংশিবিবা খ্বাই পুম্নমক্কী মফমদা নোল্লুক্লা লাম্লোকচরি।

বি. এস. রাজকুমার
সেক্রেটরী,
রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল।

ইম্ফাল
৭ আগষ্ট, ২০০৩

# য়াওরিবশিং

# ইচে তোম্বী

ময়াম্নদি হায়নৈ ‘ইচে তোম্বীদো ঙাওরে’। ঐদি তাবদা য়াম্না নুংঙাইতবা অমা ফাওই। করিগীনো খঙদে। খল্লি ‘তশেংনা ঙাওরজাৎলনে’ হায়না। মীশিবু করিসু ইতৌ তৌরমদবদগী ঙাওবা হেক্তা য়াবজাৎলা? ঐসু করিগুম্বা ঙাওরবদি মীনা হায়নরিবা অসিগুম হায়নবা তাবনি। অদুবু ইশানা ইশাবু ঙাওই নত্রগা ঙাওদে হায়বদি করম্না খঙবা তাবা? মসিবু তশেংনা খঙজবা জাৎলনে? করিগুম্বা খঙলমদবা তারবদি ঐসু অঙাওবা ওইরমদুনা তোক্লরনি। ৱাখলসি জাৎ-জাৎ অসুম খন্দুনা কোকশিসু হাইফেৎ শারুই। অসুম খন্না খন্না চৎলিঙৈদা খঙহৌদনা কৌরকখি।

‘হৈ্যা, বোয়ায়, নঙদি কদায় চত্তোইনো?’

‘ইচে তোম্বী, ঐ থবক অমা চৎলুবনি। ইচে তোম্বীবু কমদৌরিবগে?’

‘কৈদৌনিগেনে অচুম্বা পাম্বা মীওইবশিংসে পান্নবদা ৱাবনবু শিদৌরে।’

‘হায়রিবসিবু ইচে তোম্বী, অচুম্বা পাম্বা ঙাক্তা ঙায়রবজাৎলনে?’

‘কৈনো ইবুংঙো, অদুক চাউরফাও অদুবু খঙদ্রদি তোকও।’

হায়রম্মগা ইচে তোম্বী পরপ-পরপ অদুম চৎখৎখ্রে। ঐসু হান্না খল্লম্বগী মথক্তা অমুক্কা হেন্না খন্দুনা লৈহৌরে। নোংমদি ইচে তোম্বীগী অশেংবা ৱারী অমত্তং তারগে খন্দুনা হল্লকখি। য়ুমদা লাক্লগা ঐগী কাদা চঙলে। সোফাদুদা ঙাইহাক ফমথরগা পোখাবতা মঙায়রি ঐগী নুপীনা হায়রকখি-

‘করিনো হকচাং ঙম্বিদ্রবরা? য়াম্না ৱাবা মাল্লি।’

‘কৈসু তৌদেদা, ৱাখল অমা সুম পঙখন খল্লুদুনা তৌবনি।’

‘করি ৱাখলনোনে হকচাংকা হেক শোম্বহবমখৈ খল্লিবদুবো?’

‘হেরা, ইচে তোম্বীদো - ইচে তোম্বী খঙইদনা?’

‘হোয়নে খঙঙীনে, অদু কৈদৌরবা?’

‘মানা ওইখ্রিবা ফিভমসি খল্লুবদা সুম নুংঙাইতবৈ ৱানি। মাবু অসুম্না তৌরম্বা নত্তে হায়ৱানি।’

'এ! অদুগী ওইরে। মীওইবা হায়বসে তম ঙমপোৎ নত্তেদা। ঐখোয়সু অদুমঙায় ওইরোই হায়নীংঙাই কৈস্য লৈতে।'

'অদু সোরো, ঐবুদি মীনা ঙাওইকা হায়বদি তা-লাক্তেকো?'

'করিনোনে মোয় পাবুংনা ঙাংলিসিবো, ঐদি কিবু কিশিল্লকএকো।'

'ঐনা হায়রিসি অওইবনে, তারবদি অদুম হায়নসিহে। নঙবুদি হায়নবা তাদ্রি।'

'হো—মানা ময়ুম পাল্লুবদো ঐখোয়গী অদুরাইদনে। মথ্বায় নুংঙাইমনদবদগী তৌখিবনিদা।'

'আ-আ, করম হায়না? অমুক্তা তাসিদনা।'

'অস, অদু তারগা কৈদৌদোইনো। চাদুম লোল্লুখিগে।'

মাদি চা লোনবা চঙখ্রে। রারীদু তানীংবনা লাঙতক্নদুনা চা লোনবা ঙাইবদা হাইফেৎ রানা থোকখি। খল্লুই— মীওইবগী পুন্সিসে অঙকপনিকো। অঙাং ওইরিঙৈ ঐনা চহী তরামুক শুরর্কপা মতমদুদা ইচে তোম্বী চহী তরানিথোই-তরাহুমদোই মুক শুরবা মতমনি। ঐগা থোইনা পঙখেত্তি খেন্নবজাৎ নত্তে। লৈকায় অমত্তদা লৈমিন্নবা ইচিন-ইণ্বা ওইবনা নুমীৎ খুদিং শান্নমিন্নরকই। অমাং-কোইরেং তান্নবী, কেকু লোৎপী, করিগুম্বকান্দা খুৎলোকপী শান্নমিন্নখিবা - ঙসিসু মিত্তা শং-শং উরি। নোংমনা ইচে তোম্বীখোয় মমান্নবী ময়াম লাইফদিবী শান্নরম্বদা ঐখোয় অমা-অনীনা 'কাও' শারগা তাল্লুবগী ঐখোয়বু ফূগদবগী কোয়তান তান্নখিবা। খল্লুবদা ঙসিদি কোকসি শাই। অসুক কুইবা অসে নোংমতসু অদুক হাক্লা খজিল্লুদে অদুবু ঙসিদি করিগীনো খঙদে নীংশিংবগী মমি কয়া অমনা থম্মোয়দা তত্তনা তাররি। হৌখ্রবা অঙাং ওইরিঙৈগী থৌদোক কয়া মথং-মথং নীংশিংলকই।

নোংমসু য়াউশংগী পৈশা নিবা চৎমিন্নরগা পৈশা য়েন্নবগী খৎনখিবা, অদুদগী ঐনা শাউদুনা পিছ্‌কারি কাপশিল্লুবদগী ঐবু চৈনা কন-কন্দুনা তাল্লকখিবা। মানা ঐগী ইমাঙদা অচাপোৎ লৈরগা লেন্নদুনা চাবা উরগা মঙোন্দা 'তিন্নরসি অচাপোৎ খরা চাগে' হায়খিবা। অঙাং

ওইবগী মখোঙ হক্তবা কয়া লোইনমক নীংশিংলকখি। মাবু মতমদুদা অসুম্না অঙাওবী অমা ওইরক্কনি হায়বসে থাজখিবরা! অসুম খল্লিঙৈদা ঐগী নুপীনা 'চা লোইরে' হায়না মাঙদা থম্লখি। ঐনা চাদু থক্লা থক্লা হংলুই-

'ইচে তোম্বীদুবু মচাকাদি লৈতবরা?'

'মচানুপা অমখক লৈরম্মী, শিখরে।'

'অদুনা কৈদৌবদা?'

'মচানুপাদুনা চহী তরামুক্কা শুরকপগী অদুবায়দা মাগী নুপাদি শিখ্রেদনা। মানা বানা হোৎনজদুনা মচানুপাদু বি.এ. পাসতি তৌরবনি। ইনাক-কৈরাক খুনবা ইমুং নত্তবনিনা মচানা থবক অমত্তং তৌজরবদি হায়দুনা কন্না হোৎনজবনি। মখোয়গী ইখ্খোল অদু বক্কোপ থম্নগা থবক বানোম্বদা শীজিন্নখি। অদুবু থবক্তুসু ওইখিদে। ইন্টর্ভিউ হায়দোকপদা য়াওরকখিদ্রে। পৈশাদুসু হন্দোকপিয়ু য়াখিদ্রে। হায়নখিবা মতম হেন্দোকপদগী ইখ্খোল অদুসু মীনা অদুম লৌবীখ্রে। পৈশা খায়বা লাকপনি হায়জিনবীদুনা পুলিসতা শিন্নখি। নোংমা অয়ুক অমা মচানুপাগী অশিবা হকচাং অদু তাদুনা লৈরমখি। অদুবু কনাসু লৈজবা নত্তবা ইচেতোম্বীনা মচাগীনি হায়দুনা কনাদা করিবু হায়জবা ঙম্লুগনি। মদোম কপ্পমখৈ কপ্লগা মফম খঙদনা অদুম মাঙখ্রবনি। নোংমা অমুক উই নিনি অমুক উদা তৌদুনা মফম-মরাং অদুম খঙখিদ্রবনি। হৌজিক্তি হৌরকপা নহারোলশিংনা অঙাওবী অমা ওইনা অদুম লৌনরিবসিনি।'

ঐগী নুপীগী বারী তারুরগা খল্লুই—

'মীওইবা অমবু মীওইবা অমনা অসুম্না হেক-হেক ওৎপীরিবসিবু করিগীনো?' ইদোম হংজবা বাহংনি। মদোম অদুম্মক মাঙজখি। পাউখুম্বীনবা কনাসু য়াওখিদে। অদুবু তত্তনা চাক্লকপা নীংঙমদবগী, শাউনিংবগী বাখল কয়ানা ঐহাক হায়ফম খঙখিদে। ও! ইচে তোম্বীদো মচানুপা থবক তৌনবা হোৎনরমদ্রবদি অসিগুম্বা ফিভম অসি ওইরম্রোইদকো হায়না খল্লকখি। মানা ঙসায় লম্বীদা থেংনবদা হায়রম্বা

'অচুম্বা পাম্বা মীওইশিংসে পান্নবদা রাবনবু শিগদৌরে' হায়বদু নীংশিংলকখি। মাগী থম্মোয়দসু ঙসি নীংঙমদবগী মৈরী অমদি অদুম্মক চাক্লিমাল্লে খল্লি। করিগীসু চাক্লোই - পুম্সি অমত্তা নত্তে পুম্সি অনীনি মাঙলিবা। থম্মোয় অমত্তা নত্তে থম্মোয় অনীগীনি অরা-মৈচাক খাঙলিবা। মালেম অসিবু অসুম্না কয়াম কুইনা লৈখিগদগে। খল্লুই — ইচে তোম্বীগী পুন্সিসিবু মরায়বক্তা তম্নম্বা হায়বদুরা নত্রগা মীওইবনা শেম্বীবা মীওইবগী লাইবক্লা হায়না।

# তাইবঙ কৈথেল

ৱাদনা নুংঙাইবা পাম্বা, থবক ইশু-শুদনা পৈশা ফংবা পাম্বা, হায়বসি লোইনা পাম্বজাৎনি। 'শূগনবা লায়রবা চাগনবা য়াঙ্গংবা' চুমদবা নত্তে চুম্বজাৎনি। লাইবক ময়ি চুম্বা কনানা ইৱা-ৱাদনা পঙনুংতা নুংঙাইবা, ময়ি ফৈনা চৎখিবা কাঙবুনা পঙশূতা শূরগা ৱাদুনতা মরৈবা। নুংঙাইনা হিংনিংদববু কনা য়াওবগে য়াদদুনা তৌবা ঙাক্তনি। হায়নবা লৈদনা- 'অকুৎপদা লৈতৌবা অতোঙবদা লৈথোনবা' চুমখ্রবা ৱানি। লৈত-লায়রগী নামাদা পীনরিবা সরকারগী লোন লায়রবা কনানবু লৌবা ঙম্লবগে? ইনাকখুনবা মখোয়গী কারবার চাওথোক্লবা ঙাক্তনি। লায়রবা মতু-শোনবা য়েং-য়েংদুনা শেঞ্জাও পায়বশিংনা লৌশিল্লিবা লম দান তৌগদৌরিবনি ইনাকখুনবা অমদা অমুক, মবুকচেল চাউবা শাদুনা। লায়রবা মহাক্তনি মখয়াৎ চীক মথম্মোয় খুত্তুম শু খাঙজরিবা।

মালতিসু অদু মঙায়। মচাশিং চাউনবা হোৎনবদা কয়াদা ৱাজরিবা। মপুরোইবা লৈত্রবা লুখ্রাবী মহাক্না মচাশিংবু লাইরিক-লাইশু তমহন্নবা হোৎনবগী মরোল অমা, নোংমগী চঙদবা য়াদবা খরচপু হোৎনগদ্রা অৱাবা হায়বদু তশেংলবনি। মচাশিংগী মনিং থুংহন্নবা ঙম্লক্রবা মতমদা মতোমতা লোন্না কপচবা নত্তনা মহাক্কী উপাই লৈজদে। মদুসু মচাশিং উখ্রগা মপূক্লিং শোম্বখিনি খন্দুনা উদনবা লোৎশিল্লিবনি। নোংমগী চন্না তান্নবা হায়দুনা ইখ্মোলদগী মনা-মশীং খরা হেক্তুনা নোংজু-নুংশা খাক্তনা কৈথেল মচি অমদা প্লাষ্টিক অপাকপা অমা থারগা এঞ্জাং-নাপী য়োল্লি। অরাপ্পা খরা খিৎ হোঙগদবা মফমদগী তীকউরগা চাদ-থক্তমখৈ ৱানা য়োঞ্জরিবনি। ফংলকপা খরদুনা নোংমগী চন্না ওক্লগা ওক্লে ওক্তুগনা মচাশিং পীজরগা মহাক্না অদুম পেম্বোকচবনি।

অসুক ৱানা হোৎনজরিবা পুন্সি অদুদা করম্বা পুকচেন চেনবা পুলিসনো খঙদে, চৈনা কোৎল-কোৎলগা লোইনা অমুক

লংথোকপিখ্রে। চৈনা কোৎত্রবদি চুম্না হায়বা য়াদবজাৎলা খণ্ডদে নিয়ম কানুন খণ্ডবা সাহেবশিংদুবো। করিদি তৌবা ঙমজরুনি মালতিনবুদি। মানা হল্লক্লগা চেঙ-চাক ৱাল্লক্কনি চাক থোংনি হায়দুনা ময়ুমদা ঙাইরমগনি। অয়াবা খরদু খুঙ্জিল্লে- 'চারা হেনবদা তারেদনা' খল্লগা খুনজিঞ্জবা খরদু পুরগা ময়ুম মায়কৈ তম্লকখি। কোম্বোঙ য়ৌরকপদা মচানুপী খরা চাউবীদুনা ওকপা থোরকই। করিমত্তা হায়রমদে মালতি ইমুঙলোমদা পরপ-পরপ চঙলকখি। মমাগী মওং উবদা মচানুপীদুসু করিমতা হংলুবা তৌদনা মমাগী মতুং ইন্দুনা ইমুঙলোমদা অদুম চঙখ্রে। অহীংদুমা ৱাখলনা তুম্বা য়াখিদে। নোংঙানবা ঙাইঙমদনা হৌগৎলগা গাড়ী অঙনবা তোংননবা চৎখ্রে। গাড়ী তোংনা-তোংনা খল্লি - 'ঙসিনা করি থোক্লগবা? ঙরাংগী থানাশিংদুবু ঙসিসু লাকখিদ্রা? ইচাশিংসে মীদৌনা ফী থীবা স্কুলদকা তমজবসু নত্তে অদুতবু শেৎলিবা মফি-মরোলদুমতা হোংবীবা ঙমদে। লাইরিক ফাওবা লৈবা ঙমদদুনা মীঙো- দগী অমনবা খরা লৈবনি। অদুসু চেনা তৎলে হায়দুনা ঙাইহাক লৈতনা শোল্লিবা। খঙনা-খঙনা তানা-তানা খঙশিন্নদা-তাশিন্নদা লৈরবনি। অতৈদি লায়রদনা ইচানুপী অতোম্বীদুগী থোংঙুপতু তত্তনা ফোৎমল্লদনা লং-ও তারা-ও পুম্রোই লোইরবনি। শিরগা-শি চঙলগা চঙ ঙসিদি ইচাগী থোংঙুপ মচা অমত্তদি মরৈরগে' খনখি। মদু লৈরগা পুশিনবদা মচানা হরাওগদবদো খল্লুবদা মতোমতা কয়াদা নুংঙাইজখিবা। কৈথেল পরপ-পরপ য়ৌনিংলকখি। অমুক পোৎ চাইখায়বা থানাশিংদুবু নীংশিংলুরগা স্বায়-স্বায় লাউই। মতোমতা শোঞ্জে - 'ওম্বোক্লসু ফৎখিদ্রেদা মহা হিংচাবশিংদো। অনা-শিকি তাঞ্জবা ঐখোয়দা নত্রবদি মখোয় ঙমজদবনিনে।'

খন্না-খন্না লাকপনা বস লেপখ্রে নম্বোল বজার য়ৌরমাল্লে। অহোঙ-অচাউ খরা য়েংলগা তীকপা য়াবা খরা তীক্লগা বস অমুক তোংদুনা লাক্রে। ৱানা তীকচরুবা এঙ্গাং-নাপী খরদু কৈথেল মচি অমদা থাদুনা য়োঞ্জরে। য়োন্না-য়োন্না খল্লকই- 'ঙসিদি পোৎশিৎসু ফনা ফৈ খরা ঙন্না হল্লগা ইচাশিংদো মবুক থন্না পীজরুরগে। ঙরাংসু ইরেঞ্জনা

চাজদ্রবনি। অদুগা খোংঙুপ মচাদুনা কয়া পীরমগদবনো মদুমতংগা হংবিখিগে। হঙ্গাম মপুল অমা অনীসিতা ঙায়শিল্লকএ। শিত্ত-শিত্রগা য়ুমদা পুরগা খোংলুবা হায়বদুনি। ঙাইহাক্তি য়েংখিগে।' খঙহৌদে - 'পেক-পোক-পাক ময়াম গুরু-গুরুং পঙচেন্তো মচৈন্নে। মালতিসু হঙ্গাম মপুন অমা-অনীদু য়োমশিন্নবা কন্না লাক্লরি। ময়াম ৱা-ৱা লাউনরকই- 'মী পাল্লে- মী পাল্লে' মফম-মরাং খঙদে পঙচেন্দা মচৈন্নে। অমনা হায়, অমনা তাদে পঙলাংতা মরাঙনৈ।

'কনাননো কাপলম্মে হায়রিদুবো?'

'হো আর্ম্মিননে নহারোল খরা তান্নরকপনেয়ে অদুদা কাপ্নবদা পানবা ওইরমাল্লে।'

'কনানোবা শিরিদুবো?'

'ও-এঙ্গাং য়োনবীনেয়ে, এঙ্গাং য়োনবী।'

ৱাজরবী মালতি ঙসিদি অৱাবা চৈথেঙ ফাওররোই। কনাগীসু খল্লুদনা মদোম হনখরে তাইবঙ কৈথেন্দগী। নোংমদি কয়াতা ৱাজরম্বা মচাগী চানিংঙাই লৈরোই, লাইরিক তম্নবা পৈশা লৈরোই খনবদা অদুবু কদায় ঙসিদি মচাশিং অদুনা করিবু তৌরুনি। ইমা শিখিবগী লমননি হায়দুনা কনাদনো শিংলুগদবা। ঙাইহাক্কী লাঙনরম্বা, চোংনরম্বা কয়াসু ঙাইহাক্কীনি কয়াম কুইনবু মখোয়গীদমক চোংবীরুগনি? 'ও-নুংঙাইতেদা' শোন্নরম্নগা হন্নখিবা ঙাক্তুনি। কনা লৈজদবা মখোয়গীদি মথম্মোয়নুংদা মদোম ৱাকৎচবা নত্তনা উপাই লৈতে। পীক্লিবা মচাশিংনা অশিবা মমাগী হকচাংবু কোন্দুনা কপচখি- 'ঐগী ইমাদো ঙরাংদগী চাক চাখিদবনে চাক লাম্মন্নগনি, চাক চারসি লাকও ইমা।'

# মৈরীলকসিদা

ফজববু পামদবা, অহাওববু চানীংদবা তাইবঙসিদা কনাসু লৈরগ্রোই। মেরাগী থাবল, ৱাকচীংগী পূর্নিমা, লৈচীল্লক্কী থাজ হায়নরিবনি তাইবঙনা। পামজরুবা কয়াগী ৱাখলদা পুন্সি অসি মীকুপ অমত্তা পোখাবা ঙমখিদে। ঐঙোন্দদি ফজবা হায়বসে তাশোন ওইনা থোক্লরে। অদুক ফজবী মাগী থম্মোয় অসি য়ৌনা কল্লমগনি থাজরুদে। হায়নবদুমক চুম্বা তাই - 'নুপীগী থম্মোয়দি লৈরাংদগী হেন্না থোংলি, করি করিগুম্বকান নূংদগীসু হেন্না কল্লি' হায়নবদো। ঙসিদি মহাক করি ওইরমগনি হায়বা ঐহাক খঙদে, ঐনা খঙলিবা হায়ববু শুপনতগী মহাক লাপ্পা চৎথ্রে ইনাক্তগী হায়বসিনি। ইরাল অমত্তা পীরম্লগা চৎখিবা ওইরম্লবদি ঐহাক পেল্লমগদবনি। পীরম্বা ইরালদুবু চেৎনা কোঞ্জরগা থাঙজরমগদবনি অৱা-মৈচাকসে। মদুসু নৎখিদরে। মানা ইনাক্তগী লাপথোকপা হৌরকপা মতাংদু, ইরাল অমতং খঙজনবা হোৎনবদা নোংজুথাগী নোংলিক্লুম মীৎকী পীসু লেপ্তুনা শিঙ্গজখিবনি। নুপা ওইবগী পাঙ্গল পূম্বা মাঙখিবদু ইরালদু ফংনবগীদমক্তনি। ফজবী অমবু ঐনা নুংশিরুই থম্লুই থাজবা মঙোন্দা মসি ওইরম্বা য়াই ইরাল হায়বদু। নীংশিংবা কয়াগী মমিনা থম্মোয়দা তাহৌরি ঙসিসু ফজবীদুনা হায়রম্বা —

- করিনো ঐবু কৌরিববো?

- উন্নবা য়াদ্রবা জাৎলো? উন্নদ্রবদি কাউথোকখিনি অদুননে।

- ও- ও অদুগী ওইরে। কাউথোকপা হায়বসিদি উন্ন-উন্ননা অদুম্মক কাউবা য়াবজাৎনিদা।

- মদুসু ঐবু লালহল্লবা?

- করিসু লৈত্রবী ঐহাক্কীদমক অদুক য়াম্না খনবীবরনে?

- ঐগী ৱাহৈ অমত্তসু নঙনা ময়েক লাহনাখদে। ঙসিসুনি অদুম্মক চপ মান্নে।
- করিনো নঙনা হায়রিবদুবো? নঙগী পাউখুমশিংসে ঐহাক ইপাম পামদে।

মহাক হোয়সু হায়দে মাইসু হায়দে তুমীন্না লৈখি। নোংমসুনী - ঐনা খ্বাইদগী হেন্না ঙকখিবা নুমীৎ, বুদ্ধি-লৌশিং পূম্বা মাঙলগা য়ুমদা হল্লকখিবা। করিনো, করি পাল্লিবনো হায়বসু খঙখিদে? হংলুনবগী তাঞ্জাদুসু লৈখিদে। মানা ঙাংলম্বা কয়া ঐ অর্থ খঙখিদে। মানা হংলকখি-
- কদাই চত্তোইনো?
- নহাক উন্নবা লাকপনি।

মহাক ৱা ইঙাং-ঙাংনিংদবা মাল্লি। শাংনা-শাংনা ৱা অমত্তা ঙাংনদনা লৈখি। ঐ থৱায় নুংঙাইখিদে অদুবু মাদি করি খল্লমগদবা ঐ খঙদে। ঐঙোম্দা চীংনা যেংলগা হায়রকখি-
- মীওইবনা শিবা কিরিবসিবু করিগীনো? নোংমদি লোইনমক শিগদবা নত্রা?
- হেক উন্নবগা হিংবা-শিবা। করিনো মসিবো। ঐ খঙদে। ঐনা খঙবা হায়ববু ঐ হিংলি, নঙনা ইনাক্তা লেপ্লি সিখক্তনি।
- নোংমদি ঐনা হংলিবা ৱাহং অসিমক নঙনা অমুক হংলকপসু য়াই। মতমদুদা ঐহাকপু নিংশিংলকউ।
- মমৈগা মকোক্কা শম্নদবা ৱা ঙাক্তা ঙাংবসিসু করিনো? ইবেম্মা, নঙ খরা লৈরগদি ঙাওখিদুনা তোল্লরনি, ঐদি পাবু পাখৎপি নঙগীদমক।
- ঙাওরম্বনা হেন্নবু ফবনি, ঙাওরমদবসিনা পুন্সিসে অৱাবসু খাঙবা তারি।

খনবা হৌনবা খল্লে। জ্ঞান তাবা ঙমদ্রবা মাগী ৱাহৈ কয়াদু ঙাংনবা য়াবা ঙাংনরে। পাউখুম ওইনা হায়গদ্রা অরোইবা ওইনা হায়গদ্রা ৱাহৈ খরদি ঙসি ফাওবা নীংশিংলি-
- করিগুম্বদা অৱাবা তারবা কনাগুম্বা অমবু মতেং পীবিগে খন্দুনা চোংথোরকপা মী অমবু অৱাফমদা তাহনগে খনবা অফবা থবক্তি ওইরোই। নঙসু ৱারৌফম থোক্লোইদ্রনে? মদু ঐহাক্তি পামদে।

মানা হায়রিবাময়ামদো ঐহাক ভাব অমত্তা তাখিদে, ঙসিসু তাদনা অদুম্মক লৈহৌরি। নুমীত্তুদগী মাগা উন্নবা সুকফং ফংখিদ্রে। মী কয়া থাদুনা পাউ কয়া চেন্দুনা অমুক্তুংদি উন্ননবা হায়জখি অদুবু উপাই লৈখিদে। ঐবু অসুক ৱাহল্লিবা মহাক অদুবু করিগীনো ঐনা অসুম খন্দুনতা লৈরিবা। ঐ অসি পাঙদবা হায়বদুনি। মসিসু পুন্সিগী মগুন অমনি খন্দুনা খাঙলকখি। 'পুন্সি অসি মঙগুম্বনি' হায়বদু চুম্বা তাই। অদুবু মঙফাওনরকখিগদ্রা নত্রগা অসুম্মক মঙলাক্লখ্রগদ্রা হায়বদি ঙমদে। খল্লিঙৈ তাঞ্জাদুমক্তদনি ঐগী মরুপ মোহেন্না কৌরকখিবদো। মা লাকঅদি পাউ অমদি শোয়ররোই হায়বা ঐ খংঙী। মঙোন্দনি ঐনা তত্তনা পাউ থাখিবা। হায়না হায়না পাউ অমদি তন্নখি।

- ভায়, নঙ পাউ অমা তাররা?

- কৈনো তাদেনা। করি পাউনো?

- প্রমোদো . . .

- প্রমো কৈদৌরবা?

- প্রমোদো শিরেয়ে ভায়।

- কৈনো ভায়না হায়রিবসিবো। কনানা হায়রিবনো?

- ঐখোয়গী ইবেম্মগসু তিনৈদনা। মঙোন্দা সোরাৎকী বাত্তোন লাকএমী।

- করমহায়না শিরিবনো অদুবো নঙ খঙব্রো?

- মাসে হান্না লায়না অমা লৈমাল্লে।

- করি লায়না?

- এইদস ওইরমাল্লে।

- অদুদি করম্না?

- হেরা, মাসে এক্সিডেন্ট অমা থোকখিদনা নঙ নিংশিংলিবরা? মদুদা ঈ কাপ্পদা ঐইচ. আই. ভী মহীক য়াওখিবা ওইরমাল্লে হায়নে।

মতম খরা অর্থ খঙদনা ঙাওদুনা লাকখিবা মাগী ৱাহৈ কয়াগী পাউখোং ঙসিদি ফোঙলরে মানা চৎখ্রবা মতুংসিদা। ঐবুদি থম্বীরম্লে মৈরী চুখৎপীরম্নগা। ইদোম লৈহৌরে মৈরীলকসিদা।

# লু কোকপদা লেন তাবা

হৌজিক কানগী নুপীশিংসিসু য়াম্না শিংলক্লবজাৎনিকো থায়নগী নত্রে। ফন্না নুংশিবা নুপা লৈদুনসু ইনাকখুনবরা লায়রবরা হায়বসে য়াম্না মুন্না হেক্তা ময়েংলে। ফববুদি মদুনা ফবজাৎনি। অদুবু লায়রবা পাখং ঐহাক্তি পামজবা নুপী ফংদনা লেনবা তাবনি। লায়রবা মপোক্তা পোকলুবা ঐহাকসে ওয়ােক্লসু লাইবক থীবা হায়বদুনি। পাখং শরী হায়বা মিংখোংদা ফংলেদো ঙসিদি। মানা ঐঙোন্দা জ্ঞান তাশিল্লকখিবা ৱাহৈশিংদো খল্লুবদা কপতুম কপ্লীংলকই —

- নহাকপু তশেংনা নুংশি অদুবু পৈশা য়াওদনা হিংবদি য়ারোই। পৈশা পায়নবা হান্না হোৎনখো, ঐসু নঙগীদমক লেপ্পুনা লৈজগে।

নুমীত্তুদগী ঐহাকসু করম্না পৈশাসি অমুক্তং পায়সিগে খনবা হৌরে। পৈশা পায়বা হায়বসি নুংশিবী মহাকপু ফংবনি খল্লুবদা পৈশা থোক্লবা লম্বী থিবদা মায়কৈ শলাই খঙখিদবনি। সরকারনা পীবা পি. এম. আর. ৱাইগী থবক ফংদবশিংদা থবক ফংহনবগী লোন অসি হেক্তা লৌরগা কারবার চাউনা তৌরগে খল্লে। লোনগী ফোর্ম অমা তনলৌ লৌশিল্লে। ফোর্মদুসু লুপা ৫০ নি। হৌরে পৈশা তিংবদি। পৈশা তান্দৌরিবরা পৈশা তিংদৌরিবরা অমদি তৌবা হৌরে। ফোর্ম থাগৎপা অদুসু মতম হেন্দোকখ্রে হায়দুনা অমুক য়াদ্রে। করম তৌনি খন্দুনা ঙাইহাক লেপ্লিঙৈদা ঐনা নহালৱাই খঙনখিবা ইমান্নবা অমনা কৌরকই —

- এ, ভায় কুইরেদা উদবা।

- এ, কদোমদগীনো তৌরকইসিবো?

- সুম কোয়থোরকইজাৎনি। কৈদৌরম্মীবনো?

- লোনগী ফোর্ম অমত্তা থাগে তৌবনি অদুবু লাষ্ট ডেট ওইখ্রে য়াদ্রে হায়নে।

- হেরা অদুক লায়বা থবক্তুবু। লুপা য়াঙ্খেমুক পীথোকঅগা ক্লার্ক নুপী অমদা হেক্তা থাহনবা য়ানি।

- য়াগদ্রনে ভায়?

- য়ানি - য়ানি। পৈশা পীরবদবু য়াদবা লৈপোৎ নত্তে। ঐগা চঙসি লাকও। অসুম্না ঐগী মরুপ অদুগা চঙমীন্নদুনা উচিন-নাচিন্না ফোর্মদুদি থাজিলহৌরে। পৈশা পীদ্রবদি মদুসু অমুক খনবগী ৱাদি লৈতবনিনা অমদগী খরা পূ অমদগী খরা পূ তৌদুনা লুপা লিশিং তরাখক্তংদি পীশিল্লুরবনি। লীশিং তরা পীরুরবনিনা শোয়ররোই খন্দুনা লৈরে। হন্দক্তি ঐগী শানৌ ইবেম্মদু উন্নরগা নুংঙাইবা পাউশিংসি অমুক্তা তাহল্লুগে খন্দুনা নোংমা হাইদোক্লুই।

- মেম্মী, হন্দক্তি দাউসি য়াদৌ মাল্লেহে।

- কৈদৌরগে?

- লোন অমা লৌথোকঅগা কারবার অর্চোংবা অমা হেক্তা হৌরগে খল্লে।

- ফাওরবরো অদুবো?

- ফাওরবগুম্বনি কৈনো। পৈশাকা লোইনা পীখ্রবনি।

- অদুবু...

- অদুবু কৈদৌরবা? অদু-অদা খঙদে ইবেম্মা ঐখোয়গী য়ুমদো অদুসু খরা শেমজিন্দবা য়াদে। হয়েং মৌ অনৌবী লাক্কদৌরিবনিনা হায়বা।

- মখাদো অষ্টর অনানবদো তৌসিকো।

- হোয়নে- হোয়নে ঐ লোইনা তৌগেনে। ঐনা হেন্না খঙলিপোৎনেমি। অসুম্না নুংঙাইবা মঙলান অমা শাগৎতুনা য়ুমদা হল্লকএ। লাই হায়বসে লৈতবদি নত্তেকো। ঐগী নীংবসি থুংদি থুংহন্নবীগদৌরমাল্লে খন্দুনা পূক্লিংদা ঈশ্বর মাবুসু থাগৎচরুই। ৱাখন্নবু নুংঙাইরবদি উরু-উরুবা খুদিং পঙফতা ফজবা পঙনুংতা নুংশিবা হায়বসি হৌনশা ওইরমাল্লে। ইঙ্খোলদা হৌরিবা হৈপাল-লৈপালশিংদু উরুবদা পূক্লিংসি ঈরাং লাংবগুম তৌরদুনা মনাক্তা চঙশিল্লগা নাপী-শিংবি ফোয়দত্তুনা শেংদোকপীরুরি। তাঞ্জাদুদা ইতৈমনা খংকৌ কৌরকখি -

- ইবুংঙো, ঐখোয় ইবেম্মগী মীং চনবদো দোনেসন তৌদ্রবদি খল্লোই হায়নৈনে কমদৌসিগে?

- করিনোনে অঙাং পীশক ক্লাস ব্লান-টুদা মীং চনবা ফাওবা পৈশা পীজনৈ হায়রিবসিবো?

- খঙদে - খঙদে ময়ামদগী মখোয়গী স্কুলসিনা খিৎসু মহেল্লি। ফোর্ম থাবফাওবা অহীং হৌগৎনদুনা চৎলি। মসিগী স্কুলসে তম্বীদবনা হেক ফবজাৎনি।

- লায়রবা ঐখোয়দি হায়গুম্নদনা তম্বা ঙমদৌ মান্দে।

- অদুনবু অচৌ-অশাং মচা-মশু ঙাক্তা তম্লিবদুনিনে।

- মখোয় স্কুলদুদা তম্নগা ফগদৌদি হেক মাল্লিদো।

- হেরা, মশানবু ফরবদি অদুম ফবজাৎনিদা। মখোয়না তৌরিবসে কারবারনিনে। মিং চনবা মতমদনা পৈশা খরা য়াম্না ডোনেসন তৌবা ঙম্বশিংদু ফৈ খঙদে ফত্তে খঙদে পঙলৌদা লৌশিনবা, মথংগী চহীদনা ফত্তবা মখৈ উচেক মতু খিকথবদৌনা লোইনা হেক খিকথরম্বা।

- কৈনো হায়রিবসিবো? অমুকসু তাম্মোকপরনে?

- তাম্মোকপা হায়দি অমুক ফেল ওইরদি তম্বা য়াদে সিনিদনা। নহালমুকসু মখা থংবগী তাবিমোলগী মচানুপী মিং চনবগী হাক্তক্তা খৎনম্লিবদুদি।

- হৈমা খৎনম্ববরো? ঐদি তাবু তাদেনে।

- খৎনৈ-খৎনৈ। মচাদো মোয়গী সেলেক্সন টেষ্টতুদা ফেল ওইরে। লাইরিক ফবা অঙাংনিনা মমা-মপানা থাজদদুনা মানা ইখিবা চেদু য়েংগে সিনিদনা।

- আ-অদুদা য়াদ্রবা?

- কদায় য়াদগে। অদু য়েংহল্লদি চোপ্লেদনা।

- খঙদ্রেদা, মোয়সু অচৌ-অশাং অঙম-অথৌশিংগী কোটা খরা কাইথোকখ্রবসু খরা অমদি মশা-মশাগী মেরিট য়েংলগা খনবীবা য়াবনি।

- অদুনিনে উনা-উনা অমাংবা নেৎপা হায়বদো ঐখোয়সু নেৎলবনিনে। অমোৎপা চৎনবী ময়াম অসি খঙনা-খঙনা উনা-উনা চৎনবী অমা ওইহন্দুনা সুম লৈরবনে।

- অদুবু চুমথোক্কদবসিবু কনাননো? কনাদনোনে হায়রুগদবা? হায়রুগদবশিং অদুসু মখোয়-মখোয়গীদি কোটা খাইরিবনিনা কনাসু য়ারকওইনে।

- *মসিগুম্বা ময়ামসে খরা মুথৎনবা হোৎনবদি ফরবজাৎনিদা। মসিনা মসি ওইরে হৌজিকপু কমদৌসিগে?*

- তমহনগে হায়রবদি পীবা তাবনিনে।

- অদু পৈশাদু নঙনা খরা থিরকওনে।

- ঐগীসু ফংলনি কুইররোই। ফংলগা পীনবা ইতৈমনা কনাদগীনো খরা থিনরোনে।

অঙকপনি ঙসিগী সমাজ। থবক অমা তৌবগীসু পৈশা, লোন অমা লৌবগীসু পৈশা, অদুতা নত্তনা পীকখ্রবা অঙাং অমা মমিং চনবফাওবা পৈশা। হুম, নুপী নুংশিনবসু পৈশানিনে, করিনো তৌরিবসিবো। পৈশাদুসু লায়রবা ঐখোয়গী য়ুমদদি ইরাক লাক্লিংদমাল্লে। পৈশা নঙসু মীচং-মীখাই নাইবা য়াওরেকো। সুম হৌখিবনা পৈশা ফংলগা পীদৌরিবনি হায়দুনা ফনা য়াম্মে পুশিল্লিবা। মীশিংসিসু শেন্দোয় পাম্বনিনা ফংদৌবা অমা লৈরি খঙদনা পঙপীতা পীশিল্লকই। শেন্দোয়তা হুনবদা ৱাবনা ফর-ফর হাইরবজাৎনি। খরা শুজরুবা তাঞ্জরুবা পুম্বা মখোয়গী শেন্দোয়দা লোইনা চৎলে। ৱাখল মওন-মওন খন্দুনা লৈরিঙৈদা-

- ভায়, নঙগীদু য়েংউরো, হায়দোকহৌরেনে।

ঐ শ্বায় লাউই। ৱা ঙাংদে। ফি পরপ-পরপ শেৎচীল্লে। অদুম থোরকএ। নম্বর ময়ামদু মথং-মথং সুম য়েংথরকপদা লোইরফাও য়াওদ্রে। অনী-অহুম্রক য়েংলে য়াওদ্রে। ঐ কোকচাউবী কাবা হৌরে। কমদৌনী - মীগী পৈশানা মরোল অমা অদুগীসু মথক্তা 'মেম্মী'।

- ভায়, নঙবু কয়া পীখিগে?

- তরানি, ভায়।

- অস নঙসিমা, মীনা তরামঙা পীনবনিকো হায়রমক্তদা।

- তরাদুফাওবা ৱানা পীরিবনি ভায়।

ফমুঙদা লোংনা হিপ্পগা ৱাখল ঙাইহাক তৌরে। ফরে, পীখিবা পৈশাদু লৌখোকঅগা কারবার অমা তৌদুনা পৈশা খরদি তান্দবা য়াদে খল্লে। পৈশাদু লৌখোকপা হেক নোংঙানবগা মোরে চৎলে। ৱাসি য়াম্না কান্নে হায় মদু ওইনা হেক্তা পুরক্লগে খল্লে। ৱাদু ফনা য়াম্না তীকচরে। মসি খরদি তোংলনি সুম্মায়না খরা তোয়না চৎলগদি মীগী পৈশাসিংসি খরদি কোকপা ঙম্বা য়াই খন্দুনা হরাও-হরাও ইম্ফাল থোক্কদবা গাড়ীদু তোংখৎলে। লম্বীদা খামলে। পুলিসনা চেক তৌবদা ঐগী ৱাদুসু য়াওবীখ্রে। পীয়ু হায়না ফনা তক্লবনি অদুবু লুপা চামঙা পীরম্মু নত্রবদি ৱা পুবা য়ারোই মসিদি ফোরেষ্টকী পোৎনী হায়রে। লুপা চামঙাদি লায়রদনা লুপা তরা শুনা য়াওদ্রবা মতমনি। থনম্বা তাবনি ৱাদু। অদুম লৌহৌরে। ঐ য়ুমলোমদা চঙদ্রে। মেম্মীখোইরোমদা অদুম চৎলে। লম্বীদা কৌরকই—

- তা-নবা, ৱা অমা তম্বীগে
- কৈনো? করি ৱানো?
- ঐখোয় ইচে মেম্মীদো..
- হা কৈদৌরবা?
- ঙরাং চেনখ্রে।

# ঈচেল অমগী তোবর্বান অনী

তাবিরেন, নঙনা য়েকইদুবু কৈনো?

- ঐনা য়েকইসিরো?
- উম, কৈনো অদুবো?
- করি ওইরমদৌ মাল্লি ?
- খঙদেদা, লাইনেনা মখোঙ-মরম খঙদবা ঙাক্তা হেক য়েকঅদনা।
- নঙনা খঙজদবগী ৱানীনে ইবেম্মা। য়াম্না ফজখ্রপোৎনিনেসে।
- উম, ফজরিনি। মীনেনা খরা ফজবা য়েক্কে হায়দেনে। ময়াঙ ইকং কংবা শরু ঙাক্তা ঙায়বা ফজনফাও লেপ্পা ঙমদবা ঙাক্তা য়েকইসিবু।
- ঙসিগী মমি শান্নবা মীওইবগী শক্তমনি, লতা। নঙনা খংদ্রবননি, মসিনিনে ফজবা লাই হায়বদো।
- নখোয় আর্টিসকী ৱাসে ঐখোয় খঙজদ্রে। অদো তাবিরেন ঐগীসু লাই অমত্তা য়েকপীয়ুবা।
- করি লাইনো? য়েকঅগা লোইরেদনা।
- অদুবুরো ঐগীদি য়াম ফজবা লাই য়েক্কদবা।
- হে ঐদি নঙনা হায়রিবা অদুগুম্বদি য়েকপা হৈতে। য়েকউ হায়রগনা অথীবা য়েকপা তাবা।
- হুম অথীবদি তল্লি তোকচরগে।
- ফজবা য়াম্না পামজরুনুকো। ফজবা হৈগী মনুংদা তীল য়াম্না চঙগনবনিকো?
- ঐগীদি চঙঙোই।
- হৈনৌ মনুংদা চঙবা তীন্দুবু নঙনা খঙব্রো?

বিরেন অমদি লতা লৈকায় অমত্তগী পাখং লৈশাবী ওইবনা কোইনদে। ৱাঙাং খুদিং কোচি থাংবা, য়েৎনরিমখৈ নুংঙাইজবা হায়বদু মবানিগী




মফমদসু খোল্লুরে। 'ফ্রেঙদোক্তবা নুংশিবা' হায়রদু বিরেন অমদি লতাগী শরুক ওইনা থুংলুরে। অমসুং লতাগী মমা-মপানদি মচানুপীবু ইনাক-কৈরাক খুনবা নুংঙাইবা য়াইফবা ইমুং অমদা থাজনবা শেম-শাদুনা লৈরবনি। খঙদে, ঈশ্বর মাগী করম্বা লিলানো। মৈবু ফিনা কুপ্পুনা থম্বা ঙমদবগুম নোংমদি লৈকায়গী মী লোইনা খঙনরকখি। লতাগী মমানা নোংমা হায়খি —

- ইবুংঙো বিরেন।

- করি হায়গে ইনে?

- ইনে ব্বা অমা হায়গে।

- য়ানি হায়বীয়ু ইনে।

- য়েংঙোই, লতাসে চাউরক-শাংলকএদো। ইমাখোয়ননে থাজনবা হায়দুনা থাংমৈবন্দগী ইঞ্জিনিয়র বোয়ায়গী মচানুপাদুগা ব্বা লোইনরবনি। নখোয় খ্বাই চঙদুনা খরা য়েংশিল্লুকো।

বিরেন শ্বায় লাউখি। হোয় মাই অমত্তা হায়হৌদনা তুমীন্না লৈহৌই। খল্লকই লতাবু থম্মোয় শেংনা নুংশিরুবা ঙসিদি নুংশিবগী অশেংবা মশক তাকপা মতম ওইরক্রে। করম্না তাক্কদবা থাদোকপা নত্রগা থাদোক্তবা। পীক্রবা কা অদুদা মুশি-মুশি ঙাল্লিবা থাউমৈ মচা অদু য়েংলগা বিরেন অদুম্মক ফমলি। অমুকসু নুংশা স্বর শাংনা হোম্বরগা অয়েকপা লাইশিংদুদা মুন্না য়েংলুই। নুমীৎ খরনীগী তুংদা নোংমা কা মনুংদা খোঙ লোনশিল্লগা লাই য়েক্লিঙৈ খোঞ্জেল অমা তারকখি, খঙলে লতাগীনি। পাক হাংলুদ্রে। অদুবু হান্নগুম কোইনদবা মতৌদা লতা খোঙদা কাক কাক থীন্দুনা হায়রকখি— তা বিরেন, খোঙ হাংঙো। করি তৌরিবনো? নঙগী লাইদো কৈসু লৌবীরোইয়ে। খোঙ হাংদোকও।

হৈনিংদনা চংশিন্দুনা খোঙ হাংলুই।

- ঙসিনা করম্বা লাই য়েক্তোইনো?

- ঙসিনা শম্নবা য়াররোইদবা তোবর্বান অনীগী শক্তম অমা।

- উম, তৌরদৌনি মাগী হৌনবী।

- নঙ কৈদৌবা লাকপনো?
- লাকপা য়াদ্রবরো?
- য়ারম্মী, অদুবু ঙসিদি য়াদ্রে।
- করিগী?
- নঙ লৈশাবী ফারবনি লতা।
- কৈনো হায়রিবদুবো? মথোঙ-মরম খঙদবা ঙাক্তা।
- মথোঙ-মরম খঙদবা ঙাক্তনি পুন্সিদা থোক্কদৌরিবা।

চন্নবী লতাগী ৱাখল করম্না ওলহনগনি খল্লুবদা বিরেন হায়ফম খঙদনা ৱাখি। পুন্সিগী অৱাবা মশক খঙলক্রুবী মহাক্কি অদুবু ঙসিদি মহাক্কীসু শরুক থুংবা তারে। থোইনা হেন্না নুংশিরকই চন্নবী মায়থোং উরুবদা। হায়ফম তৌফম খঙদনা পায়রুই তনৌরবী খুৎশাশিং তপ্না-তপ্না।

- লতা, ঙসি অসিনা নঙ-ঐগী পুন্সিদা অরোইবা ওইখিবসু য়াই। ঐনা ঙসি পায়রিবা খুৎ অসে মতম খুদিং য়াইফবা ওইসনু।
- তাবিরেন, করিনো নঙগী ৱাঙাংশিংসিবো? ঐ ভাব অমত্তা তাবা ঙমদ্রে। পাউখুম পীবা নংদ্রিঙৈ লতাগী মমানা লতাবু কৌ-কৌদুনা চঙলকই।
- হৈ তৌঙম্বী। নুপা ময়ুমদা চৎ-চত্তুনা নঙনা তৌরিসি করিনো হা? নঙ মদু নত্রবদি নুপা লৈজদ্রবরা? লাও পরপ-পরপ।

লতাবু মখুদাং পায়দুনা পুখি। য়াম্না থুনা ৱারোইপোৎ পুদুনা লুহোংখি। লুহোংদ্রিঙৈ মতম খরদুদা পাউ কয়া থারকখিবা, চিঠি কয়া পাউখুম পীদনা বিরেন তুমীন্না লৈখি। ঈয়ায়দা লাকশিনখ্রবা হিনাউগুম বিরেন ৱাখল অমত্তা থোকখিদে। খনবদি লেপ্তে — লতাদুবু কমদৌরমগবা? মরাল লৈজদবা থম্মোয়দো কয়াদা ৱানা খাঙলিগবা? নুপা ওইবগী থম্মোয়দি কল্লি কপ্পা হৈতে হায়নৈ অদুবু বিরেন মতোমতা কা মচা অদুগী মনুংদা মমিত্তগী পিরাং শীহুজখি। পাঙদবা হায়বদুরা নুংশি মৈচাক্লা হেনখিবনরা অমদি ওইরে। ওহোকপা থম্মোয় হায়বদুনি ঈশ্বর মহাক্না শেম্বীরম্বা নুংশিনবগী থম্মোয়- করিগুম্বকান নুংদগী হেন্না কনবা করিগুম্বদনা লৈরাংদগীসু হেন্না থোৎপা।

নোংমা কুইরবগী তুং ইখঙ-খঙহৌদনা লতা থেংনৈ।

- হায়, লতা কদায় চত্তোইনো?

- তাবিরেন নুংঙাইরিদনা?

- নঙবু কমদৌরিবগে?

- নুংঙাইরি। তাবিরেনদি?

- নুংঙাই হায়বা তারেদনা। নোংমা ঐনা য়েকখিবা তুরোই-ঙাম্রোইবা লাইদো নঙসু উহৌইদনা? মদুবু নুংঙাইরমগদবা মানব্রা? কান্নদেসে নঙবু কমদৌরিবগে?

- তাবিরেন, চাক্লম্বা মৈরীনা মুৎখ্রবদা মন্নবা কুয়োম্না য়োমশিনবা হায়বসে হৌনশা নত্রা?

- লতা! নঙ অদুগুম্বা ৱাদু ঙাংলনু। পুন্নমক কাউখোকখ্রো।

- লৈঙোয়দা তাবা খোঙ্গুলদি নোংমা শোয়দনা মুৎখিনি অদুবু থম্মোয়দা তাখিবা মমিদি কৈদৌনুংদসু কোক্লরোই।

- নত্তে লতা, লম্বীসিদা ইবানি অসুম্না ৱারী শাবসে মীনা উব্রগা ফজদে চৎলো।

- চৎলনি। নোংমতংদা ওইরবসু নহাক্কী নফমদা ঐগী ৱারীসে লীরমগে খন্না ঙাইজরকপনি। ঙসিদি নীংবদুসু থুংজরে। নঙবু নুংশিরুবা ইরালনি খন্না উজনিংবা চেংলৌ য়েংহৌগে খল্লুবগীদমক ঙাকপীরম্মু।

- ঐঙোন্দতা করিগী ইরাল শীরিবনো? ফরে-সে তোক্লসি। করি অমুক হায়নিংলি?

- করিসু হায়নিংদ্রে। হায়রুবগীসু কান্নবা ফংলরোই। তা-বিরেন, নঙনা নোংমা য়েকখিবা উনা-উনা লাম্বা ফংদ্রবা ঈচেল অমগী তোবর্বান অনীদো নহাক নীংশিংলিবা নত্রা?

- নীংশিংদুনা অমুক ৱাহনবা ঐহাক পামদ্রে লতা। করিগুম্বা নীংশিংলকপা থোক্লবসু মদুমক ইরালনি খন্দুনা হিংহৌখিগে। নহাক চৎলো নুংঙাই য়াইফনা পাল্লু।

- মদুমক ওইজগে।

মহাক চংখ্রে, চংখিবনা ফৈ। মহাক লুহোংখ্রবীনি ঐঙোন্দগী লাপথোকখ্রবনি। অমুক নকশিল্লুদবনা ফৈ। মরুপ রাজেনগী খোঞ্জেল নত্রা।

- ভায়, পুন্সি হায়বসে তম্বা ঙমদেকো?

- কৈদৌরগে?

- লতাগী নুপাদো মানা লুহোংখিবা থা মঙা-তরুক লৈরগা শিখ্রেদনা।

- করি, ঐদি তাদেনা।

- নঙদি কদায়দগী তারনি। মহাক লুহোংখিবা মতুংদগী নহাক্তি ঙরাং নহান্তনি য়ুমদা লাক্লিবসে।

- নত্তে, লতাদুবু হৌজিক্তা ঐগা ৱারী শান্নরম্বদুবো?

- করিমত্তা হায়রমদ্রো?

- হায়রমদে। করি ওইনা?

- করি ওইনি। ইনাকখুনবা মচাগী হৌনবা ঙাওশিন্নরুবদগী এইদস পক্লকপনিদনা।

ঙাইহাক্কী মমাঙদা ঙাংলম্বা মাগী ৱাহৈশিং 'তাবিরেন, চান্নম্বা মৈরীনা মুৎখ্রবদা মন্নবা কুয়োম্না য়োম্মশিনবা হায়বসি হৌনশা নত্রা?' হঞ্জিন-হঞ্জিন ঙংদুনতা লৈরবা ৱাহৈশিংগী মরক্তুদা বিরেন খঙহৌদনা শোন্দোকখি-

- লতা, নঙ ঐবুদি ৱারৌগনু। শম্নবা য়াররোইদবা তোবর্বান অনীগী শক্তম ওইখিবননি।

# নূং অনীগী মরক্তা হা

লুহোংবগী ইরাঙ লাঙনবা মরকসিদা কদোমদগীনো খঙদে ইনেতোম্বীনা ইখঙ-খঙহৌদনা হায়রকখি।

- ইবেম্মা বার্ত্তোনসিবু য়ুম্নাক য়াওদ্রিবসিবু চিত্থহৌরবরো?

- ইবুংঙোনা য়াদে ইনেতোম্বী।

- করিগীনোনে হায়রিবসিবো মদুবু হেক য়াবরনে? মীনা করিনো হায়গদৌবসিবো?

ইনেতোম্বী মুরুম-মুরুম শোল্লদুনা মপান থোকখ্রে। হৌখ্রবা পুন্সিগী মঙলান ওইখ্রবা ৱারী মতেক অমা নৌহৌননা নীংশিংহল্লে ইনেতোম্বীনা। নুমীত্তো থবক অমা চৎকনি হায়না নোং ঙানবদগী চৎখিবনি। ফনা থেঙজিল্লক্লবা ফাওবা হল্লক্রুবা অদুদা ঐহাকসু তৌফম খঙদনা লৈখি। নুমীদাংগী পূং তরাবুক তারম্লগনি। হংলুফমসু লৈতে কনাদনো হংলুগদবা খন্দুনা লৈরিঙৈ তাঞ্জাদুদা থোঙ্গান্দা গাড়ী খাম্বগী মখোল অমা তাখি। থোঙ হাংদোক্লুনা মাঙ্গোন্দা থোরকখি। নুপা অমা লেপ্লুনা লৈরম্মী।

- ৱা অমত্তা-!

- করি ওইরবনো?

- সিবু মুহিন্দ্রো সাহেবকী য়ুম..?

- অহোয়, মানি করি?

- আ, সুম তৌবনি। সোম্বু...?

- মাগী নুপীনি। হেক্তা হায়বীয়ু।

- ও- ৱারৌবিবদি য়াদে, হেক্তা হায়জরগে।

- হায়বীয়ু কৈদৌরবগে?

- সুম্মাইনা তৌবনি। মুহিন্দ্রো সাহেবতু নুপী অমা...।

ঐহাক কোকচাওবী কাখিবা খঙহৌদে। ৱা অমত্তা খুন্নমদনা ইমুংদা অদুম চঙলে। নুপা অদু চৎখ্রবরা চত্তবরা ঐ করিমত্তা খল্লুদ্রে। মহাক্লা অদুম্না

তৌরক্কদ্রা হায়বসে ঐহাক কুইরবগী মমাঙদগী চিংনবদি অদুম্মক লৈরক্লবনি। চিংনবা থৌদোক কয়াদা মা-ঐ তত্তনা খংনখি।

*- ঙরাং সিনেমা নুংঙাইবরা?*

*- করি সিনেমা? ঐদি য়েংদেনা।*

*- উম লোইনা খংঙে ইবুংঙো। মৈবু ফিনা কুপ্তুনা কয়াম কুইনা থমগে হায়রিবনো?*

- কৈনো নঙনা হায়রিসিবো? ঐবু কনাগা সিনেমা য়েংলবগে?

- লোৎলু-লোৎলু, কয়াম কুইনবু লোত্তোইনো?

- ওইদ-পাদবা ঙাক্তা হায়জিল্লগা খংনবা হৌরক্লবরা?

- খংনবা হৌবগী ৱারো সিবো? খঙলবসু তুমীন্না সুম ফুমজিন্দুনা লৈয়ু হায়রিরো?

- অওইবদা হায়রবদি ফবা। ওইদবদা হায়রকঅদি ঐসু শাউনিংলকপা তাবনি।

নুমীত্তুসু মানা ঙমদুনা অদুম লৈনখ্রে। নোংমদি ঐসু মাবু তশেংনা শাউনিংখি। নুপীবু করিসু লৈতনা খনবা, লাইফদিবী শান্নবগুম শান্নবা নুপাশিংগী থবক থৌওং কয়া অমা খল্লুরগা হায়ফম খঙদনা শাউনিংখি। নুপীগী থম্মোয় নুপাগী থম্মোয় করিদবু খেন্নরিবা মখোয়দা নুংঙাইতবা ফাওবা অদুগুম ঐখোয়দসু অদুম ফাওরিবনি। নুপানা তৌরগনা হেক ময়াবা নুপীনা তৌরগনা হেক ঙাংনবিবা থীনা হেক মহায়বিবা। মখোয়না অৱা-অনা, অপাম-পামদা ফাওরিবা অদু নুপীদসু ফাওরিবনি হায়বসে খনবীবা নুপা য়াওরম্বসু ময়াই অদুবু অয়াম্বনদি খনবীদবনি। ৱা-লানকা ইঙাং ঙাংনিংদদুনা নোংমা নিনিদি ৱাকা ঙাংলুদ্রে। মদুসু হেক্তা শাউনিংবরা খঙদে-

- নঙবু ঙসি ঙরাংসি কৈনোমা ইতৌ তৌই ৱা-লানকা অমত্তা ঙাংদে কৈদৌরগে?

- কৈসু তৌদে।

- অদুম্মায়না খুম্বোই-খুমদবোইকা তৌরদিবা ঐদি য়াম তল্লি। তৌনুকো।

- ঙাংলুদনা কান্নররোই হায়না ঙাংদ্রবসু ঐবু সুম ঙাংঙু *হায়রিসিবু* করিগীনো?

- অদুবু করিগীনোবা?

- নঙনা তৌরিবা থবকশিংদো ঐ শুকঙাং ঙাংজররোই হায়দুনা তুমীন্না লৈজরবা।

- ঐনা তৌরিবা থবকপু করিনো? ঐনা করিবু তৌরবগে? নঙগী অদুগুম্বদু তৌরক্কনুনে।

- কৈদৌ তৌরোইদোইনে? নহানসু রেষ্টুরেন্টতা লৈহৌই হায়দায়নে?

- এ-এ, অদুনা কনানা অমুক হায়জিনবিরিবা?

- ঐসু মীনে। তায়য়ে, উইয়ে লোইনা।

- নঙগা ঐগা খৎননবা হীগায়-ৱা থাজীনবা অমা লৈরেকো, চেকশিঞ্জৌ।

- লৌগে হায়রবসু লৌজৌও। অদুমায়না ঐঙোন্দা থোক-মোক্তি তৌনু হায়বা।

- উম, নঙনা নমদনা ঐবু নুপী থিহন্দৌরেদনা।

- সিবু, ঐনরো নঙনা তৌজবনে।

- ইতৌ তৌজদবা ঐহাকসে শাউনিংবদগী তৌগদৌরিবা।

- ঐঙোন্দা ইরাল শীরগা তৌগে সিনিনে?

- নরাল শীবগী ৱা নত্তে। নঙগী অদুগুম্বা ওইদবদুদা শাউনিংলকপগী ৱানিনে। কান্নদে ৱা য়াম্না ঙাংনরোইসি।

- হুম, হেক হায়রুরগা হেক শাউজিন্নবা। মশাগী মরালদি খঙশিন্নদবা।

- নঙগীসি ঐঙোন্দা য়াম্না খৎননিংবগী ৱানিনে?

- খৎনবসিবু কনানা হৌরিবনো সিবো?

অসুম্না হৌজ-হৌজ কয়া ঙাংনদুনতা লাকখিবনি। ৱাখল কয়াদা মঙলাক্লরিঙৈ নোং ঙানগদৌবা কুইরমদরে। নোংঙাল্লমদাইদা উইরুম-উইরুম তৌরুরমাল্লে। থোঙদা, কাক-কাক থীল্লকখি—

- সোরো, তারিবরো থোঙ হাংঙো।

থোঙ হাংলগা ঐ ৱা অমত্তা ঙাংলমদনা তুমীন্না অদুম চঙলক্লে।

- সোরো, নঙ শাউরনু। শাউফম্বুদি থোকই অদুবু ঐনা চেনগে হায়না চেনবা নত্তে।

- হৌজিক ফাওবা লোৎলিবরা?

- লোৎপগী রা নত্তে, অওইবনি। নুপী অদো মাগী নুপা শিখিবা কুইরে মচাসু অনী লৈ। মাগী অরাবদুদা নুংঙাইতদুনা ঐনা মতেং খরা-খরা পাংবিবনি। ঙরাংদি মখোয় অদুরাইগী নহারোল অমদি মৈরা পায়রীশিংনা লৌদবা য়ারোই হায়দুনা হেক্তা তৌবদগী ঐসু উপায় অমা লৈখিদবনি।

- ধর্ম্ম অবতার ওইরবনিনা ধর্ম্ম মতুম-মতুম হৈথবীরুরো। ঐখোয় করিসু হায়জরোই।

- অদো, নঙ চৎকে-লাক্কেদি হায়রক্কনুকো।

- মদুদা নঙগী দরকার লৈতে।

- কৈদৌবগী লৈরোইদৌরিনো? নঙ ঐগী নুপীনে।

- করিগীনো নখোয় নুপানা নুপীবু অসুক হ৥না খল্লিবসিবো? নখোয়না লৈয়ু হায়রগা হেক লৈবা চৎলু হায়রগা হেক চৎপা য়ারো?

- কান্নদে সোরো। নঙ শাউরনু ঐ তশেংনা লাল্লবনি হায়জরেদনা নঙোন্দা।

- কান্নদে-কান্নদে, ইচাসিদি পীক্লিবনিনা ঐনা পুবা তারে। মসিদা মরৈকা য়েংলক্কনু।

- অঙাং পুবা য়ারোই। চৎকে হায়রবসু নতোমতা চৎলু।

- কৈদৌবগী য়ারোইদৌরিবা। নচা নুংশিবসু খঙলিবোইরে। য়ারোই পুজখিনি।

অসুম্না কায়নখিবনা ঐ য়ুমদা অদুম্মক লৈখি। অঙাং লৌবা লাকপা কয়া ঐনা পীখিদে। ময়াম লাঙনবা অমা তায় হায়দুনা য়েংখোক্লুবদা মহাক লেপ্তুনা লৈরম্মী।

- সোরো, নহালমখৈ শাউবা হৌনৈ শাউরে হৌজিক্তি ইচাগী লুহোংবসে য়ুমদা ওইনা হোঙলুরসি।

- ঐদি মদু শুকঙম ঙম্রোই। মপা লৈনা-লৈনা মপাগী নুংশিবা ফংজরক্রবা ইচানি। ঐহাক মদু ঙম্রোই।

- ঙসি ফাওবা নঙগী মরৈদু থাদোকপা লৈত্রি। কান্নদেসে য়ুমদা চৎনবা তৌসি।

- মদুগী ৱাহৈদো অমুক হন্না পনবীরনু। নুপী অমদি মচাবু মীরায়রগা অতোপ্পা নুপী অমবু নুংশিবা ঙম্বা নুপা অদো অমুক হন্না মায় ওনশিন্নবা পামদ্রে। নুপাদি তরাগী মপুনি হায়য়বদো ঐদি পামজদে।

- সোরো, নঙবু তৌনুদা।

- ঐদি ঙম্লরোই।

- নঙনা য়াদ্রবসু ঐ মপানি ঐনা নমদুনা পুবদা কনানা করি হায়দৌরিবনো?

তাঞ্জাদুদা ইচানুপাদু কদোমদগীনো থোরকখি—

- করিনো হায়বিরিসিবো? মপা হায়ববু কনানো? ঐগী ইপা লৈতে। ঐনা পীক্লিঙৈ মীরোল তাদ্রিঙৈ ইমাবু ৱাহনখি। ঙসিদি ইমাবু অৱাবা পীবা য়াররোই। ঐগী লুহোংবদা ইপাগী দরকার লৈতে।

- নঙগী য়ুম্নাক শাগেদি ঐগীদা ওইদৌরিবনিনে। মদু য়ারোইনে।

- য়ুম্নাক শাগে য়াওদ্রবসু য়াই। য়ুম্নাক শাগে লৈতবনি হায়দুনা ঐহাক শিগদবসু নত্তে। ঙসি ঐগী য়ুম্নাক লৈতে, শাগে লৈতে। ঐগী লুহোংবগী বার্তোন নম্বদা ঐগী য়ুম্নাক য়াওহল্লোই।

কনাগী মীচঙনো ঐনা চঙলুগদবা। নূং অনীগী মরক্তা হা ওইদুনা তুমীন্না অদুম্মক লেপ্তুনা লৈখি।

# সনাজাউবী

ঐখোয়গী সনাজাউবীদো ওহোক্লসু ফজখ্রে, ইপোৎনি হায়না থাগৎপা নত্তে। মচুদুনা ঙাংলপ তৌরদনা সনা মচু হায়বদুমক হেক থোকই। মদুগী মথক্তা শিংবসু মীগুম শিংঙী। মানা সঙ্গোম্দা শজিক চাদুনকা লৈরম্বদি য়েংবগী পেনবা নাইদে। হম্দক্তি মকুম-মথা য়ৌরকপগী অমুক্কা হেন্না য়েংবা নুংঙাইরে। ঐনা খুত্তা শজিক হানৌ খরকা পায়রগা চঙলুরবদি মানা মমৈদু ফেরে-ফেরে হায়রদুনা কয়াদা হরাওজবা। নোংমা-নির্নি লৈরগা মচা লাবা ফজখ্রবা অমা ফংজরে। মচাদুনা মরোল অমা নুংশিরিবা। নোয়-নোয় লাউরদনা মফম-মরাং খঙদনা পঙচেন্দা-চেন্দুনা শান্নে। মচানা চেন-চোংদুনা শান্নবা উরগা সনাজাউবী নুংঙাইজরমাল্লে মচাগী মনাক্তা উরূ-উরূ লৈরদুনা মচাবু কোয়তান তান্নজে। মখোয়গী কূন্ধে য়েংবদা ঐসু নুংঙাইবা হায়বদু ওইজরিবনি।

নোংমদি ঐনা খল্লি - থাদোকপিদবসু কুইরে মমা মচাসে। মমাঙগী লৌবুক অসি নাপীসু ফনা শংলে মসিদা পুরগা মবুক থন্না অমুক্তা পীজরুগে। সঙ্গোম্দা চঙশিল্লে - 'সনাজাউবী, ঙসিদি নবুক থন্না অশং-অমান পীজগে চৎসিহে'। মাসু মরোল খঙবগুম 'ও..' হায়না খোংলকখি। সঙ্গোম্দা চঙশিন্দুনা থৌরীদু থাদোকপিরে। 'লাকও-লাকও চৎশি' হায়দুনা ঐনা তুংদা মমা-মচানা মাঙ থারদুনা থোরক্নে। কোইলাস থাবা লম্বী ওইজরবসু মী পঙচৎ- চত্তবা লম্বীনি। মাঙদা চৎলিবা মমা-মচাবু য়েংদুনা ঐসু হরাও-হরাও অদুম চৎলম্মী। মচাদুনা মরোল অমা ঙাওরিবা - অমরোমদা অমুক চেল্লি, অমরোলদা অমুক চেল্লি, মমাগী মনাক্তা অমুক চঙলকই, অঙকপা অমনি। মচানা চেনবা খুদিং মমাসু হেক-হেক তান্নজে। অমুকসু খোংঙী- 'মো..' হায়না। ঐনা খল্লি মচাসি চেনগনু-চোঙ্গনু হায়না খোংলিমাল্লে হায়না। 'সনাজাউবী নখোয় নমা-নচাসে ঐগী হম্দক মপোক্কী ইচা-ইশূ হায়বদো ওইরমাল্লে।' ইতোমতা

খঞ্জখিবা ৱাখলনি। ইচা-ইশূসু কনামত্তা লৈজদবা ঐঙোন্দা মখোয় অনী অদুনা ইচা-ইশূনি খন্দুনা মখোয়গী কুম্মৈদা ঐনা কয়াদা হৱাওখিবা।

শাংনা চৎলকপগী ৱাবনরা খঙদে অমুক-অমুকসু লেপখোক্লগা মচাবু সঙ্গোম পীথক্তুনা লৈখোকই। 'ৱারবরনে সনাজাউবী, য়ৌদোরে-য়ৌদোরে খিত্তা ঙায়রে। চৎলূ-চৎলূ।' মাসু মরোল খঙবদৌনা অদুম চৎলি।

কদোমদগীনো খঙহৌদনা গাড়ী অমা তুংলোমদগী পাইদুনা থৌগৎলকখি। সনাজাউবীগী মচাদো মমাগী মনাক্তা চেল্লম্বদগী হেক চেহোকখিদুনা গাড়ী অদুনা থোমখি। গাড়ী অদুদি হন্না ফাওবা য়েংলমদে, কন্না অদুম থৌখি। তুম্রবা শন্নাউ অদুগী মনাক্তা চেনশিন্দুনা য়েংলিঙৈদা গাড়ী অদুসু নম্বরকা অমত্তা খঙহৌদে। ময়াদা ঈনা পুমঙাং ঙাংলদুনা তাদুনা লৈরিবা মচাগী মনাক্তা সনাজাউবী তুমীন চঙলকখি। মী ওইরম্লবদি লাউ-খোংদুনা লোইরগদবনি অদুবু মরোল খোক্তুবা ওইবনা অৱাবা ফোঙদোক্তুনা কপচবসু ঙমখিদে। উতুপ তাগুম তারিবা মচাগী মনাক্তা চঙশিল্লগা মুন্না য়েংঙি মমিত্তা মপি তারকখি। ঐ করি তৌগদবনো খঙখিদে। 'সনাজাউবী করিনো তৌরিবা অসিবো। ঐনা তৌগদবসিবু করিনো ঐ খঙদ্রেনে। উপাই লৈতেনে সনাজাউবী ইবানি হল্লসি'। সনাজাউবী চৎসি হায়বা য়াদে। মচাবু চাগদবমখৈ য়েংলগা অদুম লেপ্তুনা লৈরে। ওহোকপনিদা সনাজাউবী নঙগী লাইবকসে। সনাজাউবীগী মতৌ উরুরগা ৱাখলসি মওল-মওল খল্লকই— মরোল খোক্তুবা শা-ষনফাওবা মচা নুংশিবা খংঙী। ঐগী ইমা অদুদি মচাবু নুংশিবা খঙখিদে। ঐনা জ্ঞান তারকপা মতমদুদা ইপা লৈরমদ্রে। নোংমা অয়ুক অমা তূম্বা হৌগৎলকপদা মপান্দা ময়াম লাঙদুনা লৈরম্মী। ঐ করিগীনো হায়বা থোইনা খল্লুদে, খঙলুনবসু হোৎনরুদে অঙাং ওইরিবনিনা। ঙাইহাক লৈরগা ঐখোয়গী থংনবদা লৈবা ইমান্নবা অদু ঐখোয়দা শান্নবা লাকখি। অসুম শান্নমিন্নরম্বদগী ইমান্নবদুনা হায়রকই—

- 'মোবী, নখোয় নমাদি ময়ুম পানখ্রে হায়য়ে। নঙসু লুহোংবা চৎকনিকো'?

-'পান্দে কৈসু। ফুরা?'

- 'পানখ্রে। ঙসায় মী লাকঅম্মীদো অদুগীনে খঙব্রা?'

ঐ কপ্পা-কপ্পা ইমুঙদা চঙলকখি। অবোক্পা ঐবু কয়ারক থেমজিনবিখি। অদুবু মীগী মমা উরুরগা ঐ ইমাবু তত্তনা ব্বারৌদবদি ঙমখিদে। খরা লৈরগা অবোক অদুসু অদুম লৈখিদ্রে। মতমদুদা অবোক্পা ঐগীদমকনি হায়দুনা থম্বীরম্বা হায়ববু য়ুম-ইখ্োল অদুখক্তনি। অদুবু হিংনবগীদমক চাদবদি য়াদবনিনা মীগী লৌ শূবা করি তৌবা খরা য়াও, য়ুম শাবা খরা য়াওরু তৌরগা ফংলকপা পৈশাদগী খরা- খরা তূংশিঞ্জরগা ঐনা শন্নাউ ওইনা সনাজাউবীসি লৈজখিবনি।

ঐগী ইমা অদুগা সনাজাউবীগা ওম্বোক্পা খেন্নখ্রেদা। মীনুংশি হায়বসি মীওইবগী লৈতেংনি হায়নৈ অদুবু মদুগী ওন্ন-তৈনবদা লৈখ্রবী ঐগী ইমাদো করিগীনো খঙদে ঐনা ঙসি নীংশিংলুরিবা। সনাজাউবী, নঙদি শা ওইজরবসু মীনুংশি পোক্নি নচা নুংশিবা খঙলিকো। হৌখিবা পুন্সিগী তমখিবা পুঙফম কয়াশিংদুবু নীংশিংদুনা লৈরুরবা মতুংফাওবা সনাজাউবীদি মচাগী মনাক্তা লেঙদনা লেপ্তুনা অদুম্মক লৈরম্মী। খুনগী পাখং মচা অমা-অনিদা হায়জদুনা সনাজাউবীগী মচা অদু পুরগা ফুন্নুনবা পুরকখি। মচা পুরবা অদুদদি সনাজাউবী উপাই লৈতনা মচাগী মতুং তপ্না তপ্না ইল্লকখি।

# পামজরুবদগী

শান্তি, নঙবু য়ুমদা লৈরে হায় চুমব্রো?

- উম, লৈরে।

- করিগীনো খৎনরিবো?

- খঙদেদা মেমী, খৎনবা হায়গদ্রা খৎনদবা হায়গদ্রা জ্ঞান তাবজাৎ নত্তেদা।

- নত্তে, নখোয় তামোদুবু য়েংবদদি য়াম্না ফগদৌবা মাল্লি হায়ব্রানি।

- ফৈ, অদুদা মত মান্নদবা হায়বা তারে।

- হোয়নে, মত মান্নদবা হায়বসিসু নুংঙাইতবজাৎনিকো।

নুপী ওইনা পোকপা মপোকপে ওহোক্লসু তোনবজাৎনি। পামজবা থবক কয়া অমা পাঙথোকপা ঙমদনা তোকপনসু কোঙ্গায়নি। মখোয়না য়াদবা থবক্তা ঐনা পামজৈ হায়দুনা নমদুনা পাঙথোক্লুরবসু ইমুং-মনুং খৎনবা, কায়নবা তাবা অদুবু ঐগী অঙাং ওইরিঙৈদগী পামজরকপা ইবা-খোৎপগী থবক অসিদি মরক মরক অশংবকান্দা ইবদি তোক্তে। নোংমসু সেমিনারগী বার্তোন অমা লাকপদগী চৎলুবদা খরা খেঙদোকখ্রে। য়ুমদা ব্রানা হল্লকপগা হায়রকই-

- করিনো নুপীনা তৌগদবা থবক নুপানা তৌগদবা থবক করিমত্তা খঙদ্রিবসিবো? ইমুং-মনুংগী থবক্লা ঐনা পুরগা নঙনা আ-সেমিনারনি অদুনী-অদানি হায়দনা চত্তুনা লৈবা। সীবু করম্বা নুপীগী শাজৎনো খঙদেনে।

নুংতিগী চৎপসু নত্তে, নোংমা ফাদোক্কী ব্রানি কৈদৌরগে সীবো?

- অদুনা করি কান্নদোরিগে নঙোন্দা? নচা-নশু য়েংশিন্দুনা লৈবা য়াদ্রো? মদু নখৌ লৈতবগী থবক্নি। নুমীত্তুমদি ঐসু য়াম্না খুন্নুরগা খৎনরক্লনি খন্দুনা অদুম তোক্লে। মতম অমগী নুপীনা লাইরিক তম্লগা করি কান্নরি হায়বদো হৌজিকসু অদুগুম্বা মী অদুম্মক মরৈরিবজাৎনি। ঙসিতা খল্লকই- মত

মান্নদবা নুপাদা য়ুম পাল্লুবগী দোষনি হায়না। করিগুম্বা অমতং হেক ইরুরবসু ফাগী তাদুনা হেক-হেক তোকহনবীবা।

- 'নঙনা অদু ইরগা করিবু তৌনদোইনো?'

হেক মহায়বীবা, খোয়দৌসে শাউগৎলগা হে ক হৌগৎপা। নোংমসু ৱারি মচাগী লাইরিক অমা ফোঙননবা হোৎনবদা খরা কোয়চেন চেল্লুবনি। চেনবমখৈ চেল্লুরগা য়ুমলোমদা পাখৎ-পাখৎনা পরপ-পরপ হল্লকখি। খনবগা তৌবগা য়ুমদা লাউবু-লাউব-ও খোংবু-খোংব-ও অমুক্তোইবা লোইরবজাৎনি। ঐ তন্না-তন্না চঙদবদি য়াদবনিনা চঙলে, মাঙ্গোল হেক কাখৎপগা ইচানুপা অতোম্বদুনা-

-ইমা, নঙ বাবানা হল্লক্তে হায়দুনা অমুক্তোইবা লোইরবনি। কোনকা য়াম লংখোকখ্রবনি। ঐ করিমত্তা খুন্নমদনা ইমুংলোমদা পরপ-পরপ চঙলকখি। করিমত্তা ঙাংবা-শকপা তৌরক্তে তুমীন্না ফমদুনা লৈরম্মী। ঐসু ৱা ঙাংলমদনা চাকশংলোমদা চঙশিন্নে। চাইরম-খোৎলম্বশিংদু লোইশিনবা কন্না লাক্লরিঙৈদা লাউরকখি-

- লোইশিল্লুনু-লোইশিল্লুনু, চাইখায়দুনা অদুম থম্মু। চৎপা লোইরব্রা? চৎলুখো-চৎলুখো। নঙনা কুশি তৌবা য়াবা মফমদা লৈগে হায়রবসু য়াই। ঐ করিমত্তা হায়দে।

- করিনো হায়রিসিবো? ঐনা ফত্তবা থবক অমা চৎলুবসু নত্তে। ঐঙোন্দা অদুক য়াম্না ঙাংলিবদুবো?

- তৌগে তৌ তৌরোই তোকউ। নুপী হায়বসিদিনে মপুরোইবনা হায়বদুতা তৌগদবনি খঙলব্রা? নঙদি কদায়, ঐনবু হায়রবদি হেন্না তৌরগে হায়বসিনা নঙগী অপাম্বনি নত্রা?

- অদুবু ঐনা তৌরিসিবু ফত্তবা থবক, য়াম্না কায়বা থবক্লা হায়বা?

- ফবা-ফত্তবা ঐ খঙদে। নুপীনা পঙচত্তা চৎপা ঐ পামদে হায়রিসিনি। মদুনা করিবু কান্নরিবনো অমুক্তা হায়য়ুনে।

- ও জ্ঞান তাদবা নুপাশিংসে জ্ঞান তানবা হায়দুননে ইরিবা।

- জ্ঞান তাদবা কায়না - হায়, নুপী নঙ কা য়াম্না হেল্লেকো।

- ঐদিনে ইশাগী অপাম্বদি তৌখিদৌরি।

- অদু ওইরগনা আ-নপামদরা কদায়দনো চৎলগা তৌরুরো।

- নুপীবু সুম নমথদুনা থম্বীবা, ইমুং-মনুংগী মথী-মকুম পুদুনা চাকখুম পান্নদুনতা সুম লৈয়ু শীনিনে। মদুনদি চাওখৎপা পুরকপা শুকয়া য়ারোই।

- অদুদি চৎলোনে, নোং ঙানবদগী নুমীৎ তাবা ফাওবা কোয়চৎ চৎলো। অদুগা লৈবাকসিবু চাওখৎলক্কদ্রো?

- অদুদনে ঐনা জ্ঞান তাদে হায়জরিবসে। চৎপা ঙাক্তগী ৱা নত্তে। নুপীসু মানা-মানা পামজবা অনীংবা কয়া ফোঙদোক্লবা হোৎনবদা মতেং পিবিরবদি ফগনি হায়জবগী ৱানে।

- মদো ঐদি শুকপাম পামদে হায়বা।

- অদু ঐদি হয়েংসু লাইরিক অমা রিলিজ তৌবগী চত্তবা য়াদবা লৈ - কমদৌবা তাবা?

- চৎলু। নয়ুমদগী চৎলু। মদুনা ফরনি। নুপা-নহা খরগা গা-গা তৌবা - মদুনিনে নঙনা পাল্লিবা?

- অদুক য়াম্না পুকচেল পীক্লিবদুবু করিগীনো? অদুগুম্বা অদুদিনে য়াম্না লাপ্না থমখ্রবজাৎনি।

- কান্নদে- কান্নদে ৱা য়াম ঙাংনরোইসি। পুকচেল পীকপা ঐগা লৈমিন্নবদি কয়া নুংঙাইররোই।

অসুম্না খরা ঙাংনরগা শাউনিঙমনবদগী চৎলসিরা হায়বফাওবা খল্লবনি। অদুবু করিসু মরাল লৈজদ্রবা অঙাংশিং অদুগী খল্লুবদা খোঙ অসি থাংদোকপা ইঙম ঙমখিদে। অসুম ইতৎ-তত্তনা মরৈ য়েৎনবা, খৎনবা তোকপা লৈখিদে। নোংমদি ঐবু মীওইবগী ৱাহৈ হায়দবমখৈ নত্ত-নত্তবা ৱাঙাং কয়ানা ঐবু চৈরকখি। অদুতসু নত্তনা য়ুম অদুদা লৈতনবা ঙাং-ঙাংদুনা ঐবু তানবা হৌখি। শাউনিংবনা অফ-ফত্ত খহুবা ঙমদনা য়ুমদা লাকখি। নুমীত্তুদগী ঙসি ফাওবা য়ুমদা লৈরিবা অসিনি মেমী।

- তল্লিহে শান্তি, অওইনি নুপী হায়বা জাৎসে ওম্বোক্লসু তোল্লি। অদুননি ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা লাইরিক ইবী নুপীগী মশিং ৱাৎলিবা। ইমুং-

মনুংগী থবক ময়াম অমা লোইশিল্লগা হোৎনগজবগী ৱানি অদুফাওবা হেক মখোয়না নমহৎপীবনি হায়বা।
- মেমী, নখোয়সুনে নশাগী অপাম্বা থবক মপুং ফানা পাঙথোক্কে হায়রবদিনে নয়ুমকা সুকপান পাল্লুনু ইবেম্ম। মদুনা ফরবনিকো।

ঙাংন-ঙাংন লাকপনা য়ুম মপা য়ৌরক্লদুনা ঐহাক চঙহৌরগে হায়দুনা চঙহৌরে। ৱাখলদদি পোত্থাফম খঙখিদে 'অঙাংশিং অদুবু কমদৌরমগবা' খল্লুবদা মীত্তগী পি তাখিবা খঙহৌদে। অমুকসু কদোমদগীনো খঙদে নীংশিংলকখি মহাক্কী ৱাহৈশিং 'নহাক য়াওদ্রবা পুন্সিদি অরেম্বনি।' মদুনা নুংশিনরিঙৈগী ৱাহৈ হায়বদু তারে।

# মদুনদুম ফরমাক্লে

করিনো অমত্তং ইগে খন্দুনা হেক ফমথবতা মঙায়রি অমনা অমুক হেক্তা কৌরকই-

-ইবুংঙো, বেসোন পব্বা অমতা পীয়ুবা।

শাউনীং-শাউনীং হৌগত্তবা য়াদবনিনা হৌগৎলগা অমুক পীরুরে। ৱাহৈ অমা-অনি হেক ইবগা অমনা অমুক কৌরকই 'হো কনা-কনা লৈগে, ৱা অমত্তা লৌগে।' কয়াতা তনখ্রবা থবক্লো। ৱাখল অমত্তা হেক খনফম খঙদবনি। তল্লবসু তন্না তৌদবা য়াদ্রবা ইথৌনি খন্দুনা অদুম তৌবা তাখি। অপাম্বা কয়া অনিংবা কয়া স্বায় স্বায় মাঙখিবা অসিদনি ঐনা কন্না শাউনিংলুরিবা। ইগে খঞ্জরম্বা ৱারী পরিংদো অমরোমদা ওহ্লোক্লগা ইখিবনা কোঙ্গায়নি। পরিং নাইনা চখভরম্বা সংসার অমদা তাউথজরম্বা ৱারী কয়াসু নাথৈদুনা হেক-হেক চৎখিদবা নত্তে। অদুবু করি উপাইদি লৈ। হিংদবদি য়াদে ইদবদি য়াই। ঐগী শিনফমসি ইতনদি তল্লবনি অদুবু তল্লি হায়দুনা চেনবসু য়াদবা। নোং ঙানবদগী অসুম্না তৌবসিনা ৱাহৈ মঙা-তরাকা ইরগা পূং মাপল মখায় তরা হেক্তা তাশিল্লকই - 'ইস পোৎ লৌবা নংদবা তারে' খন্দুনা হোবে-হোবে চৎলে। বজারদগী হল্লকপদদি পুঙ অমা-অনী তারবনিনা চাক ঈশিং চাবা লোইবদা নুংখিল নুমিদাংৱাই অদুম হেক্তা ওইশিল্লকপা। সন্ধ্যাগী মী চিনবা মতমদুদদি ইবদি লায়রদুনা কোক-মৈ খঙদবা মতম হায়বদুনি। নোংমসু ইমান্নবা অমা উম্নে। মাসু ইবা-খোৎপগী থবকসি য়াম্না পামজবা মীতানি। মাগীদি হন্দক্তসু লাইরিক্কা ফোঙদুনা য়াম্না তৌখ্রবনি। মানা হায় - 'ভায়,নঙনা ইবা-খোৎপগী ৱাখল লৈরবদি লেপ্তুনা অদুম ইয়ু ঐখোয়সু মতেং পাঙ্গে।' ঐসু 'হোয় ভায়' হায়রগা অদুম লৈহৌই। খন্দি খলহৌই - মখোয়না মতেং পাংবিদৌরিসিবু করম্ননো, পৈশা-নুংশাদা মতেং পাংবিবদি য়াই, ইগদবা ঐনা হেক মশংদ্রবদা কনাননো লাক্কুনা মতেং পাংবীগদৌরিবসিবো। অদুবু মাগী পুক্নিং থৌগৎপিবা ৱাঙাংদুদি ঐসু হরাওনা লৌহৌই।

নোংমসু ইমান্নবদুনা কবি সম্মেলন অমা চত্তবা য়াদে চৎলুসি হায়দুনা বার্ত্তন তৌশিল্লকখি - 'চত্তবা য়াদেকো ভায়, ইবানি পূল্লদি য়াম্না নুংঙাইনি।' ঐসু হরাও-হরাওনা বার্ত্তনদু লৌশিলহৌরে। চীন্দদি হায়দোক্লুই - 'চৎসি ভায়, চত্তদি কৈনোনে, সীগুম্বসি খরা চৎপা ফৈ।' চৎকদবা নুমীৎকী অয়ুক্তু ঐসু খরা ঙন্না চৎকে হায়দুনা চাক্কা ঙন্তা চাথোক্তুনা লৈরে। খবর ঙাইহাক পাগে খন্দুনা পায়খৎলুবনি ওম্বোকপা মথোঙ চাখিদ্রবা পাউ অমমুক য়াওরম্রে- 'হয়েংদগী মতম কক্তুনা বন্দ' ঐ স্বায় লাউই - 'অস, তোকএদনা' ইতোমতা খঙহৌদনা শোন্দোকখি। ফি পরপ-পরপ শেৎচিল্লে বাজার তম্না অদুম্মক চৎলে। ওম্বোকপা হায়বদুনি ইমান্নবা অদুনা ঐবু থব্রায় করিমত্তা য়াওদবা মীনি হায়না খল্লম্মনি খল্লুবদা ওম্বোক্না নুংঙাইখিদে। খন্না-খন্না পোৎ লৌবগা সম্মেলন চৎপগদি পোৎ লৌবনা লুবনিনা অদুম তোকএ। নুমিদাংবাইরমদা ইমান্নবা অদু লাকই-

- 'কৈদৌরে ভায়, নঙ লাক্ত্রদি? অদুক লুনা হায়নরগা।'

- 'অস, ওম্বোকপা হায়বদুনিহে ভায়। কারবারবালা হায়বসে জুৎ চাবজাৎ নত্তে। কদায়দগীনো বন্দ তৌনি অমুক হায়জিল্লক্তুনা পোৎ লৌবা চেল্লিঙৈদা নংহৌদ্রবনিনে। জ্ঞান তাবজাৎ নত্তেদা ভায়।'

- 'ঐদি নঙ লাক্কনি হায়দনা কয়াম কুইনা ঙাইরে। ফরে, অদো মতুংদা অমুক চৎপা হায়দুনি। ঐ পাউ অদুম পীরক্কে।' 'হোয় ভায়,মথংদদি শোয়দনা চৎসি।'

পুন্সিসিদা হিংননবা নোমদবা য়াদে, শূদবা য়াদে। অনীংবা অপাম্বা কয়া নাথৈদুনা থনম্বা তাবনি। হিংননবগী লানফমনি, লান্দি লেপ্পা য়াদে। নোংমসু ইকুই কুইদনা ঐগী মরুপতু অতোপ্পা প্রোগ্রাম অমা অমুক হায়বা লাকখি। ঐসু চৎকে হায়না হায়দোকখি। নুমীত্তুদা পাথোক্কে খন্দুনা বারি মচা অমা-অনীসু শেম-শাদুনা লৈরবনি। অয়ুক ঙন্তা হৌগত্তুনা 'ঙসিদি ঙন্তানা হেক্তা চৎলগা ইমান্নবা অদু হৌরুরগে' খন্দুনা ইরু-মাইথজবা লোইরে। নহান ঐনা ইখিবা বারী মচাশিংদু করম্বনা ফগদগে খন্দুনা ঙাইহাক পাদুনা লৈরিঙৈদা পুংসু তরামুক তাশিনখ্রে। ইচানুপী

অতোম্বীদুনা কৌরকই- 'বাবা-বাবা, ঐখোয়গী শীঙ লাকএ।' ঙসিনা অমুক করি থোক্লগবা খল্লুবদা ব্বারীমচাশিংদু থোক খুমজিল্লগা হোয়-মাই হায়দনা ফমদুনা লৈথোক্লে। অমুক্কসু কৌরকখি - 'বাবা শীঙ লাকএমী।' 'হোয়, খঙঙে চৎলো' থাংনিংদবা খোঙথাংদা থাংল-থাংলদুনা ঐহাক শীং গাড়ীরোলমদা অদুম হাইজিল্লে। মহৌশা লাইরেম্বীগী খুৎশেম - মহাকসু য়াওনা ঐবু হেক নুংশিবীদবজাৎনি - খঙহৌদনা মংলকপা নোংদুবু করিনোনে মালেমসি পুম্নম মল্লদৌবোই তৌরকখি। গাড়ী দ্রাইভরদুনা হায়রকই - 'তাদা য়ারবদি নোং তারক্ত্রিঙৈদা হোঞ্জিলহৌবনা ফনিকো। নোংসি মওং অমা তৌরকই। 'হোঞ্জিনবা তাবনিনে, চোৎপদি য়াদবনিনা। থাদরো - থাদরো।'

শীং থাদবা হৌরকখি। অঙাং ময়াম কৌথোক্লগা ঐসু নোং তারকপনা হাল্লনি খন্দুনা পরপ-পরপ হোঞ্জিনবা হৌরে। হায়না-হায়না নোংদুসু মরীক-মরীক তাবা হৌরক্লবনি। উচিন-নাচীন্না নোং কনশিল্লক্ত্রিঙৈদা শীঙ গাড়ীদুমা হোঞ্জিনবদি লোইহৌরে। হোঞ্জিনবা লোইবদদি পূং অমদি তারম্মে। চাইবা খোৎপা লোইশিনবা পুম্নোই লোইবদা অনীদি অদুম তারে। ঐসু লোইশিন-লোইশিন্না খন্দবদি নত্তে-

'ঐবু য়ৌরুখিসিরনে, হৌজিক চৎলুরগা অমুক.... অসুক থেঙলবসিদবু।' খন্না-খন্ন ঐ দুকানলোমদা পরপ-পরপ চঙলকখি। ঙসাই পাবা লোইহৌদবা - ঐনা থনম্বা ব্বারিমচাশিংদু লৌশিনগে খন্দুনা খিরুবনি অদুবু ঐনা থনম্বা মফমদুদা খিবা ফংদ্রবদুদা-

'হায় মেমী'

'করি হায়গে মোয় বাবা?'

'হায়, ঐনা ঙসাই সিদা থনম্বা চেশিংদুদি কদায় চৎখ্রে? উব্রো নখোয়বো?'

'করম্বা চেনো?'

'সিদা চে চবুন অমা থনম্বদো।'

'ও-ও অদুরো, অদুদি ঙসাই মোয় বাবানা শীংহোল্লিঙৈদা পোৎ লৈবা লাকপদা ঐনা পোৎ লোইনা তমথোক্লখ্রে।'

ঐ ব্বাকা অমত্তা ঙাঙজদ্রে - 'মদুনদুম ফরমাল্লে' খল্লগা ইমুংলোমদা অদুম চঙলে।

# মঙলান্দুগী তাইবঙ

ইনাকখুনবা তরানা লায়রবা অমা শৌগৎপা ঙমদেবুদি হায়নবা অদুবু করিগীসু ঙমদগবনোদা শৌগৎপিদবগী ৱানি। ইনাকখুনবা লাকঅবদি খোঙ লাওনা হাংবা, লায়রবা লাক্লগনা খোঙ লোনবা হায়জিনবা নত্তে তশেংবনি। লায়রবা কারবার হৈত্তে ইনাকখুনবা কারবার হৈ। লাইনসু চাল্লি, মীনসু য়াই ইনাকখুনববুদি। করিগীনো খঙদে। ৱাখঙবগী ওইবা তাই। লায়রবগী অৱাবা মৈশারক্তা নোংমা ফাদোকসু নুংঙাইবা মঙলান্দা তাউজরুই অদুবু মঙলাক্লবনা অয়াম্বনি।

- হেলো, কনা ওইরবনো?

- সার, ঐনি - অচৌ।

- ও, কৈদৌরবা?

- সার, ঐনা নহান হায়জরম্বদু...।

- হোয়-হোয়, খন্নসিকো। থবক ময়ামসিনা ঐসু মথা শারে।

- ফনি সার, থমজরগে। সারনা শোয়দনবদি খরা অমুক্ত...।

- হোয়-হোয় তৌসি।

টেলিফোন হেক থম্বগা চাউতোনগী নুপী প্রপ-প্রপ চঙলকই, হায়রকই-

-মোয় পাবুং, কনানো হৌজিক ফোন তৌরকখিবদুবো?

- হেরা, অচৌনিদা।

- মোয় পাবুং, অচৌ-অরাংকা খঙদেকো ঐদি। হন্দক্কী ওঝা লৌবগীসিদিনে ঐগী শরুক ওইজরগে। অতোপ্পকা পুশিনবিরকপা য়ারোইকো।

- খঙদ্রেদা মমা, নঙনা মরোল অমা।

- অদু-অদা খঙদে ঐদি হায়জরিবসিনি, হন্দক্কী মতাংসিদা ভোত্তা চঙখিবা ঐগী পৈশাশিংদো হঞ্জিলহৌদবা য়াদে হায়রিবসিনি।

- অদুবুদি ইবেম্মা, মী অমমম ফাননবা হোৎনবদা চাম-চামনা য়ারক্তদুনা চনী-চনী নত্রো পীখিবদো?

- অদুনবু মদু ময়ামদু হৌজিক অমুক খোমগৎপা তাবনে। খ্বাইদগী হেন্না পৈশা য়াম্বদু খল্লগা থবক হাপকদবনি। খঙন-চান্নবকা য়েংবা য়াবা নত্তেকো মোয় পাবুং। মখোয়সু ঐখোয়গীদমক্তা লেম্না অমত্তা চেনবীবা নত্তে। ভাব তাবীয়ু মোয় পাবুং।

- হোয়-হোয়, থোকঅ-থোকঅবা হায়দুনি।

হায়রম্নগা চাউতোন ঙাইহাক্তং পোত্থাগে খন্দুনা সোফাদা ফমথবতা মঙায়রি। মচানুপা ইবুংঙোদু অমুক চঙলকখি।

- পাবুং।

- করিনো, কৈদৌরে?

- ঐনা নহান হায়বা নুপীমচাদো - অদুমদি য়াওহন্দবা য়াদবনিকো।

- নঙসু অমুক তৌররব্রা? নমা ঙাংনবা লোইব্তা ঙায়রি।

- ইমাগীকা খঙদে। ঐগীদি শোয়বা য়াদ্রবা। ঐনা নহান্না এডভান্স লৌথোকঅবনেমী।

- এ, এডভান্সতুনা নঙদি করি তৌনরিবা?

- ঐনা নহান পুরকপা গাড়ীদু লৌহৌরবনে। শোয়বা য়াদেকো পাবুং। ঐ চোপকনিকো।

- নখোয় নমা-নচানা নুংঙাইবসি নুংঙাইদা। নুংঙাইয়ু-নুংঙাইয়ু।

- সীদবু নুংঙাইগে হায়না ভোৎ লেপ্পী নত্রো? লৈবাক্কী অৱাবা-নুংঙাইবা ঐখোয়না উরুবা য়াদে। ঐ-ঐগী হান্না খনবা তাবনি।

- হোয়-হোয় চুম্মীদা ইচানা হায়বা। অদো-মপান থোক্লদি ঙাংলুনুহে মী তানি। ভোৎ লেপ্লমদাইদদি প্রজাগীনি, ময়ামগীনি, অদু তৌনি-অদা তৌনি হায়খ্রিবনিনে ঐবো।

- এ, মদু খল্লুবা য়াপোৎ নত্তে পাবুং। হৌজিকসিদিনে অমদা অমা, অমদা অমা, ঐগী-ঐগী ঙম্নবা ঙাংদ য়াপোৎ নত্তে পাবুং।

লোইবা নাইদে চাউতোন এমেলে, ঙাংবমখৈ ঙাংনরগা ফমথগে তৌবতা মঙায়রি টেলিফোন অমমুক লাকশিল্লে।

- হেল্লো।

- কনানো?

- ঐনে সার, তোমচানে।

- ও, কৈদৌরে-কৈদৌসেবা?

- হন্দক্কী ওঝা লৌবগী মতাংদা ঐনা অঙাং অমা য়াওই হায়জবদো সার, মদুগীদু সারগী মনাক্তা অমুক্তা লাকচগে হায়ববু...।

- হোয়-হোয়, নোংমা হেক কোয়থোরকউ কৈদৌগে।

- ফনি সার, য়াম্না নুংঙাইজরে-থমজরগে।

চাউতোন মকোক হাইফেৎ শাই। কনাবু হাপ্লগা কনাবু হাপ্লোইদৌরিবা। কোফী কপ অমা থক্লগা ৱাথল ঙাইহাক খল্লি। মাগী নুপীনা হায়রম্বা পৈশা খ্বাইদগী হেন্না য়াম্বদুদা হেক্তা খল্লগা লোইরে হায়নবদুদা লেপ্লে। মথা য়াম্না শারুদুনা কান্নদে খন্দুনা খরা খিত্তংদি শাফজরে। কোফী য়াউম অনী-অহুম চিংবতা ঙায়রি মচানুপী শকহেনবীদু অমুক চঙলক্তুনা চবেৎ-চবেৎ ঙাংবা হৌররে।

- পাবুং ।

- কৈদৌরে নঙনা অমুক?

- অদুবুরো হন্দক ওঝা লৌবগীদো...

- অদু কৈদৌরবা?

- অদো, ঐগী সিয়ার অনী শোয়বা য়াদবা লৈরেকো।

- উম, অনীদরো?

- মান্নে পাবুং, অনীখক্তনি। শোয়বা য়াবা নত্তে। পৈশাসুনে পীয়ু হায়বতা পীরদৌনে। অদুগনে পাবুং, হন্দক্তি ঐগী লীক অচৌবা অমা শাহৌদবা য়াদেকো। অদুগা গাড়ী মচা থৌবসে য়াম নুংঙাইতে। ইমান্নবীগী মমাঙদা মিনিষ্টরগী মচানি হায়রগা ঈকায়জৈ। অদুননে পাবুং, মারুটি অমথক্তংগা ঐগী ওইনা লৈসিকো।

চাউতোন নুংশা শ্বর অশাংবা অমা শাংনা হোম্বরগা তুমীন্না তাদুনা লৈ। মথা শাররোই খঞ্জরম্বা চাউতোন শাবা শুম হেল্লকপগুম তৌরি।

কান্নপোৎ নত্তে খন্দুনা হৌগৎলগা অম্বাইফাওবা চৎথোক্লুগে খন্দুনা ড্রাইভর কৌরে।
- হায় তোম্বা।
- করি হায়গে পাবুং?
- গাড়ী থৌদোরকউ, অম্বাইফাওবা চৎলুসি। হায়, নখোয়গী গার্ড-নুংকাদো অমত্তা য়াওহল্লক্কনু ইবানিদা চীক্লা চৎসি।
- ফনি পাবুং।

তোম্বনা গাড়ী থৌরদুনা চাউতোন খোরকএ। ফনা য়াম্না লাপ্না থৌরক্লে। ইখঙ-খঙহৌদনা মমায-মমিৎ খুম্বা নুপা অহুম-মরি ফন-ফন চোংথোরকখি। কদোমদগীনো খঙহৌদে। মীশূ য়াম্না লনবকাশূ নত্তে করিনোনে তৌরিসিবো হায়না খল্লকই চাউতোন। গাড়ী খাম্নবা সাইন তৌরকই। তোম্বসু গাড়ী ব্রেক খঙফা ফায়। চাউতোন তম্না প্রপ-প্রপ চঙশিল্লকখি, হাযরকই-
- পাবুং হন্দক্তি ঐখোয়গী ইতেং খরা পাংবীবা তারে। লুপা লাক্ষ তরাদংদি দান তৌবীযু।
- করিনো ইবুংঙো নখোয়না হায়রিসিবো! ইপাবু কদায়দগী অদুক য়াম্বা পৈশাদুবু।
- ঙম্নি খঙদুনা হায়জবনি। ঙসিদগী নুমীৎ কুন্নিগী মতম পীজগে।
- ঐবু নখোয়না হায়রিসিবু ইবুংঙো...।
- থোইনা খনবীরুনুদা পাবুং। পাবুংগীসু পঙমাঙ মাঙদনবা হিছাব অমা হোৎচরগা ঐখোযগীসু খিত্তং মতেং ওইনবা হায়দুনা হায়জবনি। ঐখোয় চৎচরগে।
হায়রম্লগা চৎখ্রে। চাউতোন জ্ঞান মাঙদুনা লৈহৌই। মতোমতা লাউথোকখি 'লাক্ষ তরা, লাক্ষ তরা' খরা কন্না অমুক লাউখি- 'লাক্ষ তরা, লাক্ষ তরা...' চাউতোনগী নুপীনা শাউরপ হায়রকখি-
- করিনো হৌজিকপু চোইরোল পারোল লাউবিরিসিবো? নুমীৎনা নম্মবনে অদুননে। লেঙখৎপিরো, ঐসু কৈথেন চৎপা মতম য়ৌরে।

নোংমা হেক চৎহৌদবদা চরা হেনগদৌরিবনি হায়বসি নীংশিংবীদ্রবরো?

- উম মমা, ঐনে মন্ত্রি হায়বদো ওইরোইকো।

- *হৈমা, কৈনোনে হায়বিরিসিবো।* কনানা মন্ত্রি ওইদবা য়াদে *হায়রকঅগে?*

- ওইরোইকো, ঐ ওইরোই, ইচম চমজবা লায়রবা ঐগী পুন্সিসে মসিমুক নুংঙাইবা লৈতে।

- কৈনোনে তৌরিসিবো। মোয় পাবুং, মঙ মঙবা লোইদ্রিবজাংলো? মীৎ-না অমুক্তা শিংবিয়ুসে। তাইবঙনে তাইবঙ, ঐ কৈথেল চংলগে মঙফাওনবিরো।

- ইস- মঙলাক্লগে তৌরম্মীদা মমা

# মসিবু ইরাল্লনে

ইমা ঐখোয় বাবাদো শুকলাক লাক্তে কৈদৌরগে?

- মরাইনা লাকচনি নঙগী লাইরিক্তুম পাউ।

- বাবাদু শাউরিরো ইমা?

মচাগী ৱাহং তারগা করিনো খুমগদবা, খুস্ফম খঙদ্রদুনা ইরেন মপান থোরক্লে চান্দনিদো। থোক্লিবা থাজবু য়েংলগা মমিত্তগী মপি শীঙ্খিবা খঙহৌদে। শুমাঙ মতোম্দা হৌরিবা মালিকা পাম্বীনা কয়াদা মনম নুংশিরিবা। নুংশিবা লৈনম অদুনা হেন্নদুম থম্মোয় মৈচাক ওইনবগুম থোকখরে। অচীকপদা করিগী পিরাং শীঙ্করিবা? সমাজ অসিদা চান্দনিবু নুংশিবীবা কনাসু য়াওদ্রবরা? মপুন্সিদা অৱাবতা মায়োক্লরক্লবী চান্দনি মচা অদুসু মতমবাক্তা উইররি। মচাবু য়েংনা-য়েংনা, থাবলবু য়েংনা-য়েংনা নীংশিংলকখি মচাদা পীবা ঙমখিদ্রবা পাউখুম হৌখ্রবা মাগী পুন্সিগী তমখিরবা লামায়শিংদো।

- ইমা, ঐ য়াম্না ৱারে।

- ইচাবু য়াম্না ৱারবরনে?

- ৱারে। ঐবু ডাক্তরদা অমুক্তা য়েংহন্বীয়ুবা।

- য়েংহন্নি-য়েংহন্নি, হয়েংদি শোয়দনা ডাক্তরদা পুরগা য়েংলদৌনি।

অনাবা মচানা ঙাংবা তারগা মথম্মোয় পুবা ঙমজদে, মপুরোইবদা তমজে-

- অঙাং অসে শিরবসু নীংঙমহৌররোইদকো ঐখোয়বো। ডাক্তরতা হায়দুনা লৈরে।

- অদুবু ডাক্তরদা পুরুরে হিদাক-লাংথক হায়রক্কনিদো। করিনো তৌগদৌরিবসি ঐসু খঙদ্রে।

- মাগী মনিং থুংজনবা পুবিরগা অমুক্তং য়েংলসিরা খঙদেনে।

- পুরুরগা মীনা লৈয়ু থোংলু হায়রক্লসু লৈবা ঙমদা ঐখোয়না তৌগদবদুবু করিনোনে চান্দনি?

- থোকঅ-থোকঅবা হায়বদুনি। য়েংবা নুংঙাইরিবরা সীবো?
- ঐনা হেন্না নুংঙাইত্রিবনিনে অদুবুদি।
- হেক্তা পুরসিসে। মখারোমগী তা হেমন্তখোযগী থবক শূবদুসু খরা থুনা শূজিল্লগা পৈশা খরা পীয়ু হাযবদি অদুম যানিদা।
- ইবেম্মা, হৌজিক্কী মতমসিদনে থবক্কা লোইদনা পৈশা পীয়ুকা হায়বা য়াপোৎ নত্তেদা। খঙদ্রে-নঙনা থোকপা তৌরো। ইনে মালিকা খোয়গী রিক্সো অমা থাযনা থৌনদবা লৈখিবদু থৌবা য়াবরা অমুক্তা হংলুখিগে।

চান্দনি মচাবু পুদুনা হোস্পীটালদা চৎলগে চপ য়ুংনা খল্লে। পুখৎনবা পৈশা ভারাদুদি উচিন-নাচিন্না ইখ্যোলদগী মরোয়-মপাং খরা তনহেক হেক্লগা থংনবা যুমদুদা য়োল্লগা লৈরে। হোস্পীটালদসু অঙকপনি তৌনরিবা মওং ময়ামদু। সিট লৈতে হায়দুনা হায়রকপদগী লম্বীগী মতাই ওইরপ্না ফি খরা থারগা মচাবু হীপহল্লে। অরাকপা ডাক্তরশিং অদু ময়াম য়েংলল্লগা অদুম হেক্তা চৎনখি। অমনা যেংবিবা য়াই খল্লি যেংবিরমদে। হায়জরুরবসু 'য়েংনি যেংনি ঙাইখো' হাযরম্মগা হেক্তা চৎখি। অনাবা অমদা ডাক্তর অনী অহুমকা চঙদুনা যেংলিবসিনা কযাম কনবা অনাবা ওইবজাৎনো খঞ্জে মালতি। অনাবা সেবা লাকপশিং অদুদগী কনাগুম্বা য়েংবা নুংঙাইজদবা কনানা হাযবিরকপসু ময়াওরকই- 'ইবেম্মা, মোয় ডাক্তরসিদিনে সী ঙাক্তনি। মীচঙ-শঙ্গ লৈত্রদিনে যাপোৎ নত্তে। অউবা ডাক্তরশিংদো খরা কন্না হায়জিল্লু।'
নুমীত্তুমদি কনামত্তনা য়েংবিদনা অদুম্মক হৌখরে। নোং ঙাল্লগা ডিউটি তাবা ডাক্তর মখৈ চৎ-চত্তুনা হায়জরে। অমখক্তি য়েংবিরম্মে, হিদাক-লাংথক লৈননবা ইদুনা পীরম্মে। য়েংবিদ্রিঙৈ খরবু ফরম্মী য়েংলবা অদুদদি হিদাক লৈনবা পৈশাদি কদায়দগী লৌরুবা খল্লুবদা হেন্না অৱাবা অমা ওইরে। মাগী নুপা অদুসু পৈশা থিবা চৎখিবনি, হোরেল নুমীৎ তারগা লাক্কনি। হিদাক্কী চেদু পায়রগা মচাগী মনাক্তা তুমিন্না ফমদুনা লৈরে। নুমিদাংৱাই মপানা লাক্লগা পৈশা পুরকপা য়াই খন্দুনা ঙাইজরম্বা অদুসু ওহোকপা হায়বদুনি লায়রবদা লাইচঙবা হায়বদু থোকখ্রে।

- তাহেমন্তখোয়গীসু পৈশা খরা পীয়ু হায়রুবনি অদুবু মচানুপাদু গাড়ী খেংজিন্নৈ হায়দুনা ৱা-লান খোক্লহৌরিনে।

- অদুদি কম্মায় তৌনি। হিদাক লৈয়ু হায়দুনা ঙসাই ডাক্টরনা ইরম্মবনি।

- অদুনিনে ঐনা হায়দুনি।

- ঐসু খঙদেনে। হিদাক কাপ্পনবা নর্স অদুবু অনী-অহুম্নক শুরে লাকঅম্মীবা।

- হয়েংসি ঐ পৈশা লৌবা য়াবা মফম খরা অমুক্তা য়েংলুখিগে। পৈশা লৌবা চৎখি লাক্লি হায়রো।

নোংঙাল্লে। ডাক্টর লাকপা হৌনরে। হংলরনি খনবদা মফমদু থাদোক্লগা হৌদুনা চেন্নিংলবনি চান্দনি। অদুবু উপাই লৈতে। মথং-মথং য়েংলকপদা মাগীসু পালি লাক্লে। অদুবু করিমত্তা হংলমদনা অদুম্মক চৎখ্রে। চান্দনি অচৌবা পোৎলুম অমা থাংথখিবদৌনা তৌখি। ঙাইহাক লৈরগা ঙরাং য়েংলম্বা ডাক্তর অদু অমুক লাক্লে, জ্ঞান মমবা হৌরক্লে।

- হিদাক লৈদ্রবদি করি তৌরে?

- ডাক্টর, লৈরনি। পৈশা লৌবা চৎখিবা মপাদু ঙাইজরিবনি।

- করিনোনে হায়রিবা অসিবো?

- মমা-মপা ওইবনা মচাগীদমক হোৎনবা য়াবা হোৎনজবনি অদুবু উপাই লৈতবনি ডাক্টর।

- করিনো ঐবু জ্ঞান মেন অমা তাদ্রেনে। হিদাক লাংথক লৈরোইদবা লৈরগনা পুখ্রোদনা। ডাক্টরনা পায়রগা অনাবা হেক্তা ফগদবসু নত্তে।

- চুম্মী ডাক্টর, চৎলনি। হৌজিক্তি ইচাগী নীংবসু থুংলনি।

- ঙাওব্রা-ফৈব্রা কৈনো। চৎলো-চৎলো জগানা জগা চীনবসিদা।

ডাক্টর শাউরে হায়বা খঙঙী চান্দনি। মাগী ইশম-শম্নদ্রবা পাউখুম ময়াম অদু ডাক্টরদদি ঙক্লা থোক্লবনি। অদুবু করিদি তৌনি। ডাক্টরসু খন্দি খল্লি করিনো মানা ঙাংলিবা ময়ামসিবো হায়না। মীনুংশি হায়বসি খঙনবা-খঙনদবা চান্নবা-চান্নদবা লৈতে হায়বদু চুম্বা তাই। ডাক্টর অদুগী ৱাখন্দা নুপী অদুনা ঙাংহৌবা অদুবু করিনো হায়বা খনবদা মতেং ওইনবা নর্স অমদা-

কৈনো নুপীসিবু ঙাওবজাৎলো?

- নত্তে ডাক্টর। ঐনা মাগী নুপাগা ঙাংনবদা হাইকেৎ তাহৌবদা হিদাক লৈনবা পৈশা লৈতবা মাল্লি ডাক্টর।

- ও-!

- হয়েংদি চৎলনি হায়ন

- চৎপা য়াদে হায়য়ু। ডাক্টরনা হায়রকই হায়য়ু।

- ফনি ডাক্টর।

নোংদম্বনা তম্লবা কনানবু হায়বা ঙম্লনি। চান্দনিগী অবাবা মীকুপ খুদিং অসুম হেনলকই। মাগী নুপা লাক্লবদি মচাবু য়ুমদা পুরসি হায়রগে খন্দুনা লৈখি। পৈশা পুদ্রবদি লাক্লরোই খনবনরা খঙদে মপুরোইবা অদু নুমীত্তু অদুম লাকখিদ্রে। করিবু তৌরবনো খন অহিংদুমা চান্দনি মীকুপ অমত্তা উইশিল্লু য়াদনা হৌখরে। হয়েং নোং ঙাল্লগনা ডাক্টর লাকপদা করি হায়নী খল্লুবদা মতোমতনা মতোমতবু কাউজবা হায়বদু য়ৌরে। মশক মতৌ য়েংলবসু ৱাত্তবা নহা ওইজরিবি চান্দনি মমায়-মমিৎ মুশিন মুশিনখরে। তুম্ফম-চাফমগা খঙলক্তবনে ৱাখল ময়ামদুগা পুবা ৱাবনে ফজরবী মায়থোংদো অৱাবগী মমিনা খুমজিন্দুনা থম্বীখরে। নোংঙাল্লক্ননু হায়বদি য়াদবনিনা ঙাল্লকই। ঙসিদি মাগী নুপা লাক্লবসু অদুম্মক হেক্তা চৎলগে লেপ্লে। ডাক্টরবু উবদা মমায় লৈথদুনা করি হায়রক্কদগে খন্দুনা লৈরিঙে - মনাক য়ৌশিল্লকখি।

- ডাক্টর, ঐ চৎচরগনি। ঐবু ঙাকপীয়ু।

- চৎপা য়াদে।

- খজিক খেঙদোকখ্রে মসিগীদমক ঙাকপীয়ু।

- নহাক্না লৈনিংলগা হেক লৈবা চৎনিংলগা হেক চৎপা য়াবরো হোস্পীটালদবো? ডাক্টরগী ৱা য়াওদনা চৎপা য়াদে।

- ডাক্টর।

- সে, হিদাকসি পীজবা হৌরো। বেদসু ঐনা নর্সতা শিন্নখ্রবনি হোংজিন্নবা তৌরো।

- নত্তে ডাক্টর, হায়বিরিসিবু - করম্না--!

- করম্না, করিগী, করিমত্তা হংলনু। ঐনা পীজৌ হায়রিবসিনি।
- ঐগীদি হিদাক্কী মমলসু লৈজদে।
- ঐনা মমল হায়খ্রবরো? ঐনা চৎলো হায়দ্রিফাওবা চৎপা য়ারোই।

ঈশ্বর হায়বসি লৈতবদি নত্তে অসুক য়াম্বা মীয়ামসিগী মরক্তা মতেং হায়বদু অমত্তা ফংদ্রবদা করিনো তৌরিবসিবো খল্লুবদা চান্দনি ঙক্তবদি ঙমখিদে। অদুবু মচাগী অনাবদুবু ফরবদি হায়বা ৱাখল্লা হিদাক পীজবা তাখি। মীগী মপোৎ-মরল্লা মচাগী লায়েংবদি পামদবনি অদুবু মতেংনি খন্দুনা লৈবা তাবনি। মাগী নুপা লাক্লগা করি অমুক হায়রকপা খন্দুনা লৈরে। খল্লম্বদুমক হংলখি
- কদায়দগী হিদাক্নো?
- ডাক্টরনা পীরম্বনি।
- নঙগা খঙনবরো?
- খঙনদে।
- অদুগা করম্না?
- ঐদি চৎলগে হায়বনি অদুবু ডাক্টর অদুনা য়াদ্রে। হিদাক-লাংথকসি পীজরো অদুগা মাগী অয়াবা য়াওরগা চৎকদবনিসু হায়রম্মী।
- উম, ঐনা লৈতবা অসিদা নঙসু ঐবু য়োল্লেনেকো।
- করিনো হায়বিরিসিবো?
- ঐ খংঙি চান্দনি। ঐ লোইনা উবা ফংঙী। নুপীগীদি মপুরোইবনা ধর্ম্মনি হায়বসি নঙ কাউরমাল্লে।
- হায়রিবা অদু ওন্নরে। ঐবু লান্না লৌবীগনু।
- কান্নদে লাকও চৎসি অঙাং পুরসি।
- অঙাং অসি খজিক্তংদি ফখিসনু কৈদৌগে। ডাক্টরনসু য়ারকওই।
- ঐ খঙলবনি নঙ চৎনীংলোই হায়বা অদুবু হায়গে হায়না হায়বনি। ময়ামসিগী মমাঙদা নঙনা ঐবু য়োল্লবনিনা অশিৎপা পৈশাদুনা নচা লায়েংহৌরো। ঐ চৎলে।

অৱাবগী মথক্তা অৱাবা - করিনো চান্দনিনা তৌগদবসিবো? অমরোমদা মাগী নুপা অমরোমদা নুংশিরবা মচা। মচাবু কনবনা ফবরা,

মপুরোইববু শাউহন্দবনা ফরিবরা? মতোমতগী মরাইবকপু মতোমতনা নিন্দা তৌজবা নত্তনা করিদি উপাই লৈরি।

- হিদাক পীজরবরা?

- পীজরে ডাক্টর।

- খরদি ফবগুম তৌমাল্লেদা।

- অহোয় খরদি ফরে।

- চাং নাইনা পীজরগা ফজরক্কনিদা করিসু খল্লুনু। হোরেলদগী হিদাক অমা অমুক হোংলগদবনি।

- ডাক্টর...।

- হায়য়ু কৈদৌরে?

- খরা ফরবনিনা চৎপা...?

- চৎপা য়াখিরোই। পুম্ফ-ফরগা চৎকদবনি।

- ডাক্টরগী লমন্দি তোনশিঞ্জরে অদুবু...।

- অদুবু করি তৌরবা?

- ডাক্টরগী লমনদি শিংবা ঙম্ররোই খল্লুবদা...।

- অনাববু ফনবা য়েংবা হায়বসে ডাক্টর ঐখোয়গী ইথৌনি। লমন তোল্লে হায়না খনবীরুনুদা।

মীৱা ঙাংননিংবা সমাজনি, নুংঙাইবা উরগসু কল্লকপা অৱাবা উরগসু পেন্নবা মসিবু তাইবঙ মীওইবা নখোয়গী করম্বা শাজৎনো? উপাই লৈজদ্রবী চান্দনি মচাতবু ফরবদি খন্না ঈকায়-ইকি থাদোক্তুনা ডাক্টরগী মতেং লৌজখিবনি। মপুরোইবা শাউদুনা চৎখ্রবনি মসিদবু অমুক লান্না খন্নবিরি লৈরিবা হোস্পীটালগী তাইবঙপাল অদুনসু। মূনা মূনা য়েংবা লোন্না-লোন্না ঙাংনবা হৌরকখি। তাদবা নত্তে খঙদবা নত্তে চান্দনিদো তায়, খঙঙী। ময়ামগা মান্নদবা পুকচেল চেনবা ডাক্টর অদুগী তৌবীমলসু মহাক কাউগদবদিদ নত্তে অদুবু মতোমতদি ৱারৌজখি। মী অমনা মী অমদা মতেং পাংবা হায়বসিবু ঙসিগী সমাজ অসিদা য়ানদবা জাৎলা? করিগুম্বা মচা অসিনা ফত্ত-নুংদা থোক্লগনা মখোয়না নুংঙাইবিদ্রিবনি

হায়দুনা তৌশিন্নবা মতৌ উৎলক্কনি। মাগী নুপাবুসু ৱারৌদবা ঙমদে। অসিগুম্বা মতম অসিদা অসিগুম্বা ফিভম মতাসিদা মাগী নুপানা অমুক থাজবীদদুনা হুন্দোক্লগা চৎখিগদ্রা? মওন-মওন খনবতনা মাগী মতম হৌখিবা খঙহৌদে। মচানা ফগৎলকপা উরগা মপুক্লিং খরগী মখৈদি নুংঙাইবা ফাওখি।

হয়েংদি চৎপা য়ারনি হায়বা ডাক্তরগী অয়াবা ফংলবা নুমীৎকী নুমিদাংনি। ৱাখলনা লূমথরবী চান্দনি মচাগী মনাক্তা তুমীন্না ফমদুনা লৈ।

- হয়েংদি চৎপা তারেনে?

- অহোয় ডাক্টর। ডাক্টরগী লমন তোনশিল্লগা চৎপা তারে।

- লমনগী ৱাসি তোক্লসি। ঐ য়াম্না নীংঙমদবা অমা লৈরে।

- করি ওইরবনো?

- ঐ লোইনা তারে। ঐনা মরম ওইদুনা নপুরোইবদুনা নঙবু চিংনখি।

- করিসু নত্তবদা ডাক্টরগী অথীবা মিংচৎ অমসু ঐনা থোকহল্লে। মসিগীদমক্তদি ঐসু য়াম্না নুংঙাইজদে।

- ঐগীদি অকায়বা লৈতে। নঙগী অৱাবা উরুবদা মতেং খজিক্তং ওইরবসু পাংলুবগী ৱাতনি। অদুবু ঙসিগী সমাজ অসিদি ৱাখল অসি লৈবা য়ারমদরে।

- হৌজিক্তা খল্লকই-ঐগী ইচা শিরম্বনা ফবনি হায়না। অদুবু ঙসিদি হিংলে। সিদগী হেন্না নুংঙাইবা লৈত্রে ডাক্টর।

- মদুনা নঙগী মপুং ফাবা নুংঙাইবদি ওইরোই হায়বা ঐসু খঙঙী। নঙগী নুপানা নঙবু ইথোকলে নত্রা?

- ডাক্টর মদুনা ঐগী লন্নাই ওইবা ৱানি।

- ফরে। নহাক ঐবু ৱারৌগনু। মতম খুদিংমক্তা নঙগী অমদি নচাগী মঙ্গল ওইবা ওইয়ু। লান্না লৌখ্রবা মহাক্তো নোংমদি খঙলকপা ওইসনু নহাক লান্দে হায়বা। নঙগী মতেং পাংনবগীদমক্তদি ঐসু মতম খুদিংমক্তা হোৎনগে। মতম্বাক্তা উইরিবা মচাবু হৌদোক্লগা চান্দনি ইমুংলোমদা চঙলক্লে খল্লি তত্তনা 'মসিবু ইরাল্লনে'?

# তলব পিকক্র

ঙসিদি তলব ফংবা নুমীৎনি ঙা চরা অমত্তদি মচারগে খল্লী। মীনা হায়নৈ হায়বগী অদুক হায়রিবা হায়দুনি। ঐনা ফংলিবা প্রাইভেট স্কুলগী তলব মতাসিনবু ঙা অমা চাথোকপকা হায়বসি অরুবা ৱাফম অমনি। লীশিং অমদগী অনী ফাওবগী মনুংদা লৈবা তলব মচা অসিনা ইমুং অমা পুবা হায়বসি ওয়োকপা ফিভম অমদা লৈরিবনি। অদু ফনা ওইদুনসু হিংদবদি য়াদে। পুখৈ-কোন্নদে হায়দুনা চাররোইসি হায়বদি য়াদে। কুইরবনি খল্লকপদি-চাজনিংলিবা ইচাশিং অসে অমুক্তদি পেন্না পীজগে হায়না। অদুবু ময়াম অমা খাইদোকখ্রগা লেম্বদি লায়রদনা পুথদুনতা লৈরবা হিসাবসিদা পীজবা ঙমদে। হন্দক্তি শিরগা শি চঙলগা চঙ হেকতা লৈথোক্লগেদি খল্লে। য়ুমবু য়ৌখ্রবদি ওইরগ়োই খন্দুনা তলব ফংবা নুমীত্তু কৈথেন্দা অদুম চৎলে য়ুমদা চঙলমদনা। ঙা কিলো অনীখক লুপা চাম-য়াঙ্খ্রদা লৈথোক্লে। ঙাদু উবদা অঙাংশিংনা হরাওজগদবা ময়ামদু মীত্তা শং-শং উনা পরপ-পরপ হল্লকএ। কোম্হোঙ য়ৌরকপদা ইচানুপী অতোম্বীদুনা চেঙ্গোরকই অদুগা হায়রকই —

- বাবা, য়াম চাউইনা, কয়া পী?
- হৈ, নমা কৌথোরকউ চৎলু।

হরাওগবরা হায়রগা মাদি পরপ-পরপ থোরক্লগা ঐঙোন্দদুম শাউজিল্লে-

- কৈদৌবৈ লৈরকইনো সিবো?
- কৈনোনহৈ, ঐখোয়সু নোংমা-ফাদোক্তি ঙা চরা অমদি চাবা য়াইদনা।
- ঙসি ঙা চরা অমা চারগা হয়েংদি মীৱা তাগদবা ময়ামদো ঐদি তল্লি।
- চারবসু চাদ্রবসু তাদুনতা লৈরগদবা মীৱাদুবু কৈনো, চাথোক্লগা লোইরে।

মাদি শাউরংননা ঙাকা পুশিনখিদে ইমুংদা অদুম চঙখ্রে। ইচানুপীদুনা ঙাদু পুশিল্লগা চাকশঙদা চেনশিনখ্রে। ঐসু খঙদবদি নত্তে। ঐনা ঙা

লৈরিবসি হিসাবতা য়াওবা নত্তে হায়বা অদুবু ইচাশিংনা হরাওজবদু মপা অমা ওইরুবনা উনিংলুবদগী লৈরুরবনি। ঙসিসিমা মমাদি ইশাউতা শাউবগুম তৌরদনা অদুম লৈখ্রে। চাক চানা-চানা হায়রকই—

- বাবা, হয়েংসু লৈরকউকো।

- উম লৈনি, লাইরিক কন্না-কন্না পাউ। বাবানা ঙা অচৌ-অচৌবা লৈদোইনিকো।

চীন্দদি অদুম্না হায় অদুবু পুক্লিংদদি খল্লি — করম্বা মতমদনো অমুক লৈদৌরিবসিবো হায়না।

অহিংদগী মমাদু হিসাব পাবা হৌরকএ। দুকানগী অদু, মরুপকী অদু, মখারোমগী অদুক, অদু-অদা ময়াম অমা। ঐসু তারম্বদগী হায়রুই—

- নোংদদি ঙানখিসনু কৈদৌরগে নঙবো।

- ও-নোয়দি কোন্নদে হায়না লৈথোকপা য়াইদো ঐদি য়াদবনিনা নোং ঙানবা ঙাইবকা ঙমদ্রে।

- অদু কোন্নদে হায়দুনবু অহিং অসিদা কনাদগী হূরুগে হায়গে?

- নহান অঙাংগী স্কুল ফী পীবগী লৌরুবদুসু থৌবা লাকঅম্মবনি। মদুনা কমদৌদোরিবা?

- ঐসু খঙঙীনে নোং হেক ঙানবগা লাক্কদবা ময়ামদো। অদুবু ঙা চাথোকখিবা লুপা চাম-য়াঙ্খৈখক্তুনা কোন্নবরা হায়বা ময়ামসিবো?

ঙাংনবগী লোইবা নাইদ্রে। নোং ঙানবদা তৌগদবা ময়াম খন্না অয়ুক ওইখিবা খঙহৌদে। পুঙ কয়া তারবজাৎনো হাইফেৎ খল্লিঙে অমা অমুক চঙলকই—

- তাদা ইলেক্ট্রিক খাজনাদো হয়েংফাওবদা থীবীদ্রবদি মৈ ককচবা তারে।

- নহানগীদুবু কয়া তাখিবনো?

- থা মঙাগী পূন্না লুপা লীশিং অমনি।

মথা শারিঙৈদা মথা শাবা অমা অমুক লাকশিল্লে। থোনম্বী-থোনম্বা হায়বদু হেক থোকই। কক্কে ককচৌ লৈত্রবু কমদৌনি । রাখলসি পোথাফম সুকখঙ হেক খঙদেহে সৈত্য। করি তৌরগা পৈশাসিবু কোন্নগদগে

তৌরিসিবো। করিনো ঐনা শূরুগদবা? কারবার তৌশি হায়রা পৈশা লৈতে।
- বাবা মী লাকএ।
- কনানো?
- খঙদে।
লাকঅদৌনি। লাকও-লাকও কনা-কনানো? লাক্লিংবমখৈ লাকও। লাইশ্রম দুকানগী ইনে চাউবী ওইরমাল্লেনেহে। পোৎ শোৎপগী পৈো থৌবা লাকপা ওইরমগনি।
- ইবুংঙো তলব কংলবা নত্রো?
- ফংলে। পৈশাবু অমত্তা কোন্নদেনে।
- কোন্নবা-কোন্নদবা ঐগীদুদি পীবিদবা য়াদে। ঐসু সুমাইনা সুম শোৎলবদি পোৎ লৌনবা পৈশা লৈরক্তরে।
- হোয়-হোয় পীননবা তৌগে। পীনিদা-পীনিদা।
- তলব ফংবদফাওবা পীদ্রবদা কৈদৌঙৈ পীদোইনো? অশেংবা অমা হায়রো।
- হংচিৎকুম্বা ঐ অমুক্তা য়েংলক্কে।
- শোয়রনুকো, ঐ চৎলে।
মমানেনা তৌরিসিনা মরোল অমা ঐঙোন্দা শাউগদবগীতা হোৎনদুনা লৈবা। তৌববুদি পৈশা পায়দ্রবদি নুংশিনবকা হায়বদু লোইনা চেনখিবজাৎনি। শাউগনবী মমাদু হন্দক্তি হেন্না শাউরদুনা হায়রকই—
- ফরেনেসে।
- করিনো অমুক লাকইবসিনা লবাইদা?
- ইবুংঙো নচাদু ফী পীদবগী পরিক্ষা য়াওহন্দ্রে হায়দনা কপ্পগা লাকইসে।
- করিনোনে, মখোয়বু খর-খরসু য়েংবিবা য়াদে হায়ব্রো। লৈতবা-লায়রবা হায়বসিবু মখোয়বু করিমত্তা খঙদ্রবজাৎলা?
- ঙা চারবনিনা পরিক্ষা য়াওদ্রবসু য়ারে কৈনো- ফরে।
উম, ঐনা ঙা অমতং চারুবা অসে হেক ওথোক্লিংইদা। তান্না চারিসু নহানমখৈদি তাঙ্খোরক্তে হায়বা, ঐনা ঙা চারুবা মতাংসিদা হেক

থোকইনেসে। তাইবোহলদুবু পেশাদি য়াম্না পায়বনি খিত্তা পীয়ু হায়রুসিরা খঙদেনে ঐবো। তান্না চারিসু আদা চৎলিসিবু তাইবোহল নত্রনে? মান্নি, লম্বীনি হায়রক্কদ্রা। হেরা হেক্তা হায়হৌরগে।

- তাদা, কদোমদা লেঙবীরিবনো?

- বাকিং চৎপা ওইনা বজারসু য়ৌথোরক্কে।

- করি করিনো য়াম্না লৈথবিরক্লেদা।

- হো নখোয় নতৈমদো ঙা চাক থাউ ঙৌবসে চামন্দনা চানিংদে মনা-মশিঙ চানিংঙি হায়দুনা লৈরকপনি।

- তাদা ঐবু বা অমত্তা...।

- করি হায়নিংবনো হায়য়ুনে।

-লুপা লীশিং অমথক্তা...। ঐ য়াম্না থুনা অমুক শিংজগে।

- এ, ঐগীদি লৈতেদা ইবুংঙো। নহান লুপা লীশিং মঙাখক লৈরম্বদু ইচানুপা অমা নিঙাই চাউবদুনা আ-কৈনো নোয়গী বার্দদে হায়বরা তৌনি হায়দুনা লৌখ্রগা অদুম হল্লক্ত্রে পৈশা অমত্তা। চনী-চহুম লৈরম্বদুনা এঙ্গাং-নাপীদা অদুম লোইরে। য়াম্না চঙখ্রেদা ইবুংঙো এঙ্গাংসিসু।

- অদু তাদা, তরা কাবীদা ওইরবসু ওইজসনু। কনাদগীনো তাদনা অমুক্তদি উপাই অমত্তা...।

- হোয়-হোয়, হোরেন ইশূনুপাদো অদুদা অমুক্তা হংলকখিগে।

- ইশূনুপা হায়ববু তাদা?

- হেরা ঐগী ইশূনুপা অমা লৈবদু খঙদ্রনে নঙবো?

- ক্লাস নাইন তম্বদো?

- হোয়নে, মাদি মমানা খরা পী, মপানা খরা পী ঐনসু হেক-হেক পীবদা মানবু হেন্না পায়!

ইতোমতা খলহৌই - ক্লাস নাইন তম্বা অঙাংদুনা থবক তৌরিবা ঐঙোন্দগী হেন্না পৈশা পায়রবা।

# খুজাই মপুনা ফাদোক

'কাক-কাক-কাক' চুম্নগী মীওইগী খোঙথাংদি মাপ্দেসে অচৌ-অশাং থানাগী অচৌবশিংগী মাল্লি। গাড়ী মখোল অমসু তাখিবগুম তৌই। হন্দক্তি মখোলসি নকশিল্লকইদা। ঐগী খোঙদা নত্রনে থীল্লিসিবো? মানি। কনানো? মখোল অসিদি মৈতৈনিদা মৈতেরোল ঙাংঙি। হেরা ওইনিংবা অমা ওইজসনু কৈদৌনেগে। ঐনা করিসু তৌরুবসু নত্তবা।

- খোঙ অমুক্তা হাংদোকও।
- কনা...?
- চিংনবা খরা লৈবদগী নঙগীদা লাকপনি।
- ঐবো!
- হোয়নে, নঙবুনিনে।
- করিনো - করম্বা চিংনবা?
- অদো শ্বায়দা ঙাংনবা নুংঙাইররোই। ওফিস ফাওবদং চৎলুখিসি অদুগা ঙাঙনসি।
- সার, ঐদি করিগুম্বা অরোনবা অমত্তা লৈজদে।
- হোয়নে, লৈরবসু লৈত্রবসু লাকওনে।
- অশেংবনি সার ঐনা হায়জরিবসে।

অহল ওইরবী ইমাদো পাখৎপনা লোইরমগনিদকো। ঐবু পুদনবা ফনা য়াম্নদি হায়জবনি অদুবু পুলিস হায়বসি পুলিসনিদনা। খজিক্তুং চিংনবা অমগীসু মীবু হেকতা ফাবা, ফূবা, ওৎপা-নৈবা। মখোয় মঙায়রে অতোন-অতাবু মমিং চৎহনবা ঙম্বা। ফূবা য়াবা ফূরবা মতুংদদি ঐবু পুরকখিবদু জেলদনি। লৈরম্লিবা ময়াম অদু করি-করি কেসকী ওইরমগদবনো হায়বদি খঙদে। য়াম্না লৈরম্মী। কেস হায়ববু লৈত্রবসু য়াবজাৎনিদা। ঐবু কেস লৈখিরনে? অদুম লৈরিবসিনি। সি মঙায়দনা অঙম্বা হায়বদো। এ, ঙসাইমখৈ উবু উদেনে ঐগা কা অমত্তদা লৈরিবসিদি

অহন্নিনে। মানা করি তৌবগী ওইবজাৎনো? হেক্তা হংলুবা। কেস লৈরমদৌ মান্দে। মতমসিগী মী ওইগদবসু মান্দে। মহাক্তি ৱাখলকা য়াম্না খনববু মাল্লি। মরু ফংনা মাঙলবা মী অমগুম তুমীন্না লৈরিবসিবু করিগীনো? হন্দক্তি মহাক তপ্না তপ্না ঐঙোনলোমদা ওনশিল্লকখি। অদুদগী নোকমি-নোকমিবা মওংদা হায়রকখি-

- ঙসিদি নঙ অমদি ঐ করিসু খেন্নবা লৈত্রেদনা?

- অদোম, করম্না...?

- নহাক্না হংদ্রিঙৈদা পাউখুমদি হান্না পীখ্রবদুনি।

- ও, চুম্মী। অদুবু মরম অমদি লৈফম থোকইদনা।

- করিবু ওইরুনি। আইন হায়বসিদি আইননিদনা। মচীন চৎপা মীনা পীবা ফংফম থোকপা চৈরাক্তুবু নঙ ঐনা করি তৌরুনি?

- চুম্মী। ঐখোয় অসে তোল্লদ্রা?

- তোকও। মৈরী কনখৎলকপা নত্তনা করিসু ওইররোই।

- মদুনি ঐনা পাম্লিবা। পুন্সি অসিনা করিসু ঙমজদ্রবা, অদুদি মৈরী থোক্লা চাকথোকখিবনা ফত্রা?

- নত্তেনে। মৈরীদা চাকথেকহনবদু নত্তে ঐনা পাম্লিবদি।

করি তৌরবনো অহল অদুনা ঐঙোন্দা মমিৎ কুপ্তবমথৈ মুন্না য়েংদুনা লৈখিবদুবো। অমুকসু ইথৌ থৌশাদনা মতোমদা ফাক-ফাক নোকখোরকই। অহলসিবু ঙাওরবজাৎলনে? ঙাওবসু নত্তে জ্ঞান তানা ৱারি শাবা য়াইদা। ঐসু মঙোন্দা য়েংনিংবা অমদি অদুম্মক পোল্লবনি। পাখং-লৈশাবীনি হায়দুনা য়েংনবসু নত্তবা, হুম— নোকপু নোক্লিংই তৌরিসে। ঙাইহাক্তি তুমীন-তুমীন লৈ করিবু খনবদনো খঙদে। অচীকপদু থুগায়রক্লে অহন্দুনা হায়রকখি।

- খুজাই মপুনা ফাদোক তাই হায়বদু নঙবু থাজদবরো?

অসি হায়রগা মতোমতা মফম-মরাং খঙদবা মীনোক্তা মতোমতা থীক-থীক নোকখি। ঐ হংলুবসু তৌদে মঙোন্দা য়েংলগা তুমীন্না অদুম্মক লৈ। করিবুদি হংলুনি নোক্লিংদুনা নোকচবা ওইরমগনি। ঐসু নোক্লিংবা

কপ্লিংবা হায়বসিদি অদুম্মক য়াওদবা নত্তে। শকফম হঞ্জিনখিবা খঙহৌদে অহলদুনা হায়রকই।

- মতম অসে থায়না নত্রে। অচুম্বা তৌবা সুকয়ামক য়াদ্রবনি।

- করম্না?

- অদুদি নঙবু অরানবা তৌরুরবরো?

- ইয়াম্বগী ৱারিদুবু...?

- *ঐনা হায়রিবসি* তাওনে। ৱারি হায়বু করিসু লৈতে। থায়নগী হনুবা - হনুবী পান থাবগী ৱারিদি মকোক্তগী হৌইদনা, ঙসিদি মকোক হায়বা লৈতে। ঈখঙ খঙহৌদনা পুলিস কাঙবু অমা লাক্নুনা ঐবু অহিং অমা য়ুমদগী ফাদুনা পুখি। সীবু অহৌবা হায়বা অমা লৈপোৎ নত্তেদা হা? করিগীনো হায়বা অশেংবদু ঐ খঙখিদে। মখোয়দা হংলুবগী কান্নবসু ফংলোইদবা। সিদা লৈরবা মতুংদবুদি খঙলবা। করিসু নত্তেদা, ৱারেং অমথক, শুপ্নতগী ৱারেং অমা ফোংদোক্নুবগীদমক ঐবু ফাবনি। লৈবাক্কী মিৎ-মায় ওইনবা অচুম্বা পাউ খরা ফোঙদোক্নুবগীদমক। মসিবু ঐগী ইথৌ নত্তবরনে? লৈবাক অসিগী নাগরিক অমা ওইরগা ইশাগী অনীংবা অপাম্বদুফাওবা ইনীং তম্না ফোঙদোকপা ঙম্বগী তাঞ্জা অদু পীবিদ্রবদি ঐবু লৈবাক অসিদা লৈরুবগী করিবু কান্নরিবগে? ঐবু লমদম অসিগী মী নত্রবরো? তৌববুদি লাইনা মখৈ ফংলগা পেনবী মীনা মখৈ ফংলগা শাউই হায়বদুনিদা। নঙবু ঙমগদ্রা য়েংউনে মখোয়না হায়রিবদি ‘হিংবসু য়াদে শিবসু য়াদে’ সীবু ঐখোয় করি তৌদোইনোবা? অসুম্না ওইরক্কনি হায়বদি ঐ খক খল্লুদবনি। লৈবাক্কী লুচিংবশিংগী, অঙম্বশিংগী মখোয় মশেন কাঙবু-কাঙবু নাইনবগী ঈহৌতং শাগৎচবদা ইরমদমসিগী ফিরেপ অমত্তফাওবা লেপ্পীবা ঙমদ্রবা, অসিদবু করম্বা মৈতে মচাননো মথম্মোয় চাক্লোইদবা? ৱা ঙাংবা হৈবা মীনা শান্নবা মিত্রংগুম খুন্নাই অসিদা লৈরিবা প্রজাশিংবু শুমদুনা থম্বীবা অসিবু তরাইনা লৈথোকপদি য়ারিবরদো? মদুদনি মখোয়না ঐবু ফারিবা।

মহাত্না অরৎপা লৈতনা ঙাংবা ময়ামদু ঐসু তুমীন্না হংনা শাবা লাইফদিবিগুম তাদুনা লৈখি। অহলদুগা ঐগা ৱাখন্দি খরা অদুম মান্নরে

হায়বসি ঐসু খঙঙে। ফনমক মান্নদুনসু করিনোনে ঐখোয়না তৌগদৌরিববো? শারংদা ফাজিন্দুনা থম্বীরবা শাদুনবু করিনো? চপ মান্নে। কোঙ্গোলনা ঈশিংদা তিনখিববু কনানা করি হায়নরুনি? অদুনি অওনবা তাইবঙগী খোঙচত্তা অদুম্মক তিনখিবা তাবনি। অহিংগী অচীকপবু থুগায়দুনা কৌজেং-হারৌগী খোঞ্জেলনা মখৌ পোঙনা খোংলিবসিনা করিবু হায়রিবা? মখোয় অসিদুম ওহোক্লা নুংঙাইজরমগনি। অয়েৎপা লৈতনা খোংনিংবতা খোংবা য়াবা। হয়েংমুক্কী মপোক্তদি মী ওইনা পোক্কদবগী শরুক তীল-কাঙ ওইনা পোকপনদুম পাম্লে। ঐখোয়সিবু হিংলিবা মীরা শিরবা মীরা হায়বা ইশানফাওবা হায়জবা ঙমদ্রবনি। চীন পাম্লি ঙাংবা ঙমদবা, খুৎ পাম্লি ইবা ঙমদবা, মসিনি ঐখোয়না হিংলিবসে। মানা অমুক ঙাংবা ঐনা অমুক ঙাংবা সিখক মঙায়রে মসিসু তান চাদ্রবদি থৱায়সে মাঙবফাও য়ারিবজাৎনি। তুমীন্না লৈরিবা অহলদা ওনশিন্দুনা হংলুই-

- ৱারি লোইরবরা তাদা?

- ঐনা ঙসাইনা হায়খিবদুনি অহৌবা অরোইবা লৈতে। অতিয়াগী থৱাশি মচাকপু কনানা মশীং থিবা ঙম্লুগদৌরিবনো?

# অউনপোংকী মগুন

অহেনবতবু পাম্লবা ঙসিগী সমাজ অসিদা অৱাংপতনা থল্লবা প্রজা কয়াদি মমি শাল্লবা উপালগুম কয়াতা ৱানরিবা। ময়ামসিগী মরক্তা অউনপোৎ লৈজদবী মৈতৈ চনুরা কয়াগী অৱাবসু য়াওদবা নত্তে। ঙসি চৎনরিবা অউনপোংকী ঈচেল অসিদি ঈশিং ঈচাউগুম্বনি হায়বা য়াই। *পীরিমখৈ ওকপা নাইদবা নিঙোল পোকপী মমা-মপানি অমরোমদসু লৌরিমখৈ পেন্দবা কন্যা ওইবিশিংনি।* মীয়াম মমাঙদা হরাওনা চাউথোকচরিবনা মরু ওইনা মনেম ওইবীশিং। পৈশা পায়বা কয়াগী ঈথক-ইপোমলকসিদা ঈরাক্লরিবা লৈবাক্লেগী পুন্সিদি খোঙথাং খুদিং তিঙ্খং তুম্বৌতগী লম্লেলনি। প্রেমচান্দগা মহাক্কা মশা-মশা নুংশিনদুনা চেল্লকখিবনি। অদুবু মনেম ইবেম্মা সনাজাউবীগী অহেনবতবু পাম্বা থম্মোয়নদি লৈবাক্লেবু করম্না পামগনি? নোংমতসু লৈবাক্লে হরাও-মীনোক তমজদুনা মমান্নবীশিংগী মরক তিঞ্জবা ফংখিদে। মনেমগী মীচৈ তাগনি কিজবদগী করিদা শোয়খিগদগে খন্দুনতা লৈজবীনি। অদুবু লৈকায়গী অউনপোৎ য়াম্না উল্লকপী কয়াগী লুহোংববু হেক চৎলুরবা সনাজাউবীগী থম্মোয়সু হেন্না কায়বা হেল্লকই।

- মোয় পাবুং, ইস য়ামখ্রেদা ঙসিগী অউনপোৎ ময়ামদুদি!
- উম, নঙ পাম্মমগনি।
- নত্তে কা অমা হেল্লি হায়মী। ঐখোয়গীদি শোয়রবনিনে।
- আ-আ, ময়ামদুনদি ফজৈ, য়ামখ্রে কায়না শোন্নরমগনি।
- শোন্নদদি কৈনো।
- অদু, কয়াম কুইনদি শোন্ননি হায়হৌই?
- খঙদে- খঙদে য়ামখ্রজাৎনি।
- ঐগীদি হয়েং ইচানুপীশিংসে অউনপোৎ অমত্তা পীরোই।
- কৈনোদা, মোয় পাবুংনা হায়বিরিসিবো?

- হায়, নঙনদি খঙদ্রবা অউনপোৎ য়াম্না পীরিবসে নুপীবু করিসু মমল য়াওদনা খল্লবনিনে।

- কৈনোনে হায়বিরিসিবো? অউনপোৎ হেক পীদবদা ইচাদো লুনা তৌবীরোই মীনাইদৌনা শীজিন্নবীনি। মোয় পাবুংনা খঙপোৎ নত্তে।

- তো-তো, অদুনি ঐনা হায়রিবসে। অউনপোৎ পীরগা লুনা হেক তৌবা পীদ্রগনা থীনা হেক তৌবা অদুদি নুপীদগী অউনপোৎ অদুনা হেন্না মমল য়াম্মী হায়বা নত্রো?

- মোয় পাবুংগা ঙাংনবা ঙমজপোৎ নত্তে। ঐ তল্লি।

- উম তন্নি। ঙাংন-ঙাংনরগা জ্ঞান তারক্কদবনি। নঙগুম্বা জ্ঞান তাদবা নুপী কাঙবু ময়ামদো জ্ঞান তারক্কবতদা চাওখৎপা হায়বদো ওইরক্কদৌরিবনি। নঙবু নুপী নত্রো? নুপীনা নুপীবু অদুক হঙনা খল্লিবদুবু ইকায়দ্রো?

করি খল্লবনো খঙদে সনাজাউর্দ্দু ফেৎ হাইদোক্লুনা ইমুংলোমদা চঙখ্রে। চাকশঙদা চাক থোংদুনা লৈজরিবী লৈবাক্লেদা ওনশিন্দুনা খোন কন্না কন্না ঙাংবা হৌরক্লম্মী। লৈবাক্লে মমিৎনফাওবা হঙৎনা য়েংলুদনা মানা তৌগদবা মথৌদা পুক্লিং চঙলম্মী। অদুমক্তদা ঙাঙবা লেপ্তে।

- মীনা হায়রবসু তুমীন্না শিথশিন্নদুনা লৈবদি হৈখ্রে। করম্বা জাৎনোনে মখোয়সিবো।

হন্দক্তি লৈবাক্লেদু তুমীন্না লৈবা ঙম্রক্রমাল্লে খুন্নকই—

- ইমা, ঐনা কয়াম লানখ্রবগে? ঐবু অসুক য়াম্না তাথীবিরিবসিবো?

- এ, খুমদি খুম্মকএনা। ইবেম্মা, নঙ হৌজিকফাওবা মদু খঙদ্রিবোইরে। হৌজিক্কী মতম অসিদিনে চাউখৎলবা মতমনিদো। মতমসিদা লুহোংলিবনিদো হায়দুনা নশা ঙাক্তা লাকপা হায়বসে নঙগী চাউরবা নরালনিনেহে।

- মদুনা ঐগী ইরাল ওইরবদি ইমাগী চাওখৎপগী অর্থদো ওন্নরে।

- এ খুম্বকাসু য়াম্না হৈরেনা। হৈ, হায়বীগে তাজৌ। নঙনা ইমুংসিদা লৈবদগী ইমুংসিগী ইজ্জৎ-সনমান পুম্নমক মাঙলবনি খঙলবরা?

ৱা লোইরম-লোইফাংত্রিঙৈদা ইবোহল ঙসাইমখৈ তারম্বদগী নুংঙাইরক্রমাল্লে হায়রকই—

- হায় সনাজাউবী, নঙনা পাগ্রিবসি করিনো? হা- করিনো হায়বা? নোংঙানবদগী নুমীৎ তাব-ফাওবা অউনপোৎ-অউনপোৎ। নঙনা য়াম্না পান্নগনে সে, নচানুপা অতোম্বীগী লুহোংবসে নঙনা অপাম্বা নখুৎ চাবা খঞ্জরো। অদুগনে হোঙ-খোৎপগী ৱাদি আদা, হোটেল অচৌবা অমা ৱায়রগা ওইনা তৌরুরো। ঐদি য়াওররোই।

নুমীৎ অদুমা হাইরপ শাউগৎনরগা তুমীন্না অদুম্মক লৈনখ্রে। নোংমদি সনাজাউবীনা মশানা হেক পামজবা নুপী অমা হায়ন-শীংনদুনা মচা অতোম্বদু চাউনা লুহোংলে। হন্দক্তি মানা পামজবদুমক থোক্লে। অউনপোৎতি ময়ামদগী তাদরে হেনবতা ঙায়রে - লৌদগী, সনাদগী - মখোঙ অনী পানবা গাড়ীদগীনা মরি পানবা ফাওবা লোইনা য়াওই। সনাজাউবী হরাওজবনা লুতোন শাৎপা হায়বদুমক হেক যৌজরে। লৈবাক্লৈদি মমৌ অতোম্বী মখুৎ চাবী অমা লাকপদগী ইঙ্কোক্লুনা মতৈ-মনাউ তোঙাল্লা থম্বীখ্রে। সনাজাউবীগী চপ হেক চান্নজবা মমৌনি। নোং হেক ঙানবদগী মাগী কাদা থোঙ লোনশিল্লগা লৈখিবদুনা কৌবা লংবা অমত্তা তাদে মমৌ অতোম্বী। সনাজাউবীনা চাক থোংই, ৱাইরম তৈ, কোল্লিক ফেঙঙী, ফিসু-ফীজাম তৌই। মাগীদি মফি-মরোল শূরবসু পুল্লপ-পুল্লপ য়োমশিল্লগা মপামদা শূরক্লবা পীখি। নোংমদি সনাজাউবীদু শাউনিংলক্লমাল্লে মমৌ অতোম্বীগী থোঙদা কাক-কাক থিন্দুনা হায়রকই-—

- হায় বিজয়া, থোঙ হাংদোকউ।

থোঙ হাংদোকঅম্মগা করিসু থৌ-ৱা শাদনা খুম্না-খুম্না চঙখি

- করি হায়গে?

- ঙসিদি ইমা থবক অমত্তা চৎলুগে, নঙ চাক-ঈশিংসে খরা থোংলম্মু।

- অস-ঐদি চাক থোংববু হৈরোইনে। হোরেন চাবা য়ারোইদা। ইমানা অদুম থোংদোকপিরম্মোবা।

- ইবেম্মা, নঙবু য়ুম অমগী মৌনিকো।

- করিনো ইমা। মৌ ওইরবসু হৈত্রবদি হৈত্রে। মৌনা চাক থোংদবা য়াদে হায়বা লৈব্রো? ইমানা য়াম্না ৱারগা মী অমা থম্মসি।

- করি - মী থম্বা?

- উম। মী অমা থম্মসি।

- ফরে-ফরে, ইমাদি মী থম্বা পামদে। নখোয়না মীঙোন্দা পীগদবা পৈশাদো ইমাদা পীরকউ। নখোয়না থম্লিংলিবা মীদো ঐনি হায়না খল্লু।

- ইমানা পীয়ু হায়রগা পীরেদনা কৈনো।

সনাজাউবী পরপ-পরপ থোকখ্রে। মৈতাল মথকতা নেৎলগা চৎপগুম তৌরম্মী। করি ৱাখলবু খল্লকইবা সনাজাউবী মপী ঈরা চেল্লকই। মখুৎ চাবা মমৌগী অউনপোৎ ময়ামগী লুপ্পবা ভার পুবা ঙমদবগী ওইম্মসু য়াই।

# ঐ য়ু থক্লরোই

ফমত্তে খঙনা-খঙনা থাদোকপা ঙম্নদ্রিবা নেশা ওইরিবা য়ুবু থাদোকপা ঙমজদ্রবা ইবোথোইনি। নোং ঙানবা ঙাইঙমদনা চৎখিদুনা মরোল-মরি থোক্লুবা মখোঙ থাংবা ঙমদ্রবা মতমদতনি য়ুমদা হঞ্জিল্লক্কদৌরিবা। অদুসু চুম্নকা চঙলকপা নত্তে লাউবও- খোংবও অমুকতোইবা লৈকায় শরা শল্লিবনি। মপুরোইবনা অদুম্না তৌরবদা নুপী ওইবিশিংনা হরাউগদবসিবু লৈরমগদ্রা? করিগুম্বা নুপীনা তৌবকা ওইরম্মদি কমদৌনি ? নুপা মাবু ফুন্দনা লৈগদ্রা? নুমীৎতুসু মালতি অয়ুক্তগী হোটেল ফম্নুরগা চাক-ঈশিং থোংনবা হায়দুনা য়ুমদা চঙলকঅগা ঈরু-মায়থজদুনা চাকশঙদা চাক থোঙ্গদবগী কন্না হোৎনরি। মপুরোইবা ইবোথোই লম্বী মথোঙ খঙদবথৈ হাইদুনা লাক্লগা মপান্দগী লাউরকই।

- মালতি, চাক্তি - হা - চাক্তি?

মরোল-মরি হেক খঙদবথৈ ঙাংবদু তাবদা মালতি খুম্নিংউবদি লায়রদনা হন্না ফাওবা য়েংনিংলুদে। খুমদ্রবা অদুদদি অমুকসু নমহং হংজিল্লকই।

- ননাদু তাদ্রো? মী উশিত্রিবা হায়দুরো? হা, ঐনা হংলিবসি নঙোশ দনিনে।

- হো তায়য়ে-তায়য়ে।

- তারগা করিগী খুমদ্রিবা? নঙগীসি ঐবু উশিত্তবগী বানেবা, নত্রা?

- ইমুংদা চঙলক্লগা ফজনা হংবিরবদি ফগদৌবা। মপান্দগী কোয়রাউ লাউরিদুবু কনা তানবা হায়না লাউবিরিনো?

- লৈকায় তানবা লাউরিবা। মৈরা পায়বী য়াম্না লৈদায়নে। তানবা লাউরিবা।

- লাউরো- লাউরো।

- লাউরো-লাউরো কায়না। নঙ কৈদৌগে হায়রিবনো?

- হো - করিমত্তা হেক তৌজরোই।

- উম- চাক্তি?

- লোইদৌরে, খরা ৱাংলি।

- অসুক খেঙনা থোংইবা। নঙ চাহৌরো, ঐ চাররোই।

খরা শাউশিন্নরগা ফমুংদা লোংনা হাইথরগা তুমখ্রে। মালতি চাক-ঈশিং লোইরগা চাননবা হৌদোক্লুই, য়াদবদগী মচাশিং অদু পীজরগা মাগী শরুক থম্রে। পূং অহুম-মরি কা তাবা অদুৱাইদা হৌগৎলগা চাক্তু ঈরেন্না চাথোক্লগা কৌরকই।

- মালতি হোটেল থোক্তোরিবরা?

- থোকঅদৌনি।

- পৈশা খরা পীরম্মুকো।

- করিগী পৈশানো? পৈশাবু অমত্তা লৈতেনে। ঙসাইসু অঙাংগী স্কুলগী ফী পীবদা শুদদুনা ইচে ইবেচাউবীদগী লৌরগা পীখ্রিবনি।

- ঐনা হেক হায়রুরদি আ অদুগী অদাগী হায়না তৌরকঅদৌনি। পীরম্মু-পীরম্মু।

- হৈমা, লৈতবু লৈতে হায়বনি কৈনো। থকপদু খরসু তোকপীরো কৈদৌগে।

- ঐনা হায়রিবসি থকপগী নত্তেনে। নহাল তা-তোমালদগী পৈশা খরা লৌবদু পীথোকখিগে তৌবনিনে।

- হো অদুগী ওইরদি হয়েং হেক পীবিরো।

- ঙসি পীগে হায়রম্বনিনা পীদ্রদি ইকায়নে। কদায় লুপা কুনথক্তনি। য়াম্বা নত্তেঁ।

- লৈবু লৈত্রদি লুপা অমফাওবা হেক খিফম খঙদে অদুননি।

খরা ঙাংনরবা মতুংদা মালতি শাউনা-শাউনা হোটেল থোকখ্রে। নোংমা ফাদোক্কী ৱা নত্তবনিনা মালতি শাউনিংবনদি লোইরবনি। অদুবু শাউনিংঙি হায়দুনা চেনবদি য়াদবনিনা খাঙদুনা লৈবা তাই। করিগুম্বা পৈশাদু পীহৌদ্রবসু য়ুমদগী মাল-চাং হূরাম্দুনা য়োনবদা পোৎ-চৈ অমত্তা তাবা ঙমদ্রবনি। নুমিদাংৱাইরমগী মী চিনবা মতম অদুদা ৱাখল ময়াম অমসু য়াওশিন্দুনা হেন্না ৱাহল্লিঙৈ তাঞ্জাদুদা ইনেচাউবীদু বোরা লৈবা লাকই।

- মালতি, বোরা লৈরিবরা?
- ও, ইনে লৈরি।
- সে-সে, লুপা মঙাগী লৌগে।
হায়রগা ফমথরকই। মাগী হৌনবী চবেৎ-চবেৎ ঙাংবা অদু হৌরক্লনি খল্লুবদা মালতিদু তন্দি তল্লবনি অদুবু পোৎ লৈবা লাকপনিনা হায়রুবসু য়াবা নত্তে।
- নখোয় নুপাদুবু ইবেম্মা, ওঘোকপনিদা নোংমতসু ঙাওদনা হেক লৈতেদা।
- খঙদেদা ইনে। হায়নবা য়াদবনিনা করিদি তৌনি, সুম খাঙবা হায়দুনি।
- অদুবু ঐনা হায়বদি নঙ য়াম্না ৱাবা তারে নতেং খবতা ওইরবসু পাংনবা ঐনা হায়বদু য়াউ হায়বনি।
- করিবো ইনে?
- খঙলরোইদৌনি। মীগী মমাঙদা ঙাইহাক লৈতনা হাযবা ফজবসু নত্তবা। হো-ইবোবিগী ৱাদো।
- হেরা ইনে, ওঘোক-ওঘোকপা। নুপা ফত্তে হায়দুনবু মদুবু ওইবা য়াবা ৱারনে।
- নত্তে, নঙবু মঙোন্দা পুরা লৈয়ু হায়বদি নত্তেদনা। নোংমা-ফাদোক কুম্কে-ফিয়োং অদুক য়েংবা চৎলুবদি য়াইদনা।
- নুপানা পৈশা থোক্কে, য়ু ঙাওই হায়দুনা অদুগুম্বা থবকপু তৌবা হৌনদেদা ইনে।
- মানদি নঙবু য়াম্না নুংশিজবা। অদুগীসু মখক্তা মরলনা চীংমুক ৱাংনা পৈদুনা লৈরবা, পাম্মুই হায়বনি।
- মীগী মরলদুবু ঐগী ওইগে য়াবা হৌনদে। মসিগী ৱাসি তোকসি ইনে। বোরাসিদা লৈরে।
কান্নররোই খল্লমাল্লে ইনেচাউবীদু বোরা ময়োমদু পুরগা 'নঙগীদমক্তা হায়বিবনিকো শাউনু' হায়রম্মগা চৎখ্রে। মালতি মতোমতা খোয়দৌ শাউগৎচহৌই - 'মহাক্না ফরন্নবদি মীনা অসুম্না হায়বা ঙম্রমলোইদবনি।

করম্বা মতমদনো মানা অমুক্তুং জ্ঞান তারক্কুনা মীওইবগী মতৌ ওইরক্কদৌবসিবো। লায়রবা লৈতবা হায়বসিদি শূরগা নোম্লগা নোংমা ফরকপা য়াই। করম তৌরগা মাবু য়ু থকপা তোকহনসিবা।' খন্না-খন্না পূঙসু ফনা থেঙজিল্লক্লে পোৎ লোইশিন্নবা তৌরগে খন্দুনা লৈরিঙৈদা ইবোবী পরপ-পরপ চঙলকই।

- হোটেল লোইশিল্লবরো?

- লোইশিনগদৌরে, করি লৌবীগদবনো?

- চাসু থক্কে, ঙাইহাক সুম ফমগে হায়না তৌবনি, য়াররোইদ্রা?

- য়ানি, চাবুদি থকপীয়ু পীজরক্কে।

- ফম্বদি ?

- হৈমা, চা থক্লবদি ফম্মগা থক্তুদি কৈনো।

মালতি চা পুথোক্লগা থম্মী। ইবোহল চা থক্লা-থক্লা মালতিদা হায়রকই-

-

- চাসি ওহোক্লা হাউখ্রে। নঙগী চা থক্কুরগা অতোপ্পা থকপা য়াদে। ওফিস্তসু নঙগী ননাক্তা হেক্তা চেন্নীংলকই।

- পঙহায় হায়বিবা হায়বদুনি।

- পঙহায় হায়বগী ব্রা নত্তে মালতি। নঙগী চাগী মহাউসে কাউবা শুকঙম ঙমদে।

- য়াম নুংঙাইজখ্রে।

- মালতি ঐদি ব্রাখলসে জাৎ-জাৎপু খল্লবনি।

- চা থকপদবু করি ব্রাখলনোনে জাৎ-জাৎ খনবিরিদুবো?

- অওইবনি, নঙগী চাসে পুন্সিচুপ্পা সুম থক্লবা হোৎনবনা ফরবরা খল্লিবা।

- ঐনা হোটেল ফম্রিখৈদি অদুম থকপীরো।

- ফম্লবসু ফমদ্রবসু থকচনিংলিবা।

- চা থকপা লোইবিরবা নত্রো। ঐসু থোঙ লোম্নবা তৌজরগে।

- তান্দ্রবসু চৎলনিদা পাখৎকনু। সে লুপা চাম্মসি পায়শিল্লু।

- হৈমা, অচোইববু অমত্তা য়াওদেনে অদুদি । পোৎ লোইনা লৌথোকউরেবু।

- হন্দ্রবসু য়ারে। ঐনা পীরবনি, চা গ্লাস অমগী মমলনি খল্লো।

- হয়েং হেক হনবা হায়বদুনি। হয়েং পীরবসু য়াবনি অদুবু থোঙ লোনদোরবনিনা তৌবনি ৱারৌবা য়াদে।

ইবোবী চৎখ্রে। ঙসাইমখৈ ইবোথোই য়ু ভাওরগা হোটেল মপানগী থোঙজিন মরুমদা ঈরেন্না ফম্লগা ৱারী তারম্বনি। মী চৎখ্রবা অদুদা হায়রকই।

- মালতি, হোটেলসে হয়েংদগী ইবানি ফম্লসি।

- এ, মঙলনে তৌরিসিবো?

- নহা ওইরিবা নহাক্না নতোমতা নুমিদাংসিদা অসুম্না হোটেল ফম্বসে ঐ পামদ্রে।

- মদুদি ঐগী লাইবক ফবনি অদুবু য়ুদি কমদৌবা?

- ঐ য়ু থকঅরোই। হোটেল ফম্লনি।

অনৌবা পুন্সিনি মালতিগী। অসুক কুইরবা মতম অসি মহাক্কী অসিগুম্বা ৱাঙাংসি তাখিদ্রবনি। মানা মাঙহনখিবা পৈশা, ফিরোল, কোল্লিক, অদুতসু নত্তনা ইজ্জৎ-সনমান পুম্নমক লোইরবনি। ঙসিগী মওং অসিদা মালতি ঙকপগা, নুংঙাইবগা, মপুক্লিং নুংশিবগা পুম্নমক ইয়ান য়ান্নদুনা মতোমতা খঞ্জখি মপুক্লিংদা - 'নহাকপু য়ু থক্লরোইদবা?'

# ইচাদি নুপানি

ঙসিদি ঐহাক অরোইবগী পুংফম অদুবু ঙাইহিরিবনি। নুংঙাইবা ফংলে মৈচাকসু ফংলেদনা। খঙঙমদবা উঙমদবা নহাক্কী খুৎশেম্না ঐবু ঙসি অসিগুম্বা ফীভম অসিদা তাহনবিরে। তৌববুদি ঈশ্বরদা ঙাক তাইশিনবসু ফত্তবজাৎনি। ঐনা তৌজরুবা কর্ম্মগী ফল ফংজবনি। ঐখোয় ইমাদো ওম্বোক্লা ফৈ, ওম্বোক্লা ফত্তে। ঐতবু মানা লুনা তৌবীদুনা ঙসি ঐনা ফীভম অসি য়ৌরকখিবনি, ওম্বোকপা ফীভম অমদা। ইচন্নুপী রিতাদো খল্লুবদা নুংঙাইরক্তে। ইমানা মাবুদি নুপীনি হায়দুনা লাইহিরিক - লাইশু তম্বদসু থোইনা থৌশাবীখিদে। ঐদি নুপানি হায়দুনা ঐনা হায়বতা য়াই। ঐনা পীয়ু হায়বা পৈশা পীদুনা কয়াম্না নুংঙাইখিবা। নোংমা পীক্লিবা ঐগী ইচলগা ঐগা ঙাংনখিবশিংদো ৬সিসু নীংশিংলুবদা কোকসে কায়গদৌই।

- রিতা, লাইহিরিক তৌরসি লাকও।

- তৌরোই ঐদি।

- কৈদৌবগী?

- ইমানা হায়রিবা ঐদি নুপীনিনা লাইহিরিক তমদ্রবসু য়াই হায়য়ে। নঙদি নুপানিনা তমদবা য়াদে হায়।

- অদুদি ইবানি অমাংবী শান্নসিরা?

- শান্নবুদি শান্নসেবা অদো ব্রাইরম শিৎচিল্লুখিগে, ঈশিংসু শোকঅম্মু হায় ইমা লাকঅগা হোরেন চৈরনি।

- অদুদি ঐ ঙাইরগে থুনা লোইরকউ।

রিতানা ঙাংখিবা ব্রাঙাংশিংদুগী ঐদি নুপানি হায়বগী থম্মোয়দা মথোই কাবা হেনখি। লাইহিরিক্কীনি হায়জিন্দুনা ইমাদগী পৈশা লৌবা হৌরকখি। ইমাসু ঐনা হায়রিমথৈ পঙপীতা পীবা। ইমাগা বাবাগা নোংমদি মরৈ য়েৎনবদু ঐসু হাইফেত্তি তাখি।

- মমা, ঐখোয় রাজেসসে লাইরিক কন্না তমহন্দবা য়াদেকো।

- তমহন্দদি কৈনো। নুপাসু মতোমতনি।

- অদুবু মাদা নত্তেদো ঐখোয়না শেমগদৌরিবসে, ইচানুপী অমসু লৈরিবনি।

- নুপী অসিদিনে মমিৎ-মমায় ওইনবা খরা অদুক তমহল্লিবা হায়বদুনে। খরা তম্রগা ইমুং-মনুংগী থবক ওইনা তমহল্লসি।

- হে মমা, নঙগী অদুগুম্বা আ-থায়নঙৈগী ৱাদো হেক-হেক হৌদোরক্কনুনে। হৌজিক্কী মতমদবু নুপা-নুপী করিবু খেন্নরিবগে?

- কৈনোদা- নুপানা নুপানি নুপীনা নুপীনি। কৈনোনে মোয় ববানা ঙাংবিরিসিবো।

- উম,অদুননিনে ঐনা নঙবু পঙই-পঙই হায়রিবসে। নুপানা তৌগদবা থবক নুপীনা তৌগদবা থবক হায়বা লৈতেকো। হৌজিক্তিনে লাইরিক হৈবসে নুপাদগী নুপীনবু হেল্লবনি।

- লাইরিক ফনা হৈদুনসু নুপীনবু করিনোনে তৌগদৌরিবো? ওইবা য়াররোইদবা ঙাক্তনি।

- হায়নুনে নঙবো? মদুদনিনে ঐখোয়গী মণিপুরনা চাওখৎপা ঙমদ্রিবসে। আমেরিকাগুম্বা চাওখৎপা লমদদিনে নুপী-নুপা হায়বা লৈত্রবনি। চপ মান্নরবনি।

- কদায়দগীনোদা। ইপা-ইপুগী হাক্তংগী নুপীনা তৌগদবা থবক নুপানা তৌগদবা থবক হায়দুনা লৈরক্কসিদবু করিনোনে মোয় বাবানা হায়বিরিবসিবো ?

- ইহে, থবক হায়বসে নুপা-নুপী অনীমক মতেং লোইনা পাংনগদবনি। অঙম-অঙম্বা মতেং পাংনরবতদা ইমুংদো চাওখৎলক্কনি। ইমুং অমা চাওখৎপদগী লৈকায়, লৈকায়দগী সমাজ অমা চাওখৎপা হায়বদো পুরক্কদৌরিবনিনে।

- অদুদি মোয় ববাসু হয়েংদগী চাকথোং-ফৌসু, কোল্লিক-ৱাইরম তৌবীরোনে।

- ইহে, নঙসে পঙখ্রেদকো ওঘোক্লা। অদুননিনে লাইরিক হৈতবী নুপী লৌরুনু হায়রিসে।

- ঐবুদি হৈত্রে, অহৈবা মোয় ববাবু ঙসিফাওবদা অহেনবা ৱাখল পুখোক্তুনা করম্বা চাওখৎপা পুবিরকঅবগে?

- অদুনবু ঐখোয়গী হাক্তক্তা ঙমদ্রবসু হৌরকইবা নহারোলশিং অসিদি মী লোইনা ওইবা ঙম্মনবা ঐখোয় ময়াম চঙদুনা হোৎনসি হায়রিবসিনিনে।

- হোৎনবা য়াবা ইচানুপাসে হোৎনবিরগা লোইরে।

নুপীদিনে অফবা নুপা খিরগা কোক-কোক লুহোংখোকখিবা ঐগী ৱাদি।

- নত্তে - নঙবু নুপী নত্রো হা? কান্নদে-কান্নদে ওইরোইদৌবা মীদা ৱা ঙাংলুদনা।

ইমানা ঐগীদমক লেপ্পীরি খল্লুবদা হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইখি। লৌবা য়াবা পৈশা লৌ-লৌদুনা নিশা শীজিন্নবা হৌরকখি। চুরুপ-বেরিদগী য়ু, য়ুদগী নম্বর ফোর মথং-মথং। ইমাসু খঙদবদি নত্তে অদুবু নুপানি ঙাওজসনু হায়বা ইমাগী ৱাখল্লোন অদুনা পাবুংগা হেক-হেক খৎনরগা অদুম তোকই। নোংমা অমসু ঐহাক নিশাগী ময়াইনা ৱাখন খঙবা ঙম্লক্রবদা বাবানা হায়খি—

- হায়, নঙনা তৌরিসি করিনো? হা- করিনোবা?

ঐ নিশাগী ঈরোলনুংদা লুপখিবনা করিসু খুমখিদে।

ইমানা ওক্তুনা  হায়রকখি—

- চাক্তুম চাখোকপিররোসে। হৌজিক মতমদবু য়ু থক্তবা মীবু লৈরিব্রা? হয়েং ঙাংবীরো চঙহনখ্রো ।

-নুপী নঙ শোয়নিকো নঙ। নঙনা নচানুপাসি মাঙহনগদৌরিবনিনে। নঙবু করম্বা মমানো?

- ঐনা থকউ হায়দুনা ইনশিনবদি নত্তেদনা। জ্ঞান তানবা হায়রগা মরাইনা য়াজনি হায়বৈ ৱানি।

- নঙ ৱা ঙাঙলক্কনু। নপাম য়ৌনি নঙ।

নোংম-নোংমগী অসুম-অসুন [illegible]পনা মনবা হায়বদু ওইরকখি। মতম খরগী মতুংদদি ঐহাক তশেংনা অনাবা হায়বদু ওইরকখি। লায়েংবা ঙমদ্রবা এইদস হায়বা লায়না অদুনা ঙসিদি তরামনা ওক্তুনা থম্বিখ্রে। হৌখিবা কয়াবু নীংশিংবা নত্তনা ঐগী উপাই লৈতে। অসুক কুইবা মতম কয়া নুংঙাইরক্লে শিরবসু কায়দ্রে খল্লগা লৈবসি মঙায়রে। অদুবু ইমাবু নীংশিংলুবা নুমীৎ খুদিং তত্তনা ৱারৌরুই - করিগীনো ঐবু অদুক নুংশিবিরুরিবা? মমা ওইবী অমনা মচাবু নুংশিফম থোকই - মদুদা করিবু ৱারৌফম লৈবগে? ইশানা থোকহঞ্জবা নত্রনে সীবো? ৱাহং কয়ানি হংখিবা। পাউখুমদি ফংখিদে। হঞ্জিন-হঞ্জিন তাদুনতা লৈরি - 'ইচাদি নুপানি ... ইচাদি নুপানি।'

## [illegible]দুনি

নিংথমথাগী মতমনিনা নুংখিলগী মতমসি হৌখিবসু খঙহৌদে। ফনদি থেঙজিল্লক্লবা মতমনি অদুবু খ্বাইরম্বন বজারদদি ইথেঙ থেঙদ্রিবদৌনা মীনা ঙুং-ঙুং অদুম্মক তিল্লি। ইঙবগী হায়রুরবদি য়ুমদগী মপানবু থোক্নিংদ্রবা হায়বদু য়ৌই। অদুবু অসুক ইঙলবা নিংথমগী নুমিদাং অসিদা অহল মতম ওইরবী ইমা অমদি মল্লবা শামতুগী ফি অমা ইল্লদুনা এঞ্জাং-নাপী য়োনফমদা নীংঙায়দনা ফমলি। পোৎসু ইশিং-শিত্রবরা খঙদে মাগী অকোয়বদা ফল্লিবা নহা ওইরপ তৌবীশিংদা পোৎ লৈরিবশিং অদু য়েংলগা তুমীন্না অদুম ফম্মী। কনাগুম্বা নুংঙাই-য়াইফবা ইমুঙগী মী অমদা ওইরম্লবদি মচা-মশূশিংনা সেবা তৌদুনা মৈফু মনাক্তগী হেন্দোক্লরোইদবা মতমনি। অইঙবগী অৱাবগা লৈতবগী অৱাবগা করম্বনা হেনবগে তাক্লিবরা খঙদে অহল ওইরবীদো। মঙোন্দা পোৎ লৈবা মী অমকা লাক্লবদি হরাওজে। ঙসাইমখৈ কনামত্তা লাকপীদবদগী নুংশুক-নুংজান্নবা লৈরম্বদগী উচিন-নাচিন্না মৌ নহা অমা য়াম্না কেনা পোৎ লৈবা হাইজিল্লকই। পোৎ য়াম্না লৈগদবা পৈশা পায়বা ইমুঙগী মী মাল্লি য়েংবদা। অহল অদু হাইফেৎ হরাওবগী মমি তাই।

- লাউ-লাউ ইবেম্মা, ইমাগীসে খরা লৈবীরো লাউ।

মৌনহা অদু লৈগদৌরমাল্লে ইমাদুগী পোৎমাঙদুদা চপ লেপ্লগা য়েংদুনা লৈ। ঙাইহাক ৱা ঙাংদে, এঞ্জাং-নাপীশিংদুদা মুন্না য়েংদুনা লৈ। করম্বা লৈসিগে খল্লিমাল্লে। ইমাদুনা অমুক্কসু মখা তারকই।

- সে-সে য়োংচাকসে খরা লৈখোসে। হোঙনা পীথোক্কে।

- কয়া-কয়া কম্মায় তৌরিবা?

- তরাগী অহুমদং তৌবনি মরি হেক লৌরো। ইমাসু চৎলগে ইঙশিল্লক্কে।

- মঙা তৌবা য়াদ্রো?

- অদুদি চিংদেনেহে ইবেম্মা। মরি হায়রিসে ইমা য়োম্লেক্লগে হায়দুনা হায়রবনি।

- সে-সে পীরকও।

- হৈমা, চাম-চৎপীসিদি অচোইববু লৈরমগদ্রা? ঙাইখো-ঙাইখো অমুক্তা যেংগেকো ইমা।

ইমা অদু মাগী মল্লবা শেঙ্গাও অদু ফাক্তুনা পৈশা অচোইবা থিরি। লৈরমাল্লে লুপা মরিফুতরা পুখোল্লগা হনখ্রে। মৌনহাদু চামা চৎপী অমা থাদরম্মগা পরপ-পরপ চৎখ্রে। খরদি শিংলে হায়না হরাওজরবা অহল ওইরবী ইমাদো ৱাররুমাল্লে মপোৎ-মচৈ লোইশিল্লে চামা চৎপী অদুমা পুদুনা দুকান অমদা পরপ-পরপ চৎখি।

- ইবুংঙো, সে ইমাদা চেঙ কিলো অনীখক্তা ওল্লকউসে।

- অস - ইমা সীদি কদায়দগীনো?

- কৈনোনেহে মীনা পোৎ লৈখিবনিনে। কৈদৌরে ?

- সীদি জালি নোটনিনে। মশক খঙ'হীবরো?

- করি জালি-নোট!

- হোয়নে, মশক খঙহৌবরো ইমাবো?

- কদায়দগী খঙহৌগদগেনে ইবুংঙো।

- সিদি য়ারোইবু ইমা।

অহল অদো ইঙলবা নিংথমগী নুমিদাংদুদা মশাদু হুমাং অনপ্পী কাখ্রে। মাগী হান্নগী পোৎয়োনফম অদোমদা অমুক পরপ-পরপ চৎখ্রে। কোয়য়েং য়েংলুই, মৌনহাদু লৈ-লাকপ্র থিবা ওইবা তাই। কনানবু লৈরুরগবনো মীনমগে হায়না মীনম্লম্মবা অদুদবু। মমিত্তগী মপি হেক তাবমখৈ অদুৱায়দা অদুম য়েংদুনা লৈরে। পাখংমচা নহা খরা ওইরপ তৌবা অমনা হায়রকই—

- ইমা কৈদৌরে?

- ইবুংঙো, মহা চন্দান্নুবী অমননে ঐবু তৌরম্মীবসে যেংউনে। চামা চৎপী অমা থাদরগা পোৎ লৈবিরে। পৈশাসু লুপা মরিফুতরা হন্দোকখ্রবা, অদুগা চত্তবা ওইম্মেনে।

- ইহে, অদুদি হৌনদেনা মাসু। তৌগে হায়রগা দুকান অচৌ-অচৌবশিংদা তৌরদি ফৈ। অহল করিসু খঙজদবসিদবু।
- ইবুংঙো, ইমাদি লুপা চামা কাইদো য়ামখ্রেদা। অদুসুনে পোৎ তীক্লীংঙাই লৈতদনা আ-মখারোমগী ইমৌনুপীদুদগী পোৎ য়োল্লগা পীগে হায়দনা লৌরকইবা। ঐবু করিনোনে তৌরিসিবো।
- ইমা হৌজিক্তি থিবসু ফংলরোই যুমদা হনবীরো। মাসু মদুনা নুংঙাইবা য়াবা হৌনদে। অদুদগী হেননা মাঙবা লাকচনিদা।
- নঙদদি- নঙদদি ঐনা ৱারিসে হেক ফংঙ্ভুকো। মহা পাপি।
- খঙদেনে ওহ্মোকপা হায়দুনি। অহলসিনা ইঙখ্রবসিদা য়োঞ্জরিবসিবু মীনুংশি করিমত্তা খঙদবরা কৈনো।
- নঙ খঙনা-খঙনা তৌবা হেক ওইরম্মবদিনে নঙসু অৱাবা তাবা ওইনিকো নঙ।

উপাই লৈত্রদুনা অহল অদু পোৎ মযোমদু থোঙ্গৎলগা ময়ুমলোমদা হল্লকএ। লম্বীদা লাকপদু মী উদে। চৎনা-চৎনা মপি তারকই। মতোমতা মুরুম-মুরুম শোল্লি- ‘ও, ওহ্মোক্লসু মীনুংশি খঙদেকো। হনুবী ঐঙোম্দবু নঙনা অদুম তৌনি হায়দনা হেক তৌবা। নঙ নুংঙাইবা য়ারোইকো - নঙ।’ মশুনুপী অমগা নুপা অমগা লৈবদু মমীত্তা শং-শং উরকই। মাবু শোয়দনা ঙাইদুনা ঙামোক চাগদবগী ঙাইদুনা লৈরমগনি। ম্মা-মপা লৈত্রবনিনা মবোক হনুবীদু নত্তনা কনাসু লৈত্রবনি। খ্বাইদগী লুরিবা অমনা পৈশা লৌরুবী থংনবগী মমৌনুপীদনা করি হায়রুবা। লৌরমদাইদা হায়খিবদু নীংশিংলকই।
- অবোক চাম্মবুদি লৈ লৌ। অদো হয়েংগী অঙাংগী থোংঙুপ লৈনবনি হংচিৎ স্কুল কাবা নংনবা। অদুনা অবোক্না য়োল্লুরগা হয়েংদি পীয়ুকো।
- হোয়দা-হোয়দা পীগেদা। মঙা-তরাদং তোংবরা য়েঙ্গে তৌনি।

কদায়দগী করম্না পীগনি? অশিংপা মরিফুতবা অমসু হন্দোকখ্রে। খন্না-খন্না ময়ুম য়ৌরকপা খঙহৌদে। অহিংদু ৱাখন্না তূম্বা য়াদে। শাংখ্রবা নিংথমগী অহিংদু ওল্লাং-ওনশাওনৈ। নোংঙানবগা পৈশা লৌরুবা

মমৌদু লাকই। পৈশা পীরো হায়রে। ৱারীদু লীদুনা তাহল্লে অদুবু মাগী ৱারিদুনবু কৈদৌনরুনি। মীগী অৱাবা কনানা খঙজরুনি পৈশা তোনবা মীদবু। পৈশাদুতনি পীবীরকও হাযরিবদি। ৱারী লীর-লীরগা অচাকপা মৈদা ঘী হৈজিনবগা চপ মান্নখ্রে।

- তৌরদৌনি। ঐনা ঙরাংনা লৌবীনু হাযদ্রো। হয়েংদি অঙাং স্কুল চত্তবা তারেনে?

ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাংদে ইমাদো তুমীন্না লৈ। করিবু খুমলুনি মীগী পৈশা পীবা ঙমদ্রগা। তৌবদি অৱাবা হাযবসি কনাসু তানিংবা নত্তে। মীগী পৈশা তোনববু নুংঙাই খনবা কনাসু যাওরম্মোয়। য়াদদনা তৌরিবনি খনবিববু লৈরমগদরা?

- অদুদি - তোকএনে?

- তোকওই-তোকওই। ইমা শিঙ্গে। ঙসি নংদবগী ৱানি।

- অযাম্বা পৈশাসু নত্তে। কনাদগীনো ঙসি খরা থিবীরকও।

- ঙসিদি থিফমদো লৈতবনিনেহে অদুননিনে। শাউরনু। নঙগী লুপা চাম্মাদো ইমা পীনি, হাৎলোইকো।

- হুম, পৈশাসু লৌবীবা ফত্তবসু তাহনবা। হাৎনি হায়বৈ ৱা নত্তেযে।

মতম খরদি হৌখ্রে। পোৎ য়োন্নবসু লৈতে পৈশাসু লৈতে। য়ুমদা ইখ্খোল খরা হোৎ, লৈকাইদা মরোয-মপাং খরা য়োন তৌদুনা লৈরে। মদুনা ওইবা য়াবদি নত্তে। লাই লৈতবদি নত্তেকো - মচানুপাগা তিন্নজরম্বা ইবোথোই লাক্কুনা লুপা য়াখ্খে খক ঙা চাও হায়না পীরম্মী। তান চারে খন্দুনা কৈথেল অমুক থোক্লগে খল্লে। মদুনা কোন্নবা খরা লৈরগা মাগী হান্নগী ফমফম অদুদা অমুক য়োল্লে। নোংমা ইখঙ-খঙহৌদনা ময়াম ইরাঙ-লাঙনরকখি। করিনো হাযদুনা ইমাদুসু হৌগৎলগা য়েংলুই। কনানো অমখক ময়াম চঙদুনা কোয়শিল্লগা য়ৌ-য়ৌ তৌনরি।

- কৈদৌনরে, ইবেম্মা তৌরিসিবো?

- হো ইন্দোল, নুপীসে জালি নোট পুরম্মেয়ে।

- হা- জালি নোট!

পোৎ হুন্দোকঅম্মগা যেংবা চঙলুই। ময়াম পুময়োম য়োমশিল্লম্মী। মচীন কনবী নুপী অমনা হায়রকখি।

- মরু কোকথোকউ - মরু কোকথোকউ। অদুগুম্বা কারবার নত্রবদি লৈত্রবরা-হা? করি থোকএ হায়না তৌজংশারিনো?

ময়ামদুগী মরক্তা অহলদুসু হুৎচীন্দুনা যেংলুই। থোরক্লগা মতোমতা শোঞ্জে - 'মান্নি নহাল নোংমগী মৌনহাদুমক্লি।'

# কনানবু চুম্লিবনো

তাইবঙপাল অসিদা থোক্লিবা থৌদোক-থাথোকশিং অসিবু কনানা চুম্লিবা কনানা লাম্লিবা- কনানবু অশেংবা অদু খঙবীগদৌরিবনো? অফাওবা জর্জশিংনা থায়েনবা ঙম্লোইদবা কযা অমদি ইমুং-মনুংদা চৎনবী ওইনা অদুম্মক লৈরবনি। ঈশ্বরনবু মসিবু উবিরমগদ্রা? উরবসু কান্নরোইদা - ঐনা তৌবনা ঐনা চুম্বা, মানা তৌবনা মানা চুম্বা - ভাব-মেন তাবজাৎ নত্তে। মনেম্বু থীনা তৌরিবা মৌদুসু মপামদা মাবু পোকপী মমাদুদা তৌবা ওইরদি হেক মশাওবা। মমৌবু ওৎলিবা মনেমদুসু মচা নিংঙোল মযুম পানখিবদু ওৎপীরবদি হেক্তা শাউই। মসিবু করম্বনা চুম্মী ফৈ হায়দোরিবসিবো?

ইবেচাউবীসু ঙাংজরগা চৈজরগতা নুংঙাইজবী মনেমনি। নোংমগী চৈহৌদ্রবা ঙাংহৌদ্রবা চাক চাবকা চঙবজাৎ নত্তে। ঙন্তানা চন্দোন-চবা ঙৌরোক ঙৌনা থিল্লগা মরুপ-মপাং খরগা কোনুংদা লাই খুরুম্বা চৎপা হাযবসি মাগী হৈনবীনি। ঙসিসু হান্নগী অদুমাযনা মখুত্তা লৈ পোলাং পাযরদুনা ইবেতোনগা গোবিন্দ খুরুম্বা চৎলি। লাইনা নীংলিদি - লাই পিশক্তগীনা লাইজাউ ফাওবা অমত্তা চিংথবা নত্তে। তৌববুদি ইবেচাউবীতা নত্তেদা - মণিপুরদা নীংনরিবা লাইসিদি ওম্বোক্লা যাম্না য়ামখ্রপোৎনি। লাই কোতি কুম্লাহুমদোই নীংবদা মনিং থুংলক্তদুনা লিন অমতং হেক থোকচরকপফাওবা লাইনি হায়দুনা খুরুম্বা পঙলাক্তা লাক্লরিবনি। অমনবু হাযরবদি লোইনা পঙথাদা থাজনৈ। সীগুম্বদা য়েংলুরবদি ঐখোযগী ইরৈবাকচাশিংসি লিংজেনকাদি মান্ননা উই। লাইয়ামদুগী মরক্তা অতোপ্পা লাই অমা-অনী হাপচীনবদা মখোযদা কৈসু থোইনা পঙলু লুবা জাৎ নত্তেদা। ইবেচাউবীদু তুমীন্নকা চৎপীবজাৎ নত্তে লাই খুরুম্বা চৎপদু। চৎখিবদগীনা যুম হেক যৌরকপা ফাওবা ঙাইহাক্তা মতম মাঙহন্দনা ঙাংলিবনি।

- ইবেতোন, ঐখোয় মৌসে ওহোকপা হায়বদুনি। নঙগীদি কমদৌই?
- হৌজিকফাওবদি অদুম পঙলৈ মরৈরি। খঙদে করি থোক্লগবা।
- অদুবুদি ইবেম্মা, হান্নদি ঐখোয়গীসু ফরম্মীনে। হৌজিক্তি করিনো লাই ওইরে।
- করি করি তৌরগে হায়রিসিবো?
- খঙদে-খঙদে, হৌজিক্কানগী মৌশিংসে। ঐনা অপাম্বা অমত্তা হেক ওইদে। ঙাংলুরবসু ঙাংই মহায়বা, ঙাংদ্রে মীৎসে নারবা।
- খঙদেদা, ঐখোয়না খনবনা অমা মখোয়না তৌথোরকপনা অমা তৌবসিদা।
- য়েংউনে, নুপীনা মপাম তোয়না চৎলগা করিবু কান্নবগে ফজবরা হায়বা? অদুসুনে নুমীৎ তারগা হল্লকপা। য়ুমগী থবক্কা মনা অমা শূনিংদবা।
- ঐখোয়দি থায়না ইপামদা চৎপসে নুমীৎ-থাকা য়েংলগা চৎনরম্মীদো।
- কদায়দগী-কদায়দগী, নুমীৎ-থাকা লৈবজাৎ নত্তে ইবেম্ম। মমানেনা তৌরিদুনা মরোল অমা লাইতিন্নদ্রিবা। অস, তল্লবনি ঐদি।
ঙাংনা-ঙাংনা গোবিন্দ খুরুম্বা লোইরদুনা ময়ুমলোমদা ঙাংনা-ঙাংনা হল্লকপনা য়ুম য়ৌখিবা খঙহৌদে। মাঙ্গোলদা হেক কাখৎপগা কৌরকই-

- হায়, কনা কনা লৈ? তারিবরা নখোয়বো?
- তায়য়ে অবোক। ইমাদি লৈতে।
- ইমা অসি লৈতে চখোকখি হায়রবদি মাবু চত্তবা য়াদবজাৎলো। ঐবু ঙাংগনবা ফত্তবসু তাবা। ওহোকপা লাইবকনিদকো সত্যা।
ঙাংন-ঙাংন ইমুংদা চঙদুনা মফি-মরোল হোংদোক্লে। মুরুম-মুরুম শোল্লদুনা ফি-রোল থুপ্পা হোৎনরি। ঙাইহাক পোত্থাবা ওইনা ফম্না-ফম্না কাচিন-কোয়া য়েংই। মপাল্লোমদা অঙাং ময়াম লাঙবা তায় - 'নেনে - নেনে'। পরপ-পরপ থোক্লুই। মচানুপী ময়ুম পানখিবদু লাকপা ওইরম্মী। মচা লাকপগী নুংঙাইবনা অশাউবা মাঙখ্রমাল্লে। মচাবু মফি-মরোল হোংদোকহল্লে। চাবা-থকপা তৌবা য়াবা তৌহল্লে। মচানুপীনবু হায়রবদি শিজরগে খল্লিবা ইবেচাউবীনি।

- ইবেম্মা, ননেমদুদি কমদৌরি?

- খঙদেদা ইমা, নোং ঙানবগা ঙাংবগা চৈবগা। মচাবুনা মচা ওইনা খনবা মী মচানা মচা ওইনা খন্দবা, ওহোল্লা ফরক তাথ্রবা অহলনিদা।

- ইচাশিদি ননানা তারুনু। মখোয়না পকঙাং হেক ঙাঙবা য়াব্রা?

- য়ুমদা চৎলুইকা তারবদি লোইদোরজাৎান।

- নয়ুমদা চৎপবু কৈদৌরগে, চৎলুই হেক্তা হায়য়ু ইচাশীদি।

- ইনম্মদি?

- ও ইবেম্মা, ননম্মখোয়দা চৎনীংবদা কুশি। মপামদা চৎখিবনি। নুমীৎ *তাদ্রিফাও হল্লকখিরোই।*

*- ঐসু ইনম্মা উন্নগদবা ব্রা অমা লৈ ইনম্মা লাকপা ঙাইগে হায়বু থেঙদৌরিজাৎলা খঙদে।*

*- ঙাইখো কৈনো। থেঙলগা নঙ তামো হেক খিলহল্লগা লোইরে। নহানসু নঙনা খিলহন্নি হায়ন; ঙাইবদো নঙনা হেক চৎখিবগা লাকএ।*

অসোমদসু ইবোচাউবীগী মমৌনুপী দেবলা মপামদা তুমীন্নকা লৈথোকপা নত্তে। ময়ুমগী, মনেমগী, মচনগী পুন্নমক চীনফানি লীরিবা।

- ইমা, ঐখোয়গীদি লাইবকসে ওহোকপা হায়দুনি। সিদা ইনম্মখোয়না তৌরিসিগা ওহোল্লা খেন্নথ্রেবু।

- ইবেম্মা, ঐখোয়গীদি ঐঙোন্দা কাদুনা চত্তে হায়বদা ঙায়রবনি।

- অদুবু ইমা নঙবু খরা-খরা ঙাংবা য়াদ্রো।

- ঙাংলিবনিদা কান্নদে।

- ঐখোয় মেম্মগদি খৎনদ্রা?

- করিগী খৎনদনি। অঙাংনি, লৈশাবীনি কায়না খনবীবজাৎ নত্তেদা।

- অদুবু করিগীনো মানা মৌনি খরদি খহুবা য়াদবজাৎলো?

- খন্দে-খন্দে ইবেম্মা। নোয়গীদি ফবরা কমদৌরি?

- এ, ঐখোয়গীসুনি। ইচন্নেনা লৈরিদো মচীন্না মচীন কল্লিবা, ঙাংনবকা ঙমজবজাৎ নত্তে।

- ময়ুম পানখিবদুদি লাক-লাক্ত্রা?

- করিগী লাক্তগবনো। নোংমা কাংদে লাকইবা। কনাগী করিদা করি শোয়রিবা হায়দনা শিত্র-কুপত্র য়েংদুনা ঙাংখে-ঙাংলগা হল্লিবনি।

- অদুবু ময়ুম পানখ্রবা মহাক্না ময়ুমদা লাকঅগা ঙাংলিবদুবু করি কান্নদোয়নো?

- ঐগীনা ঐগী ওৎখ্রে। নমোনুপাদো কন্না ৱারকচহৈ নত্রবনিনে নঙ ৱাজনিকো ইমা।

দেবলা নুমীৎ তারে থেঙলে হায়দুনা ময়ুমদা পরপ-পরপ হল্লকপদা মচন্নুপীদু মাবু ঙাইদুনা লৈরম্মী।

- ইনম্মা, খরা ঙনমল্লিদনা ঙাইহাক লৈরগা লাকপা য়াদ্রা?

- করিনো ইবেম্মা, নঙনা ঐঙোন্দা অমুক অওৎ-অপা শারিবসিনা। নঙদী হৌজিকফাওবা কৈদৌরি ?

- ঐদি ইনম্মদা ৱা খরা হায়গে হাযদনা ঙাইরিবনে।

- ঐসু ইনম্ম-ইপী লৈবনিননে পাক লাকপা যাদবা অদুননি।

- ইনম্মনা তৌরিবসে খরদি হেনমল্লবনিকো। ইমা ওইবগী ফবনি নত্রদি...।

- নত্রদি কৈদৌরবা? হা - কৈদৌরগে? অঙাংননে অহৈ -অপা য়াম শানুকো।

মমা ইবেচাউবী ফমদুনা লৈবা য়ারক্রুমাল্লে হায়রকই—

- হৈ, নচন্নুপী নোংমফাদোক লাকপসিগা খৎনগে হায়রিবরো? তৌনু তৌনু মী উশিত্তবা। ঐ লৈরিসি করি ওইনা উই?

ওয়োকপনি। য়াররোইদা তৌরিসে। লাই ফনা ওইদুনসু ৱায়েনবা ঙম্বজাৎ নত্তে। মশা-মশাগীদি শুকখন খন্দবা মীগী অশোয়বদুদা থি-থিদুনা ঙাংনবা। মসিবু করম্বা নুমীৎ-থাদা কোক্লকদৌরিবা খঙদে। ইশা-ইশাগী ইমুং ফত্তনা লৈবাক ফবা হৌনদে হায়বা খঙনরবা তানরবা ঙাক্তনিদা হায়রুবা ঐবুদুম মথৌ লৈতবনি খল্লমগনি। ৱারেম ঙাংই হায়দুনা শাউবা য়াই। অদুবু চুম্না শুম খল্লুবগী ৱাতনি ‘কনানবু চুন্নিবনো কনানবু লাল্লিবনো?’

# মী ফাওবদি ওইজরি

অংগম-অখৌ, মন্ত্রি ফম্নাইবা, ইঞ্জিনিয়ার, ডোক্টর ময়ামসিবু মী নত্রনে? মান্নিদা মীনিদা। অদুগা কবিগীনো মীওইবশিংগী মরক্তা অসুক খেন্নবা থল্লিবসিদি? তৌবদি তাইবঙপানবসিগী মরমদা করিসু খনবীরুদনা পঙচা-চা, পঙথক-থক লৈথোকপনদি ফরবজাৎনিদা। ময়াম অসিবু খল্লুরবদি কোকসে ঙাইহাক্তা পোত্থাবা হায়বদুদি লৈররোই। অদুবু হেকতা খল্লুবা। মসিবু করিবু তৌনদোইনো? মসিনা লায়না ওইরক্কুনা ঙাওরকপসু য়ারিবজাৎনি। মসি মঙাযরে কান্নবা হায়ববু। অসিগুম্বা ময়ামসি হায়রুবগীনে ঐবু ঙাওরে ক্রেক চুরে কায়না ঙাংনরিবসে। য়াম্না নোক্কিংবজাৎনিদা। খঙদেদা নোক্কিংঙিবরা কপনিংলিবরা। ওইনিংবা অমা ওইজরসনু। মা-ঐ ওম্মোক্না নক্লরমখ্রবনি। অদুম লাপথোক্লখি। মরম হায়ববু মী মরক্তা মান্নদবা ময়ামসিননি। নুংশিবগা পৈশাগা মরী লৈনদে কায়না খনবা য়াপোৎ নত্তেকো। ওম্মোক্না নক্লবা মরী লৈনবনিকো। নত্রবদবু মানা ঐবু লাপথোকখিগদ্রা? হোয়দা, ফরেদা। মদুনা যাম্না হেন্না ফরবনি। ঐ অমা ৱারগা মী পুম্নমক লোইনা ৱাও হায়বদি কনানবু য়ানিঙ্গদগেদো।, য়ানিংলোইদা। ঐগী চরা হেনবগা মাগী সনা বঙ্কোব হন্দবগদি মাগীদুনা লুদ্রদো মঙোন্দদি? সীনি চৎনবী হায়ববু। কৈসু নত্তে। ঐনা ঙাওবদি ঙাওজবনি মাদি ঙাওদে- নঙসু ঙাওদেদনা। ঙাওরে হায়বদি ইশানা য়াজরে। মকোক্কা মমৈগা শম্নদবা ৱারী ঙাক্তা ঙাংলিবসিবু ঙাওদবা কনানবু ঙাংলুদোইবা? মসিতবু ঙাংজরগা নুংঙাইজরিবা ঐগী পুন্সিনি। মসিদনি ঐগী নুংঙাইবা ফংলিবা ৱাখল পোত্থারিবা।

নোংমদি হায়খিবনি ইমানা - অপোকপী ইমাদুনা -'অৱা মচা লেম্না মাঙদে' চুম্মী। ঐবু মাঙবা কৌবা য়াব্রনে মাঙসু মাঙদনা। কৌরকএ-তু ইমাসে অমুকসু 'ইবুংঙো নঙবু করি তৌরিবনো?' ঐখোয় ইমাসে ঐবুতা

শৈন্নে কৈদৌবগীনো খঙদে। য়াম্না নুংশিবৈ ৱারা নত্রগা চেকশিল্লিবা হায়দুরা অমদি ওইরে। কৈথেন্দগী হল্লক্লবসু হল্লকপদা ঐ উদ্রবদি য়াদবা। ঐবু অঙাং মচাসু নত্রেদা। সুকখন খন্দবদি নত্তে ইমাগীদমক্তা খল্লিবনি।
- হৌজিক মতমগী পুলিস, আর্মি, সি.আর.পি ময়ামসিগী মরক্তা ইমানা কৈথেন চৎপসে করিবু থোক্লগবা হায়না। কনানোনে মীনা ঙাইহাক্তুং নুংঙাই-নুংঙাইবা ৱাখল ময়াম খল্লিঙৈসিদা
- তামো সনা, তামো সনা।
- কৈনো, কৈদৌরে?
- নঙবু কৈদৌরিনো?
- হায়, নঙনা খঙপোৎ নত্তে, তুমীন লৈয়ু।
- নঙদি নতোমতা ফম্লগা লৈবসে য়াম নুংঙাইবা মাল্লি।
-নুংঙাইতদি কৈনো। কনা অমুক হৌরুদোইনো ফমসেনা? কনামত্তসু য়ারকওই। তিঞ্চং মথক্তবু কনানোবা ফমসি য়ারক্তোইসিবো?
- হৈমা, তামোসনা নঙনা ফম্রিদুবু তিঞ্চংলো?
- হায়, ফম্বা হায়রগা কৈনোমা নিংশিংলকএ। তম্বীয়ুরা?
- উম, তম্বীয়ুনে।
- নহান্নে, নহান হায়বদি কুইরেদা। মন্ত্রিকা য়াওবা অচৌ-অশাং ময়ামগী মীটিন অমদা অইবা অফাওবা অমদিনে ফমফম লৈতবগী ৱানিসে। নোক্লিংদ্রা?
- কৈনো তামোসনা নঙনা ঙাংলিদুবো? ঐদি করিমত্তা খঙদ্রেদা।
- খঙঙোয়-খঙঙোয়। হয়েংৱাই চাউরগা খঙলক্কনি নঙসু। অদুগনে মেমা, মশক য়াম থীবা নুপী অমা লৈবদো নঙ খঙব্রা? মুরদনা থীরদনা হেরা নঙ খঙদ্রনে?
- অদু কৈদৌরবা?
- অদো মশক য়াম ফজহৌরেদো। কৈগীনো নঙ খঙব্রা? নঙদি খঙঙমলোইদা।
- খঙদে।

- অস, নঙসিদি।

- অদুবু কৈগীনোবা ?

- হৈমা, হান্নদি পৌা পায়রমদবা হৌজিক্তি পায়রবা। অদুগনে - মাদি মিনিষ্টর অমগী অরোনবা নুপীসু ওইরবনি।

ঝারী নুংঙাইরকপদা মমানা কৌরকপদগী মেমাদুসু ঝারী লোইদনা অদুম চৎখ্রে। কনানবু ঐগী নাক্তা ফমহন্নিংদোইনোদা। চেঙ কিলো অমগী মমল ফাওবা থোকপা ঙমদবা ঐগবু। অদুবু করি উপাইদি লৈ। শূজরগে নোমজরগে খন্দুনা চৎলুবদা নত্রনে ঐবু মখোয় ময়াম্না য়াদদনা তাহোকপিরকখিবদো। শূরোই শুকশূ শূরোই। শিরবসু কায়দে পুন্নবসু কায়দে। ঐনা শিরগা ঝাগদৌবা, পুন্নগা নমখিগদৌবদি মখোয়তনি। নোংমৈ পায়বা লাম্মীশিংসে ফত্তি ফৎখিদ্রেদা। এ অফবা অমত্তফাও থেংনদেদা। য়েখায়বা থিনগায়বা ঙাক্তনি। মশা-মশাগী কান্নগদববু লৈরবদি ঐবুদি শিজখিগে কৈনো। হাত্তোকপদা করিসু কায়দে। ঐদি মী ওইনা হিংজগে হায়জবনি য়াদ্রবদি কমদৌনি শিবা তাইদনা। অদুবু ঈশ্বরদি করি তৌরবা? জগৎপু শেম্বীরিবা ঙাকপীরিবা ঈশ্বর অমদি লৈদনা? শোয়দবনি মতম অমদি শোয়দনা লাকখিনি। করম্বা মতমনো হায়বদি খঙদে। করি হায়ননোনে ঐনা মঙোন্দা খুরুমগদবসিবো? মদুনবু হেন্না অরুবা অমা ওইখ্রেনে। অদুদি তোকপা তারবরা, খুরুম্লরোইদরা? নোংমা অমসু মাগীদমক্তা নত্রনেঐনা লাই খুরুমখিবদুবো? মান্নিনে -'হে ঈশ্বর ইবুংঙো মাগা থুংনজগে ঐগী ওইহনবীয়ু' হায়না। মদুগী থা ফাদনা মা অদুম চৎখ্রবনি ঐঙোন্দগী য়াম্না লাপ্না চৎখ্রবনি। লাইশোন অমা ইরাল লাল্লবরা খল্লিবনি। মতম অদো, মা ঐ শান্নখিবা ঝারি কয়াদা নুংশিখিবা, কয়াদা থাজখিবা । ওম্বোক্লা ইকায়জরকই খল্লুবদা - 'নঙ ঐবু কাউগদ্রা?' 'কাউরোই, শুক্কাউ কাউরোই।' কাউরমখিরোইদ্রনে হৌজিক ফাওববো? অস - কান্নপোৎ নত্তেদা, কাউগেরা কাউরোইরা ওইনিংবা অমা ওইজরো। অদু - মেমা হায়বা নুপীমচাসিনা ইনাক্তা ঙাইহাক লৈতনা অমুক লাকইবসিনা করিগীনো? লাকপবুদি মরম অমগী হেক্তা ওইরম্বা য়াই। মরম লৈতবদি য়ারিব্রা? লৈরমগনি, মরম শোয়দনা লৈরমগনি।

নত্রদবু মীনা ঙাওরে হায়নরবা ঐগী ইনাক্তবু সুম লাক্কদ্রনে ? লাকঅনুকো - শুক্লাক লাকপীরনু। ঐ পেল্লে ওক-এ। অমগী ফাওবা অসুক ৱারিবসিদা নঙসু অমুক য়াওশিল্লকঅদি শোয়রোই ঐ হন্দক্তি শিবা। হায়না হায়না লাকএ-তু। ওহোক্লা নুংঙাইরোইদৌরি। য়েংউনে কয়াতা হৌনা হৌনা ঙাংদুনা লাকইবনোসে। ইচম-চম্বা মতৌসিদা নুংশিদবসু ঙমদে। নুংশিবা হায়বা নঙসিসু হাযবা মতাং-মতম অমদি ইচা-চাদবনি। অশেংবা থম্মোয়, অশেংবা নুংশিবকা হায়দুনা কমদৌবজাৎনো। কনানা খঙবনোদা ইতোমতগী ৱাখল ফাওবা ইতোমতনা খঙজবা ঙমদ্রবা মতমসিদবো।

- মেমা, নঙ অমুক লাকঅবরা?

- ঐ লাকপসি নঙোন্দা য়াম কায়বরা তামোসনা

- এ, ৱা ঙাংবকা য়াম হৈরম্মেনা নঙসু।

- হৈ হায়না লৌরবসু কায়দে। অদো ঐ নঙোন্দা ৱা অমদি হায়নিঙবনি অদুননি।

- করি হায়নিঙলিবা? হায়য়ুনা। অমত্তা নত্রবসু য়াম্না হায়য়ু।

- নঙননে ৱাখল খঙখন্দা খন্দুনা লৈরিসে কৈদৌবগীনো?

- সিদি ঐগী পুন্সিনে। মসিদা নুংঙাইজরিবনে।

- নঙনা নুংঙাইজরবসু ঐদি ওহোক্লা নুংঙাইতে।

- তো, অদুদনিনে ঐনা শাউনিংলকইসে। ঐনা নুংঙাইবসি নঙনা নুংঙাইত্রবনিনা ঐবু ৱাও সিনিনে। নঙনা হায়রিসে।

- তামোসনা, নঙনা লান্না লৌরে। ঐদি নঙবু ৱাহনবা পামদে।

- নঙগী ৱাদো তোকওসে। মদুগী খুৎঙাংদু থায়নগী খুনুঙ্গী মী মাল্লি। হৌজিক মতমগী মী মান্দেবা। হুজিক্কী মতমসিদিনে অমদগী অমদা হুৎ হেক্তা লৈনবা মদুতনা অচুম্বা ওইরবনি।

- মদুবু ওইবা য়াবরনে?

- মসিনিনে তাইবঙগী লীচৎ হায়বদো। শক্তম অমদগী শক্তম অমদা অদুদগী অমুক অমদা হোংবা ঙম্বদুনে হৌজিক কন্না চৎনরিসে। নত্তদুনা পামজবা অমদা সুম লেঙদনা লৈবদুদি ঙাওরবনি। ঙাওখিনুকো নঙ।

- তামোসনা, নঙগা ৱারী শাবসে ঐসু নুংঙাই অদুবু তাবদা কিবা কযাসু হেক হেক যাওবকই। মদুদনি ঐনা শাউনিংলিবা।

মীৎকুপ খরদি পুক্লিংসে তয়াং তশোইখি। করিগীনো খঙদে। লোক্তাক ময়াযদুদা ফজরবা হিকা তোংদুনা চৎনীংলুই। হৈকক যেল্লি হেক্তুনা চানিংলুই। অদুবু কুইদে মতমসিগী চপ চাবা শক্তমশিংসি হেক্তমক নীংশিংলকই। মথোয়গী মওং-মতৌদুগা চপ চাবা ৱাঙাং ঙাংলুরবসু অঙম-অথৌশিংদুনা ঐবু হাৎকে-তুপকে হাযবিবক্কনিদো। মতমদুদা কনাননো ঐবু কনবিগদবা? কবিবু তৌগনি শিবা নত্রগা চঙববু ঐনা হাযবা হেক ঙম্বরা হৌজিক মতমদবো। নুপা-নুপীগী মবীসু অদু মঙাযবে কনানবু খঙবা ঙম্লুনি। কান্নদবা ঙাক্তা খল্লিদৈ পুন্সিসে লোইখিবসু খঙহৌববোই। ইতোমতগী ৱাখল লমজেন তান্নবকখি তত্তনা লোল্লূই অঙাওবগী চোইবোল কয়া। মান্নি-অঙাওবগী চোইবোলনি। কনানবু তাবীগনি। ইমা নত্রনে ৺কৌবিসিবো? ঐগী হাযববু ইমাতা ঙাযববনি। লৈবাক্লা অঙাওবনি হাযনববসু ইমাদি ঐবু ঙাওই খঙদবজাৎলা? অসুক নুংশিবিরিবসিবো?

- মেমগী পাউ অমা তাই - চুম্বজাৎলা অমুক্তা হংলুগে। নঙ চথোক্কনুকো ইবুংঙো।

- কবি পাউ? মেমগী করি পাউ?

- ঙবাং নুমিদাং চেনখ্রে হায।

- কনাদা?

- হেরা মমাথোয়না শীনবা ওইরমাল্লে। পৈশাকদি যাম্না পাযবা অদুদা অহন ওইরে হায়নৈনে মাগা য়েংনবদা।

ঐ নোক্লিংলক্লে। ইতোমতা নোকই। মেমা, নঙবু ঐনা থাগৎলি। অহল-লমন্না হায়বসু ইনবা নশাগীসু নুংঙাইজহৌবা। সী নত্তনবু করিদি হায়নিংঙাই'লৈরি। ৱাহং অমত্তংদি হংনিংলম্বনি অদুবু হংবা নংহৌদনা অদুম্মক তোকখ্রে। নঙগীসু অপেনবা ফংনবা লম্বী অদুদা চৎখ্রেদনা? করিসু কান্নবা নত্তেদা - নঙনা ঐঙোন্দা শাউবদো। ঐনা শাউরুবসু

কান্নদে। লেল্লিবা পুন্সি মরেল অসিদবু শাউরুবা য়ারিবরা? কনামত্তদসু শাউখিবা লৈতে। থম্মোয়গী ওইবা তমখিবা লায়না অমনা নাবদগী অসুম পঙখন খল্লুবা হায়বদুনী। মৈতৈ মচা অমা ওইনা পোক্লুবনা ইরমদমসিগী অশোয়বা কয়াবুদি নুংঙাইতবদগী খোয়দৌ শীক্লা নুংঙাইরুদবগী ৱাদনিদা। করিসু লৈবদি নত্তে - অৱাবা-নুংঙাইবা লৈত্রবদি পুন্সি হায়বমুক লৈরগ্নোই। খঙদে ইতোমতনা ফত্তবা ঙাক্তা খল্লবনরা? ঐসিবু ফত্তবা মীনুখাঙ হায়বদু ওইরবরা? নত্তে, মীনা ঙাওরে হায়রিবসিদি? অপীকপা কাখু অসিদা ফল্লগা কনাবুনো ঐনা চৈরিবসিবো? কনানা তাবীগদৌরি ? তাবিরবসু য়াই তাবীদ্রবসু য়াই, ঐসু ইনীং তম্না চৈজবা-ঙাংজবফাওবদি য়াইদনা? মতমসিগা চপ-চানবা মতমসিগী মীওইশিংবু ঐ শাউররোই। অসি ঙাক্তনি। থাজদবা শক্তম কয়া থেংনরকপা হায়বসিদি মশানা তাবনি। মসিদবু করিগী শাওরুগদৌরিবা? ঐবু করি ওইরদনা? কৈথেলদা সাইকল হুরানবা অঙাং অদুগী মমা-মপাবু কয়াম ফবা ওইরুগদগে? অদুবু পৈশা তানবনি। তোঙান-তোঙানবা মওংদা। অচৌ-অশাংনা তানবা পৈশাদুগুম ঐসু কদায়দগী তানবা ঙমগদগে? কনানা খঙনি। ৱাহং খরা পাউখুম খরা - পাউখুম ফংদবা ৱাহং খরা, সী মঙায় পুন্সি হায়ববু। নোংজুথাদা ৱারমগদবসি নোংয়ুবা ইমুংতনি, চেকয়ুমগী মপুদুনবু ৱাবিরমগদ্রদো। কনাদসু দোষ তৌজদ্রে অশাউবা পুম্নমক ৱিড্রো তৌজরে। ফংলেদনা ঐহাকসু মহাও অমদি অথাববু ওইরবসু অথুম্ববু ওইরবসু। লৈবাকসিগী মীকোক থিবদা ঐসু মনুংদি চল্লিদনা। খল্লুরগা নুংঙাইজে 'ঐসু মী ফাওবদি ওইজরি'।

# হিংনবগী লানফমদা লাইনীং লম্বী

এ, মরুপ নবা!

- হায়, সরত !

- কদোমদগীনো থাজদনা মফম অসিদা লৈবিরম্রিসিবো?

- থবক অমগী সুম লাকচবনি।

মতম কুইনা উন্নখিদ্রবা মরুপ সরত থেংনবদা ঐহাক য়াম্না হরাওখি মরমদি তাম্নবা লমদম অসিদা ইতোমতা চৎপা হায়বসি নুংঙাইবা থবক নত্তে। ইবানি ৱারী শান্ন-শান্ননা লাকপনা খোঙ লম্বী অমা খুন পাংনা চৎলিবা অদু য়ৌরে। মদুগী থরা মতাই ওইরপ্না কৈথেল অমা লৈ। কৈথেলদুদগী *কিলোমিটর* অমমুক চঙশিল্লকপা অদুৱাইদা লম্পাক মচা অমসু লৈরম্মী। য়েংবদা য়াম্না নুংশিবা তাম্নবা মফম অদুগী দৃশ্যশিং অদুনা পুক্নিং অসি ইনৌ নৌবগুম তৌরকখি। লম্পাক্কী মনিং থংবদা পীক্লবা ফূরা মচা অমা উরকখি। ফূরা অদুদা ময়েক শেংনা ইদুনা লৈরম্মী-

'শ্রীশ্রী চৈতন্য মহাপ্রভু

গৌরাঙ্গদাস

৺এ. গুলাব সিংহ'

ইতোমতা খঙহৌদনা শোন্দোকখি - 'শোয়দ্রে ওইরনি মচা নুপানা হায়রম্বা মফমদু। ফূরা অসিদা থারিবা অসি ওঝা গুলাবকী মিংনি' ঐগী মওং অদুদা চৎমীন্নরিবা ঐগী মরুপ সরতনা ঙক্না হায়রকই।

- ফূরা অসিদা অদুক মুন্না য়েংবিরিবা অদুবু...?

- ফূরা অসিগী মনাক্তনি ঐনা লাক্লিবসে ভায়।

- অদুদি ওঝা গুলাবকা খঙনবিবরো?

- হোয়।

- হোয়নে। মাসি ইম্ফালদগী হোংলকখিবনিনে।

পীক্তক্লা লৈরিবা ফূরা মচা অদু উরুবদা অর্থ লৈবা ওঝাগী ৱাঙাং, চমজবা শাজৎ পুম্নমক মথং-মথং নীংশিংলকখি। ঐগা খঙনবা মতমদা ওঝা গুলাবকী চহি হৌমু তরাক্লবা মোন তংহনগনি। ওঝানা ঐগা অয়াম্বা মতমদা ৱাকিং চৎমিন্নে। নোংমসু ৱাকিং চৎলুসি হায়দুনা ওঝাগা ঐগা অসুম থোকমিন্নরকখি। ওঝানা হায়রকখি—

- নুমিদাংৱাইরম ৱাকিং চথোকপসে য়াম্না কান্নবজাৎনি। চাবা থকপা নুংঙাই। ইবুংঙো নবা, ৱাকিংসি কংলাপার্কলোমদা হাইগৎলগা বজার মনুংদা চঙসিনা?

- ওঝাবু বজার মনুংদি মী য়াম্না চিনবসিদা নুংঙাইগদ্রো?

- হোয়নে হৌজিক কানসে খঙদ্রে মীগী মী ঙাক্তা ঙায়রে। অদুওইরবসু বজার মনুংদগী ময়াং হোটেল লৈবশিংদুদা করিনো অমদি চাবা য়াইদনা।

- মী হাঙবদনা নুংঙাইনিদা ওঝা।

- ফরে-ফরে নঙনা হায়বনা ফরে। চুম্না হেক্তা চৎলসি। হৱা চাবা চৎপা হায়বসিদি মী খরা হাঙবা লম্বীদা চৎপা হৌনৈ।

ঐখোয় অনি অসুম ঙাংনা-ঙাংনা লাকপনা ফনা শাংনা লাক্লে। হমাং খরা-খরা থোক্লরবনি। লম্বী-লমশাঙ লাকপগী হৌনবা ঐসু ৱারে, ওঝাসু ৱারম্লগনিদি খল্লি। অদুবু ৱাদি অমত্তা ঙাঙনদে। চৎপগী খোঙথাংদি অদুম্মক কন্না মচৎলি। ইতোমতা খল্লি 'ওঝাসে অহল ওইরবা চহী হুম্ফুতরা-মরিফু শুজরবসু চৎপদি য়াম্না কল্লি, মশা শেংনা হৌরকপজাৎনি' হায়না। ৱারক্লবরা করিনো কৌরকই-

- ইবুংঙো নবা।

- ওঝাবু।

- লম্বীসিবু পোৎফম ফম্বী, পান-দুকান কা অমত্তা উদেদা।

- ওঝাবু মাঙদা খরা চৎলগা পান-দুকান অমদি লৈরে।

- ও, ফরে-ফরে।

পান-দুকান অদু থোইদোক্লা অচা-অথক য়াওরমদে অদুবু জালীগী ফজরবা খাউ অমদা য়েরুম থন্না হাপ্লগা দুকানগী লৈতেং ওইদুনা লৈরম্মী।

মদু উবদা ওজানা-
- ইবেম্মা, য়েরুমসিদি ফজরেদা।
- হোয় পাবুং।
পান-দুকান ফম্বী নহা অদুনা তপ্পা মোমোন তৌনা খুম্মী।
- ইবেম্মা, নঙগীসিবু ফার্মলা খুল্লক্কীরা?
- খুল্লক্কীনি পাবুং। য়াম্না ফবনি ইনেহোয়দা কোকপনি।
- ইবুংঙো য়েরুমসি অনী লৌরসিদো? নঙগী অমা ঐগী অমা।
- ওঝাবু য়েরুমসিবু হাবা নুংঙাইবীগদ্রা? অফুৎপসু নত্তে।
- এ, ইবুংঙো নবা, শান্নবা চৎলিবা নহারোল শঙ্গু-শঙ্গু য়েরুমসে থক-থক থকচিল্লগা চৎলিবনি। হকচাং ফখ্রপোৎনি। ঐখোয়না ঙসায়দগী চৎলিসে মহোয় নহারোলনা শান্নবদগী হেল্লবনি।
ঐদি তুমিন্না লৈরে। ওঝানা পান-দুকান ফম্বীদুদা ওনশিল্লগা হায়রকই-
- ইবেম্মা, নঙগী য়েরুমসে কয়া-কয়া পী হায়বা? অনী লৌরগে।
- ওঝাবু পৈশাদি ঐ পীজরগে।
ঐনা লুপা তরা চৎপী অমা পুথোক্লগা পী। ওঝাগা ঐগা ঙাঙনরিবা মতৌ অদু উবদা নুপী অদু পুমঙক ঙকখ্রবজাৎনি। ৱা-লান ঙাঙদবমখৈ তুমিন্না ঐখোয়গী ইতৌ অদু য়েংদুনা লৈখ্রে। ঙাইহাক্তি মফম অদু উন-ৱাইমুক চীকই। অচীকপা থুগায়রদুনা দুকানগী নাকল ওইরপ ফল্লিবা পাখংমচাশিংদুনা মখোয়গী ৱারীদা ওইরমাল্লে হৌনা নোক্লকখি। খরা অমনা ঐখোয়দা য়েংলকই। ওঝাদি পুম্নমকসে করিসু খৌশারুদনা খুইরবা মখুৎ নামনা য়েরুম অদু পায়রগা খুৎ নামা অমনা য়াম্না হৈশিংনা তেক-তেক কাপ্লগা মতোল খজিক্তুং থুগায়রগা মীৎনা কুপ্পদা ফৎ থকচীনখ্রে। ঐসু ঙক্কা য়েংই। পানদুকান ফম্বী অমদি পাখংমচাশিং অদুসু য়েংঙি। ওঝানা তপ্পা হায়রকই—
- নঙগীদুসু থকচীল্লোদনা। নঙবু হৈনদরবরো?
- য়ানি ওঝাবু।
য়েরুম থকপা লোইরগা য়ুম্নোমদা হল্লসি হায়দুনা ৱারী শানা-শানা লাকপদা খঙহৌদনা ঐখোয়গী নাকন্দগী কৌরকখি —

- ওঝাবু জয়-জয়। কদোমদা লেঙবীরুরিবনো?

মীয়ায় চল্লবী মৌনহা পার্টি অমনা ওঝাবু উবদা য়াম্না হরাওনা খুরুমজে। ওঝানসু 'জয়-জয়' হায়না ওকই। মৌশিংদু য়েংবদা মশা নাল্লি, মমায় নাল্লি। ওফিসকী থবক তৌবীদি মান্দে। ঈশৈ শকপী পালা কাঙবু ওইবজাৎলা খল্লি। চুম্রে, ঐনা খল্লুবদুমক চুম্রে। ঈশৈ শকপী পলা কাঙবু ওইরমালে।

- ওঝাবু হন্দক্কী ঝুলোন অসিগীদি ওঝাগী নাক্তা লাকচরগদবনিকো।

- এ লাকউ-লাকউ য়ানি।

- ওঝাবু হৌজিক কানগী ঈশৈ শকপী মৌনহা মচাশিংসে অমুক্তা কাপ্নগে।

- তৌসি-তৌসি। ঈশৈ ফজ-ফজবা য়াম্না লৈ। খোনলৈ চুম্না নিংথিনা শক্লবদবু হৌজিক্কানগী মৌনহা মচানা করিগী হেনগদৌরিবনো?

- মানী ওঝাবু, ওঝাগী থৌজান্দগী ঐখোয়না মীমাঙ থোকপা ঙমজরিবনি।

- ফরে-ফরে, ইবেম্মখোয় লেংঙো। ঐসু হকচাংসে খরা কন্নবা ব্রাকিং চৎলিবনি।

- ইবুংঙোসিদি কনানো?

মৌনহা অমনা ঐঙোন্দা ওনশিল্লগা হংলকখি।

- ঐ সুম ওঝাগা ব্রাকিং চৎচবনি।

- ইবুংঙো ওঝাসে লুনা লোয়নৌকো। মমল য়ামথ্রবা ওঝানি। ওঝাবু অমুক য়ৌজরে।

চাউথোকচৈ থম্মোযদা, খল্লি— অসুক মগুন লৈরবা ওঝা অমগা ঐগা তিন্নজবা অসে লাইবক ফরবনি। খন্না-খন্না ঐসু ওঝাদা ওনশিন্দুনা হংলুই।

- ওঝাবু, লাইনিং লম্বীদি হোংবিরে হাযববু গৌরগী ঈশৈদি অদুম্মক তম্বীরিবরা?

- এ ইবুংঙো, নঙনা খঙলিবদুনি ঐদি পুম্নমকসে থাদোক্লবনি অদুদা ঈশৈ শকপীশিংসিনা মরোল অমা ঈশৈ তম্বীদবা য়াদে, ওঝা ঈশৈ মতেক অমত্তা তান্নজগে লাকচবনি হায়বসিদা নুংঙাইতদনা খরা সুম তম্বীবনি।

য়েংউ, নোংচুপ থংরা মায়কৈদা ঙাল্লিবা লৈচীনগী মরক্তা নুমীৎকী মঙালনা য়েবদা মচু কয়ানা পূল্লগা লৈরিবা, মসিদি ফাওরবা লাইয়েকপগী তুলিনা য়েকপতনা ৱাৎলগদবা অতিয়াগী মচুনিনে ইবুংঙো। মসি পুম্ন মক শিদবা মপু মাগী খুৎশেম ঙাক্তনিদো।

খঙহৌদনা মাঙলোমদগী কৌরকখি —

- নমস্তে ওঝাবু, নমস্তে। হরে-হরে, জয়-জয়। ওঝাবু কদোমদা লেঙবীরুরিবনো?

- ইবুংঙো, ঐ সুম হৱা চাবা চখোকচরুবনি। করি তাকপীগদবা?

- লম্বী ৱানি খন্দুনা ৱারৌবদি য়াদে। সুম হেক্তা হঙ্গৎচরগে।

- এ হায়য়ু-হায়য়ু।

- মথংগী তাং কুন অসিদা ওল মণিপুরগী ওইবা নট-সংকৃর্ত্তন, রাগ-রাগিনি, পুঙ-চোলোমনচিংবগী মরমদা ময়াম পূন্না খন্নমিন্নসি হায়বগা লোয়ন-লোয়ননা ইন্দিয়া গভর্নমেন্টকী মখাদা মণিপুর কো-ওপরেটিব কলচরেল ফোরম নট সংকৃর্ত্তন গ্রুপনা শিঞ্জ-লাঙজদুনা 'নট-সংকৃর্ত্তন অমদি মৈতৈ ঈশৈ' হায়বা খন্ন-নৈনবগী থৌরম অমা পাঙথোকচগদৌরি। মসিদা মায়কৈ অমত্তগী কাঙবু খক্তনা পাঙথোকপবুদি লম্বী অনীমক্তা ঈখঙ-খঙবীরবা ওঝানা য়াওবীরবদি লংদাইগনি খঞ্জবদগী ওঝাদা নিমন্ত্রন অমত্তং কৎচগে খন্দুনা লাকচবনি। লম্বীদা ওইনা থেংনজরে। হেক্তা কৎচরম্মগে হায়ববু?

- এ য়ারে-য়ারে।

মখোয় চৎখ্রবদা ঐঙোন্দা অমুক ওনশিল্লগা হায়রকই—

- ইবুংঙো নবা, চহী মতাংসিগা তৌগদবা থবক্লা ৱাৎলিবা।

নহান্না নহা ওইরিঙৈদা হেক তৌরম্লবদিকো খল্লকই। অদুবু ইবুংঙো য়েংউনে-আ- বিলদিংসিগী মমাঙদা হৌরিবা পাম্বীসে ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা, বজার মনুংদ গী চুরুপ উপু খূল্লুরগা মখোঙদা শান্নরম্মীদো। মতমদুদদি খল্লুদে ইবুংঙো ঐখোয়সু অহল ওইরক্কনি হায়বসে।

- ওঝাবু অহল ওইরবা মতমসিদদি ৱাখলসিবু করি-করি খনবীবগে?

- ইবুংঙো অহল ওইরক্লবা ঐখোয়না খল্লিবদি ৱাদনা শিজবা, অৱাবা ফংহনবিগনু হায়দনা লাই নীংলিবনিনে।
- ওঝা, লাই নিংবসিবু মানা-মানা পাম্বা লাই নীংলবসু অদুম্মক থুংবজাংলা?
- লাই নীংবদা, মানা-মানা পাম্বা ধর্ম্ম চৎপদা অদুম্মক কায়দবজাৎনি। তৌবতবু মশানা মশাবু মশক খঙনা নীংজবা তাবা। মালেমসিদা ধর্ম্মগী ওইবা লান থোক্তনবা হোৎনগদবনি। কনাগী শিখ, মুসলিম, হিন্দু, মৈতৈ, পঞ্জাবী ধর্ম্ম খুদিংমক্কী মীওইশিংসি লোইনা শিখিগদবা ঙাক্তনি। তাইবঙ মী হায়বসিনা তৌরিবসে অঙকপনি ইবুংঙো। ঐসু গৌর লোইনা থাদোক্লিবসিনি। ঙাইখো, ইবুংঙোদি জপান লান থেংনহৌরা?
- কদায়দগী লান মতুংদা পোকপনি ওঝা।
- লান লোইরবা মতুংদনি ঐনা গৌরগী ঈশৈ কন্না তৌরকখিবসে। লাই-গুরু ওঝাশিংগী মতুং ইন্দুনা কনাগী শোরাৎ, লুহোংবা, ফীরোই, নাহুৎপা লোইনা চৎলি। ওঝাশিংদো নুংশিদা - ওঝা লুখোই, ওঝা তোমচৌ, ওঝা বুদ্ধি - ওঝাশিংদুনা খুৎ পায়দুনা তম্বীরকখিবনিদো।
- ওঝাবু নট সংকৃর্ত্তনগা মৈতৈ ঈশৈগা অনিসিবু...?
- ইবুংঙো, অনিসি কদায়দা খেন্নবা হায়বসে ওঝাশিংনা মুন্না তাকপীরম্মিদো। ওঝাশিংনা তাকপীরম্বদগীনিনে ঐনা ঙসি মৈতৈ ঈশৈ শকপা ঙম্লিবসে।
- ওঝা, নট সংকৃর্ত্তন শকপা ওঝা অরিবশিংসি মৈতৈগী ঈশৈসু শকপা হৈজাৎনিনে?
- করি ৱানো ইবুংঙো, থায়না ওঝা অঙৌ হায়দনা অমা লৈরম্মী। জগোয় রাস চৎমীন্নে জিরীরোমদনি। নোংমা নুমিদাং অমা ওজাসিনা খুলঙ ঈশৈ অমা শক্কৎলকপবু - তোনু লাইজিংলেম্বীগী মতাংনি। ইবুংঙো জিরী বাজারদা তাহৌবা কাঙবুনা অমুক্তংগা শকপীদবা য়াদে হায়দনা ইবুংঙো। নুংশিদা, ওঝা অঙৌ নন্দ শাবদা, অভিরাম শাবদা মমিং চৎলম্মিবনিদো। ইবুংঙো নবা।

- ওঝাবু।

- ঙাইখোনেহে, ইবুংঙোদি মৈতৈগী লাইরিক অরিবা খোমজীনবা, লোনগী মতাংদসু নৈনরিবনি। অদুবু ইবুংঙো ঐখোয়গী লৈজরিবা পুয়াশিংসে লোইনা পাবা ঙমদেনে, মমেঙা মখা অনি অহুম শুবনরা খঙদরে। নখোয়না কন্না হোৎনবা তাবনি। ময়েক্কী লমদা অদুগা লৈরিবা অরিবা ব্রাহ্মণগী ব্রাহ্মোকশিংসে মতম খরা লৈরগদি কনানসু ব্রাহ্মোক পীবা ঙম্নরোইদবনি। হৌজিক খরা লৈহৌরিবা অহল-লমনশিংসিনা মরক-মরক্তা শঙলেম্দা লেঙবীরকইঙৈসিদা হংজহৌগদবনি। মৈতৈ ঐখোয়গী লৈরিবা লাইনিং-লাইশোন ময়ামদু ময়েক শেংনা খঙহৌনবা। অরোইবা মতমনা লাক্লবদা থবায়গা হকচাংগা খাইনরবদা অমাইবনা - 'অমনবা হকচাং পোলাং থাদোক্লম্মগা - হে থবায়, তাইবঙ মপুগী লৈকোন্দা লৈরাং লৈনম ওইনা তিনখ্রসনু' হায়রিবসে নুংশিত্র পোৎনিনে ইবুংঙো।

- ওঝাদি হান্না গৌর চৎলম্মী হায়ববু থাজদ্রেনে।

- লিন্না মখুন চঙলমদাইদা চুম্মী হায়নবগুম অহল মতম ওইরক্লবসিদা মৈতৈ ওইনা পোক্লুরবনিনা লাইনিং লম্বী অসি হোংলবনি। ইবুংঙো তাইবঙ মী অমা শিবদা হিংহৌরিবা মীওইশিংনা মাগী-মাগী ওইবা ধর্ম্মগী থৌরম পাঙথোক্লরিবনি। মসি চৎনবীনি। চৎনবীগী ব্রাংমদা কনাসু করিসু তৌদে।

- ওঝাবু, অহল ওইরে হায়দনা শিবগী ব্রারী হৌদোকপীরক্লিবসিবু...

- ইবুংঙো অহলগী ব্রা নত্তে। শিবু শিরবদি - আ লম্বোইগেরা-লম্বোইরোইরা নত্রগা মৈতৈগী সনামহীগী ওইগেরা খঙদে,ইবুংঙো মণিপুরদা তৌনরিবসি মহা লান্নি। নখোয়দি নহানিনা য়াওদ্রি ঐখোয়দি অহন্নিনা চেনবা য়াদে। লুপ্লেদা ইবুংঙো।

অসিগুম্বা ওঝাগী মমল য়াম্রবা ব্রাহ্মণশিং, কাউঙমদ্রবা নোংমদুগী ব্রাকিং চৎমিন্নখিবা নীংশিংলিঙৈ মরুপ সরতনা খঙহৌদনা হায়রকখি–

- মরুপ্পু ওঝাগা করি থোক্লবিবগে?

- করিসু খোক্লদে। মহাক ঐগা তিন্নজবা অহল অমনি।

ঙসায়মখৈ লেপ্তুনা লাকপনা ফূরা মনাক অদু য়ৌরক্লে। ওঝানা অরোইবা য়াহিপ তানখিবা মফম অদুদা চঙশিন্দুনা - 'ওঝা নচানা শেংলবা মৈরা অসিমত্তং কন্দবশিনা ওঝাগী মমাংগা তাইবঙ মপুগী লৈকোন্দা লৈরাং লৈনম ওইনা তিনখ্রসনু' হায়দুনা খুরুমজরে। মরুপ সরতনা হায়রকই-

- মরুপ য়ুমদা ঙাইহাক্তং লেঙশিল্লুখিসি। চা গ্লাস অমত্তং থকমীন্নসি।

ঐহাক মরুপ্তুনা চা থকসি হায়বদো থোইদোক্লা খল্লুবা তৌদে। ওঝাগী রাখলদা লুপলি। খঙনীংবনসু লাঙতক্লে - 'ঐখোয় ওঝা গুলাবকী ফূরা অসিবু মফম অসিদা কমদৌনা শারিবনো' হায়না। মরুপকী য়ুমদা চঙলগা তপ্না চা থক্লিদৌ হংলগে খন্দুনা চা থকপা চঙবা য়ারে। ঐখোয় অনী মাগী কাদা চঙদুনা চা থক্লিঙৈদুদা ঐনা হংখি—

- মরুপ, ওঝা গুলাবকী ফূরা অসিবু কনানা শাবনো?

- ঐখোয় খুন্না শাবনি। ওঝাসী ঐনা সুম থেংনজবদা সোরাংকী, লুহোংবগী, ফীরোইগী ঈশৈসে ফজনা শকপজাৎনি। বেঙ্গোলিদা শকপনিনা ঐনা অর্থ লৌশিনবা হৈত্রবসু ফজনা শক্লে হায়বফাওবদি খঙলে। ঐখোয় খুনগী অহল-লমনশিংনদি ওঝা সীবু হান্না খঙবজাৎনি। ঐখোয়দি নহানিনা কয়া থোইনা খঙদবা। অহল মতম ওইরবা ওঝানা খুল অসিদা খুদোল ওইনা পীবিরম্বা মপাল নাইদ্রবা নট-সংকৃর্ত্তনগী মশক অদো হৌজিকফাওবা কাউনদ্রিবনি। অদুদসু নত্তনা খুবাক ঈশৈ, বাসোক, নুপী পালা তোঙান-তোঙানবা কলা কয়াদা নিংখিনা তম্বীরম্বনি। মরুপ্পা ওঝাসীবু করম্না তিন্নরিবনো?

- ওঝা অসি ঐনা খঙনজহৌবা চহি অনী-অহুমতনি। ঐনা লোয়নবদি মৈতৈগী ওইবা অরিবা রাহৈগী রাহহোক হংজবা, নাৎকী ওইবা লাইনিং-লাইশোন তান্নজবনি। মরুপ সরত, ফূরাসিবু মতৌ করম্না শাখিবনো?

- খুনসিগী অহল-লমন নুপী অঙাং ময়াম্না য়াউশংগী হোলি, ঝুলোনগী ঈশৈ, কাংগী পালা, দুর্গা পুজাগী লাইফম কয়াদা মখোয়-মখোয়না চৎলুবদা ওঝাসিগী মপান্না মায় পাক্লকপগী নুংঙাইবা ফোঙদোকপা ওইনা

ওঝাগী মফমদা অঙন্বা খুদোল খরদং কচ্চগে হায়না হায়জবদগী ক্লবনা শীল্লগা ওঝা গুলাবপু ক্লব ফাওবদং লেঙথোকপিরক্লবা হায়জরুই। ওঝানা লমহাঙ অসি ফাওদুনা লাকপদা ফূরা শারিবা মফম অসিদা জ্ঞান মাঙদুনা লেকথখি। ওঝাগী অরোইবা য়াহিপ তানখিবা মফমসিদা ওঝাবু নীংশিংজবা ওইনা ফূরা অসি শাখিবনি।

- য়াম নুংঙাইজরে। তান চানা মরুপকা খেংনজদুনা ওঝাগী অরোইবা মতমগী ৱারি তাজবসে। ঐসু অমুক য়ৌজরগে।

- ফরে মরুপ য়ৌবীরো।

মরুপকী য়ুমদগী অসুম তপ্না-তপ্না খোরকপদা লৱীগী নাকন্দা লৈরিবা ওঝাগী ফূরা অসিনা অমুকসু নীংশিংহল্লি - ঐনা বেঙ্গলোরদা ট্রেনিং চৎলমদাইগী মতমদা নোংমা -

- ইবুংঙো, ঐহাক গৌরগী ঈশৈ শকপা অমুক হৌরনি।

- ব:রিনো হায়বিরিসিবো ওঝা?

ওঝানা তপ্না অৱাবা শকফমদা হায়রকই।

- ইবুংঙো শেন পায়দ্রে। মণিপুরদা হৌজিক মৈতৈ মরুপকী ঈশৈ শকপা হিংখিরোই । সনামহি চৎপা কাঙবুদি চাম্মদা তরা য়ৌদরি, গৌর চৎপদি চাম্মদা মরিফুতরা লৈরিবনি। ইবুংঙো অনকপা ইম্ফাল স্বায়দদি তৌররোই, আ-মখা মায়কৈদা। ইচা য়াম্বনিনা চানবা য়াম্মী পৈশা তান্দবা য়াদ্রে।

ওহোকপনি, হিংননবগী লানফমদা ওঝা অসিনা হোৎনরল্লিবা - নীংঙমখিদে খল্লুবদা। ওঝাগী মফমদা হংজগে খনবা ৱাহন্থোক অমদি ৱাৎহৌরে-

'লাংবন খোইমু খোইদান্নবা
হং হায়বা খোঞ্জেন্না
থৱায় মিরেন হাপলি।'

# নুংশিবা

বোম-তোপ-নোংমৈ কাপ্পরগতা লান নত্তে। তাইবঙ পানবসিদা থোক্লিবা লান অসি মখল য়ামখ্রে - পুক্কী লান, রাখলগী লান, কারবারগী লান, ধর্ম্মগী লান, নুংশিবগী লান। ওহোক-ওহোকপা মখলগী লান্নি । ঙসি ঐখোয়না থেংনরিবা ময়ামসিগী মনুংদা নুংশিবগী লানসিবু অদুম্মক কনবা মাল্লি। লানফমসিদবু চঙলুরবা মীদু মায়থিবা নত্রগা মায়পাকপা হায়বসিবদি শোয়দ্রবনি হায়বা খঙনা-খঙনা মথৌনা লৈনা-লৈনা চঙশিন্নে।

সনাতোম্বীবু পামজবা পাখং কয়াসুনি লানফমদা মমায় লৈশিল্লক্লিবা। সনাতোম্বী লাইরিক লাইশু ফজনা হৈরবী, মতমগী ঈরাং য়ৌনা খঙলবী, ঈনাক-কৈরাক খুনবা ইমুংগী মচানি। মঙোন্দা নুংশি হায়রবা পাখং মশীং খঙদে অদুবু মহাক্না থরায়না তাজবা পাখংদি ঈয়াও-য়াওদে। করমনো লানফমদবু মায়কৈ অনি শুদ্রবদি নান করম্না য়াগদগে পাখংলবনি অদুবু শোয়বা য়াদে ঈশ্বরগী খুৎশেম 'মরিংনা শাবা শঙবায়বু নামা হাঙনা শাবরা' হায়বদু নীংশিংলকই। সুন্দর মমিংতা ফজবা ওইরমদ্রে সনাতোম্বীগী মমিত্তদি হৌবদগী লোইবফাওবা লোইনা ফজদুনা লৈরমলে।

ঈনাক-কৈরাক খুনবা, জীপ-কার তোংবা পাখং ময়াম্বুদি নুংশিরুদ্রগা লায়রবা একাগাড়ী অতেকপা তোংবা সুন্দরদা সনাতোম্বীগী থম্মোয়সু লেপখ্রে। করিবু খল্লমগনি ঈনাক-খুনবা পাখংশিং, মথম্মোয় খুত্তুম শু সুন্দরবুদি শোয়দনা রারৌরমগনি। সনাতোম্বীগী মমা-মপানদি মাবু নুংঙাই-য়াইফবা ইমুংদা থাজনিংই। কাক-কাক খত্তুনা অফবতা খিরগা জয় হায়বা ইনাক খুনবা অমগী মচাদা থাজ-য়োঞ্জনবা হায়ন-শীংনবা লোইখ্রে। মচানুপীগী থম্মোয় খঙলবদা মমান্নবীশিংদা কয়া অমা হায়হন্দুনা থেম্ননবা হোৎনৈ। সনাতোম্বীনা য়াবা কৌবা লৈতে। করি মন্ত্রবু তৌথ্রবনো সুন্দরনা।

মচা কৌবনিনা থীনা হেক ঙাংলুরগসু করি ফত্ত-নুংদা খোংখিগদগে চিংনজে। লোন্না কয়া ফোংনা কয়া মচানুপীবু থেম্বা হৌনবা থেন্নবনি য়াবা কৌবা লৈত্রবদা নমদুনা হেক্তা লুহোংথোকপীরগে 'হৌদোঙদসু লৈমীন্নরবদি নুংশিনরকই' হায়বা লৈ খন্দুনা লুহোংনবা

নুমীৎ লেপনখ্রে। উপাই লৈতে সনাতোম্বী করি তৌবা তাই, সুন্দরদা করিগুম্বা চেনখিবা তাব্রবসু মমা-মপানা মীগী মমাঙদা চেপহৌগদবদু খল্লুবদা ঙগ্রোইদৌরি। পীক্লিঙেদগী মাবু চাউনবা য়োকপী-থাকপীরকপা মমা-মপাগা সুন্দরগা করম্বনা হেন্না কনবগে হায়বদু সনাতোম্বী খনবদা ৱানা থোক্লবা তাঞ্জানি। মতমদি ঙাইবীয়ু য়াদবনিনা অসুম অসুম হৌজিনখি। নুমীৎ অফবা য়েংদুনা পক্ল-ৱায়নবা য়েংলগা হৈজীংপোৎ নুমীৎসু লেপখ্রে। মখোয়না পোকপীরবনি হায়দুনা মহাক্কী অপাম্বা অমত্তসু য়েংবীদনা মখোয়গী অনীংবতা পাঙথোক্কে খল্লিবা মমা-মপাগী মায় ঙাক্লরোই খল্লমাল্লে, নোংমা সুন্দরগা উন্নখি।

- ঐ লুহোংঙ্গদৌরে।
- ঐসু তারবনি। মদুনা ফরেদা। ইমাখোয়না হায়বা ইল্লো।
- ঐদি মদু ঙগ্রোই । কয়ারক খল্লবা মতুংদা নঙোন্দা ৱাসি হৌদোক্লিবনি।
- ঙমদবা য়াদবনি। নহাক লুহোংখ্রো।
- ঐ সুকঙম ঙগ্রোই। ঙসিমক ইবানি চেল্লসি।
- মদু য়াদে সনাতোম্বী। নঙনা খঙলিবদুনি। পৈশা থোক্তবা নঙ ঐনা করম্না হিঙ্গনি?
- থোকঅবা হায়বদুনি। মদু খন্দুনা লৈরবদি ইবানি করম্না থুংনগনি ?
- থুংনবা ঙাক্তনা নুংশিনবা নত্তে সনাতোম্বী। ঐনা নঙবু নুংশিবদি নহাক্না লুহোংখ্রবসু অদুম্মক লেঙলোই।

ফনা য়াম্না হায়রবা ফাওবা সুন্দর য়াবা কৌবা লৈখিদরে। ফোঙদোক্ত্রিঙে খরবু য়াংলম্মী ফোঙদোক্লরবা মতুংসিদদি হেন্না লূম্বা পোৎলুম ওইখ্রে সনাতোম্বী। উপাইদি করি লৈরি য়াগদবা নুপানা য়াদ্রবদা অরেম্বনি হায়জবা পুম্বা। ওহোক্লসু তোল্লি নুপী ওইবীগী মপোক। নুপা ওইরম্রবদি নমদুনা চেল্লম্বসু য়াই। অঙকপনি সুন্দরগী ৱাখলসু থম্মোয় কনমল্লি। তৌববুদি পৈশা য়াওদ্রবদি নুংশিনবগী মগুন মাঙশিল্লক্কনি কিবনা ওইরম্বসু য়াই।

হৈজিংপোৎ নুমীৎনি। লম-তু নান্না শেংদোক্তুনা য়ুম-কৈ লৈতেং তৌরদুনা নুপা ময়ুমগী মী লাকপা ঙাইদুনা লৈনরে। লৈকায়গী অহল-লমন নুপী-অঙাং কয়া অমা ফম্বা য়াও লেপ্পা য়াও নুপা ময়ুমগী মী লাকপতবু খৌরাংনা ঙাইনরি। লাঙনরকই- 'লাকএ-লাকএ'।

ময়াম কোঙ্খোঙলোমদগী মরী-মরী চঙনরকই। পুরকপা পোৎ ময়ামদু থম্লগা মাগী-মাগী ফমফমদা লোইনা ফম্লখ্রে। নুপা ময়ুমগী মীগী নুপী ময়ুমগী মীগা শকখঙ-মায়খঙনদুনা হৈ-রা, কবোক-হৈবোক য়েনবা হৌরক্লে। সনাতোম্বী মফী-মরোল য়াম্না নান্না সনা-ও, লুপা-ও ইমুংলোমদগী পরপ-পরপ থোরকই। 'করিনো-করিনো' ময়াম পুন্নমক মুরুম-মুরুম শোন্লে। ময়াম মরক্তা চঙলক্লগা 'ঐগীসু কবোক পীরকউ' হায়রুই অরাঙফমদা। ময়াম চঙদুনা 'চংঙো ইবেম্মা' হায়রুববু 'চংঙোই ইকুবোক্কা ইনেবোক্কা য়েঙ্গে তৌনি' হায়দুনা লেপ্তুনা লৈথোকখ্রে। মমাদি জ্ঞান মাঙদুনা বাহুখিবদগী ইমুংদা পুশিন্দুনা লায়কন্নখি। নুপাগী মপানা হায়রকই - 'অঙাংসি ফনবা হান্না অমুক্তা য়েংখিসি, লুহোংবসি লৈথোক্তবা য়াররোই'। ময়াম পুন্নমক ফুক-ফুক হৌগৎনখি। অদুক যাত্রম্বা মীয়ামদু ইতাক তাক্লে অরাঙফমতা ঙায়হৌরে। অরাঙভমদা চঙশিন্দুনা হায়রুই - 'সীনা ফত্রা খুরা?' পাউখুম পীবগী মহুত্তা নীংশিংলকখি অরাঙভমদু নোংমা মানা মরুপ অমগা মরৈ য়েৎনখিবা-

- চাওখৎলে হায়রিবসি বিজ্ঞান অসিনা নুংশিববুদি পুথোকপা ঙমদেনেকো।

- ঙম্মীবু মরুপ।

- করমহায়না?

- ইঞ্জিন পানবা গাড়ীশিংসি বিজ্ঞান্না পুথোকপনিনে নত্রো?

- উম মান্নি। অদু কৈদৌরবা?

- হৌজিক মতমদা গাড়ী অমবু থৌরবদি নুংশিবসিদি লায়না ফংলেদা। মসিবু নুংশিবা পুথোকপা নত্রো?

- হেরা মরুপ, মদুগী নুংশিবদুদি কল্লকপা মীহৌবনা শাবা নুংশিবনি। অশেংবা নুংশিবা নত্তে নক্কলিনি। ইঞ্জিন্দুনা মাঙখিবদা নুংশিবদুসু মাঙখিনি।

অরাঙভম জ্ঞান মল্লুই ঙাইহাক। বাখলগী মঙলান অমদা তাউরুই। শোঞ্জখি মতোমতা - 'চুম্মী চুম্মী বিজ্ঞান্না নুংশিবা শাবা ঙমদে'। অমুকসু খল্লুই - 'সনাতোম্বীসিবু তশেংনা ঙাওরবা জাৎলনে?'

## মকু মঙ

নোংমা ধর্ম্মা লৈবা অহল অমনা হায় 'জীব হাৎকনু অঙাংশা, হূই হাৎলগা হয়েংমুক্কী মপোক্তা হূই ওইনা পোকই, হৌদোঙ হাৎলগা হৌদোঙ ওইনা, ষন হাৎলগা ষন ওইনা।' নুমীত্তুদা অঙাং অমনা খুমখিবা ঐসু হৌজিকফাওবা জ্ঞান তাদনা লৈরি - 'অদুদি ঐনা মী হাৎলুরবদি মী ওইনা পোক্কদ্রা?' কয়াতা চম্না ফজখ্রবা ৱাহংদো?

অহল হায়বসিদি লৌশিং লৈরবা জ্ঞানগী পুক্কে ওইরবনি মখোয়না হায়বা ৱাদি অচুম্বা ঙাক্তা ওইগনি হায়বা থাজবা অঙাং অদু ঙসিদি মী হাৎপদা হালেংবা লৈত্রবা নুপা অমা ওইররে। মহাক্কীদু হয়েংমুক্কী মপোক্তা মী ওইনা পোক্লবা হোৎপা অঙ্ক মাল্লি।

হয়েংমুক্কী মপোক হায়বা অমা লৈ হায়বসিবু খঙবা মী কনা-কনা য়াওরবজাৎনো খঙদে। নহানমুক্কী মপোক খঙবা অমতংদি উন্ননিংবনি। হয়েং শিরগা স্বর্গ কানবা অফ-অফবা কর্ম্ম ঙাক্তা তৌজরিবা কাঙবুদুবু তশেংনমক হেক স্বর্গ কাবজাৎলা? স্বর্গ কারুরবা কনাগুম্বকা য়াওরমদুনা পাউ তম্লবা য়াওরবদি পুথোক্লগা ফত্তবা তৌরিবা মীয়াম্বুসু তাহনবা অমা দরকার লৈবজাৎনি।

অঙাং ওইরিঙৈদা তাখিবা ৱাখলগী মমি কোকপা ঙমদ্রবা নুপা অদু ঙসিদি ময়ুমদা অয়াম্বা লৈবা ফংদ্রে। জেলদা খরা লৈ, লমদা লোত্তুনা খরা লৈ, নুংঙাইবা হায়বদু ফংজদ্রে, হয়েংমুক্কী মপোক্কীদমক খনবদা। ওহোকপা হায়বদুনি মপোক অমগীদমক মপোক অমনা ৱারিবা, অমম্বগীদমক অঙানবা মানা ৱারিবা। নোংমা ফাদোক লোন্না লাকপদা মচম্নুপী অতোম্বীদুনা হায়জে - 'তামো, নঙ অদুম্মায়না ফত্তবা থবক তৌরনুবা।'

'ফত্তবা থবক নত্তেনে মেমা, ঐনা তৌরিসে। নঙসু হয়েং চাউরগা খঙলক্কনি।'

অঙাং ওইরিঙৈগী লান্না লমজিংখিবা ৱাখলননি খঙদে চাউরক্লবা মতমগী পেন্দবা কয়ানা পুখিবননি খঙদে করিনো অমদি ওইরে মাগী ৱাখল। মীওইবগী থম্মোয়বু কনানা মশক খঙবা ঙম্লুগদগে। ময়ামগী মিৎয়েংদদি মহাক মীদি হাৎলেগু সমাজনা অমদি নিয়ম্না য়াদবা মীশক অমা হায়বদুদি মওইরে। অচম্বা মী হাৎপবুদি অচৌ-অশাং লৈবাক্কী মন্ত্রি ফম্নাইবশিং হাৎলবদি অমুক্কা হেন্না অফবা মপোক ওইরক্কনি খল্লব্রা খঙদে হন্দক্তি অচৌ-অশাং পৈশা পায়বা ঙাক্তা খল্ল-খল্লগা হাৎপা হৌরক্রে। মীচম  হাৎলিঙে খরা ফরম্মী, অচৌ-অশাং মন্ত্রি ফম্নাইবা য়াওরক্লবদুদি মহাকপু 'ৱাস্তেদ' তা থমখ্রে। মহাকপু ফাবা ঙম্বা মীওইদা লুপা লাক্ষ অনী পীগনি হায়না সরকারনা লাউথোকখ্রে। খবর-কাগজ কয়া অমদি রেডিও টেলিভিজন কয়াদগী পাউ ফংনদবা মী লৈত্রে। অদুবু কনানসু মাবু ফাবদি ঙমদরি।

পৈশা ফংনিংদবা মীদি লৈতবজাৎনি, মতাং-মতম অমদি মফমনা য়াদবগী ৱাতনি। মতাংচারে খল্লুরমাল্লে মাবু লুনা চান্না তৌজবী মচন্নুপী অতোম্বী মবুংনা মরক-মরক লোন্না লাকপা ঙাইদুনা লৈখরে। কয়াতা ঙম্লিবা মীওইবগী থম্মোয়নো - পৈশাগা মবুংগা ওম্বোক্লরগে খনখরে। মশা-মশাগী ওইজবা তানবদা মমা-মপা, মবুং-মৌম্বা করিসু নত্তে কনাসু নত্তে। মসিদবু করিসু থোক্লদবা লৈবাক্কী মপী-মপা ওইবশিংনদি প্রজাগী করিবু খনবীরুগনি। মসিদা শাউনিংঙাই থোইনবু লৈতবজাৎনি।

নোংমা থেঙলবা মীচিক-মীরাওখোল তাদ্রবা অহিং অমদনি নুপা অদু হান্নগুম লোন্না মচন্নুপীগী কাদা থোঙ হাংননবা কৌরকখি। নুমীত্তুদবু খৌরাংনা ঙাইরক্লবা মচন্নুপী মবুংগী  মখোল তাবদা তুমীন্না থোঙ হাংদোক্লুই। 'তামো, ইমুঙদা চঙলকও।'

ইমুঙদা চঙলগা ফম্মী ফমুং মথক্তা। নহানমখৈগা ইমান-মান্নদবা মাইথোং অমদি মচন্নুপীগী মফমদা উবা ফংঙি। লময়ায়দা চরাংননা কাতু-কারন চৎলিবি মচন্নুপীবু য়েংলগা হায়রকই-

'কৈদৌরে মেমা? লাউ ৱারী শাসি।'

'উম শাসি।'

'কদায় চত্তোইনো?'

'অসোম ফাদা।'

হান্নগা মান্নদবা মতৌদা চিংনরদুনা মচন্না চঙখিবা কা অদোমদা লোন্না য়েংলুই। মনা থাঙ্গৎতুনা তারুই। তাহৈদবা তাবা ঙমদবা ৱাঙাংনি তারকই তুমীন্না।

'হৌজিকমক, সিদনে, য়ুমদনে, ঐগী য়ুমসিদা, কুইথরগদি চৎখিবনা হানবা য়াই, উম।' ফোন থমখি। খঙলে মহাকপু ফাননবা পাউ পীবনি। নীংশিংলকই ঙাইহাক্তুদা মতম অমদা মচন্নুপীনা হায়খিবা ।

'তামো, ঐনা হয়েং চাউরগা নঙগী ফি-রোলকা শূবীদোইনি। ঐগী তেলঙ্গা অমত্তা শাবীয়ুবা।' হৌখ্রবা মতমদো নিংশিংলুরগা মচন্নুপীবু নুংশিরিবরা নুংশিদ্রিবরা ৱাখল অমদি লাক্লে। ময়াগী সংসার হাযবদুমক চুম্বা তাই লীলানি তাইবঙ ফম্পাক। নোংমৈ পুথোক্তুনা মচলনা চঙলকপা ঙাইদুনা লৈরে। নুংশিজরম্বা মচল ঙসিদি য়েক্লবা ওইররে। ঙসিগী চাওখৎপগী থাক অসি খমথেংলমাল্লে, মমা-মচা-মচীন-মনাও করিসু ওইরমদ্রে। হেক চঙলকপদা কাপখি অনীরকথক্তুং দাঙ-দাঙ। মচন্নুপীনা লৈমায়দা হেক তুখিবগা থুনা য়াঙনা মফমদু থাদোক্তুনা চেনখ্রে।

মীকপ খঙথোক খোরকই - ইতোমতা শোঙ্গে 'হরে-হরে ওহোকপা মঙ হায়বদুনি। হে ঈশ্বর ইবুংঙো মকু মঙ হায়বদু ওইহনবীয়ুকো। তাইবঙসিদদি থোকহনবীগনুকো।'





কে. সুমতিবলা ইং ১৯৬০ গী ফেব্রুয়ারী থাদা কাকৈথেলময়ায়কোয়বীদা পোকখি। কে. সোনামনিক শর্ম্মা অমদি থোইদুম দেবী অনিগী অহানবা ফংজবা মচানি। কাকৈথেল গার্লস্ হায় স্কুলদা ইং ১৯৭৫ দা মেত্রিক পাস তৌখি। জি.পি. ৱুইমেন কলেজদা বি.এ. (মণিপুরি ওনর্স) পাস তৌরবা মতুংদা অমুক মণিপুর ইউনিভরসিটিদা এম.এ. (মণিপুরি) পাস তৌখি। মতুংদা এলাংবম লৈকায়দা লৈবা এলাংবম রনজিৎ সিংহগী লোয়নবী ওইনা য়ুম্বানবগী লম্বীদা খোঙদাখি। হৌজিক-হৌজিক্লা (ইস্কোন) বিম হায়র সেকেণ্ডরি স্কুল (ISKCON) দা মণিপুরীগী ওজা ওইরি।

ইং ১৯৯৯ দা ওল ইন্দিয়া রেডিও, ইম্ফালনা অইবী অসিগী 'খোঙনেৎফম লৈত্রবা লৈকংলা' হায়বা রেডিও ড্রমা অমসু শন্দোকখি। ২০০৩ দসু রেডিওগী সেরিএল ড্রমা ওইনা 'সরৎকী থাবলদা গঙ্গাগী ঈচেল' কৌবা ড্রমা অমসু এপ্রুপ তৌপ্রে। ৱারী মচা, শৈরেং কয়া অমসু মেগাজিন অমদি পাউ-চে কয়াদা ইদুনা খুদোল তমখরে। লাইরিক ওইনা ফোঙদোকপদি হন্দক্কী ৱারী মচাগী লাইরিক 'হিংনবগী লানফমদা লাইনীং লম্বী' হায়বসিনা অহানবা ওইনা সাহিত্যগী খুদোল তমজবনি।

অইবী অমসি রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগী মেম্বর অমনি।




রাইটর্স ফোরম,

ইম্ফাল